মিষ্টর জে. ডবলিউ. কুইন্টন আই. সি. এস. না মণিপুরদা গুর্খালি সিফাই চামরি পুন্থনা বৃটিশ অফিসার খরগা লোযননা মনাউ ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎপু ফাগনি হাযনা লাকপা অদুগী মতাংদা মাঙজোননা শূরচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরদা লৈহৌবা মহারাজগী মী খরদা কলি-কাতাদগী টেলিগ্রাম তৌরকখি। টেলিগ্রাম অদু ইংরাজী মযেকনা ইররস্থ লোন্দি মৈতৈলোন্দা ই। অস্থম তৌনা মৈতৈরোন অসি নিংথৌ পাম্লিরৈদা মণিপুরগী রাজ ভাষা ওইনা চৎনরকই।

খৃঃ ১৮৯১ দা বৃটিশকা মণিপুরগা শোক্নখিবা লাল অদু লোইব-রদা কুম অদুগী কালেন ১৫ নি পানবা থাংজা নুমিৎতা শীংজমৈদগী ফাবগা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু বৃটিশনা বিচার তৌরদা যুবরাজনা বিচার তৌরিবা স্পেসিয়েল কোর্ট অদুদা হায়নিংবা রা হায়থনা ইবা চেদা মৈতৈরোন্না ই। *

মণিপুর অসি ইং ১৮৯১ এপ্রিল তারিখ ২৭ তা বৃটিশকী মখুৎ চল্লরদা মাখোযনা মহারাজ নবসিংহগী মশূ ইবুংঙো স্যার চুরাচান্দ সিংহবু যামনা অংাং ওইনা নিংথৌ হাপই। মহারাজ স্যার চুরাচান্দ

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহবু ইং ১৮৯১ জুন তারিখ ১ দগী তারিখ ১০ ফাওব স্পেসিয়েল কোর্ট অমনা মণিপুরদা বিচার তৌখি। স্পেসিয়েল কোর্ট অদুদা Lieutenant Colonel St. John Fancourt Mitchell, Assistant Adjutant General না প্রেসিডেন্ট অদুগা Major Richard Kirly Ridgeway. V C Comandant 44th Gurkha Rifles অমসুং A W. Davis Esq Civil Service, Deputy Commissioner, Naga Hills না মেম্বর ওই খ।

* মহ মন্যবর শ্রিল শ্রীযুক্ত জর্নেল সাহেব বহাদুর প্রবল প্রতাপেষু দরখাস্ত শ্রী টকেন্দ্রজিত বীর সিংহ যুবরাজ মণিপুর।

শ্রীযুক্ত জর্নেল সাহেবতা হাইজৈ ঐাগ মোকদ্দমাসি মণিপুর অসিদা উকিল লৈংত নবম অমনা ঐনা যু মোকদ্দমাকি শুওন তৌচাবা ভমদে লৈপাক অসদা লাবিক হৈবা মি শ্রীজানকি বাবু অমসুং রামাচরণ বাবু আনি আসিপু ঐগী মোকদ্দমা অসিত শুওান জবাব তৌনাপা বাবু অনিপু মুক্তিয়ার ওইহনলনিংঙি মা সপু যাবিক্নি হাইনা নিংজৈ ইতি সন ১৮৯১ ইং ৩ জুন।

Empress VS. Tekendrajit Singh
(alias Koireng, Ex Jubraj) Page 61 A.

সিংহ কে. সি. এস. আই., সি. বি ই. না সাবালক ওইরিবা ফাওবা বৃটিশনা লৈবাক ভাকপগী থবক তৌই। মহা'জনা সাবালক ওইরবদা লৈবাক ভাকপগী থবক অসি মহারাজদা শিন্নখি। মতম অসিদা খৃঃ ১৯০৭ তা মণিপুর ষ্টেট দরবার লিখত্তুনা মতম খরা মহারাজনা দরবার অতুগী সভাপতি ওইরগা ইউরোপিয়ান আই. সি. এস. অফিসার অমনা ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইখি। দরবারদা তাবা, খন্নখিবা রাবেপ খুদিংমক মৈতৈরোন্দা অমা ইংরেজীদা অমা ইথোক্লুনা থমলম্মী। মণিপুর ষ্টেটকী মরুওইবা চেরোং অযাম্বা ইংরেজী অমসুং মৈতৈরোন্দা ফোংডও।

মণিপুর ষ্টেট কোনষ্টিট্যুশন এক্ট ১৯৪৭ কী সেকসন নং ৫৮ শুবদা কোর্ট লেংগোইজ মণিপুরী নত্রগা ইংলিশনা ওইগনি হায়না ই। *

---

1. Government of India Foriegn Department,

Notification No. 1862 –E dated Simla, the 18th Sept. published in the Gazette of India No. 1700 – E, dated the 21st August,1891, regarding the re-grant of the Manipur state it is hereby notified that the Governor General in Council has selcted Churachand, son of Choubiyaima, and great Grand son of Raja Nur Singh of Manipur to be Raja of Manipur

* "58. The Court language of the state shall be Manipuri or English." — Manipur state Constitution Act 1947. Page 10.

# মৈতৈ ময়েক।

লৈবাক অসিদা নিংথৌ পাল্লিরৈ ফাওবদা চৎনরম্বা ময়েক অসি চৈত্তপ থাদনা মশীং কুন্থা মঙা শুই, অক্সিগা থারগা কুন্থা তরাকনি। * ময়েক কুন্থা মঙা অসি লেং মঙা মঙা থোক্লগা লেং খুদিংগী অহৌবা ময়েকশিং অত্থু মপী কৌই। মপী তরেৎনি, মপী তরেৎ অসিনা চয়োন তবেৎ ওই। মযেকশিং অসি নিপা নূপী ফৈদা (eunuch) অস্থুমনা অমুক খাযরি। অত্থগা মযেকশিং অসিগা কোন্নবা লাইস্থু লৈ। মাত্থুদি— "ক" দি নিপানে, পাখংবনে; "খ" দি নিপানে, অতিয়া শিদবনে; "গ" দি লাইসনানে, নূপীনে, পাখংবগী ওয়নে; "ঘ" দি লৈমরেন্নে, নূপীনে; "ঙ" দি ফৈদানে (eunuch), অশীবনে অসিনচিংবা। "ক" দগী "ক্ষ" ফাওবা ময়েক কুন্থামঙা অসিনা পরেং শাবগা অক্সিনা হৈকু ওই। অক্সিগী মশক মওং তাকপদা অস্থুমনা ই— "অহানবা থেকপা মথেক্তি মচীন লুকএ, মনম হুল্লে, মমায হাইগৎলে, কোলোয় মনিং থোংদি অক্ষি কৌএ।"

—ময়েক লাইশক খঙবা।

---

"Moithei, the official language of the state, is the only one of them which possesses an alphabet and a literature."

Imperial Gazetteer of India, the Indian Empire vol I (Oxford, London) 1907 Page 387.

"The Manipuris possess a written character of their own ... ... ... ... This character is said to be very ancient; only a few can write it."

Gazetteer of Manipur by Capt. Dun 1886, Page 26.

* হাযবিবা মৈতৈ মযেকশিং অ'স G. A. Grierson, C. I. E., PH. D, D. Litt, I. C. S. না সম্পাদন তৌবা খৃঃ ১৯০৪ দা ফোঙখিবা Linguistic Survey of India, Volume III Part III দা যাওরি। Linguistic Survey দা ইবিবা মৈতৈ ময়েকশিং অসি ওঝা সারাং পণ্ডিতনা ইবনি হায়না হিরি।

# মৈতৈ ময়েক কয়া-কুইরবগে হায়বগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মোৎ :—

মৈতৈ ময়েক অসি লৈবাক অসিদা চৎনবক্লিবা অসি কযা কুই-রবগে হায়বা অসি ঐখোযনা তশেং তশেংবা চহীমক পুথোকপদি খরা স্নানা থোকলি। মাসি লৈবাক অসিদা শীজিন্নবকপা অমস্তুং চৎনবকপা অসিদি যামনা কুইবে। অতুবু মপান্দগী লাকপা মী থবনা মসিগী মরম খঙবা অমস্তুং থিজিনবা রাৎপদগী পাংই ইশিল্লম্বা থেংনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৮৭৫ দগী ১৮৭৭ ফাওবা মণিপুরগী অফিসিয়েটিং পোলিটিকেল এজেণ্ট ওইরম্বা মিষ্টর জি. এইচ. ডামাণ্টনা মণিপুরী (মৈতৈ) ময়েক অসি খৃষ্টাব্দ ১৭০০ কী অতুরাইদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী সনা হাকতক্তা বাঙ্গালা দেশতগী তমহুনা চৎনখিবনি, মাতুগী মমাঙ হাযবদি খৃষ্টাব্দ ১৭০০ কী মমাঙদদি মণিপুরদা লাইবিক ইবগী থবক লৈবম্মী হাযবা মহাক্না খঙদে হ যনা ই।

মণিপুরগী এসিষ্টেণ্ট পোলিটকেল এজেণ্ট অমস্তুং ষ্টেট সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরম্বা মিষ্টর টি সি. হডসন্না হায়রম্বনা চাউবাকনা খৃষ্টাব্দ ১৫৪০ গী অতুরাইদা মণিপুরদা লাকলম্বা খাগীশিং (চাইনিজশিং) অতুদগী মৈতৈনা তমহৌতুনা মণিপুরদা মৈতৈ ময়েক চৎনখিবনি হাসনি। *

বৃটিশ অফিসারশিং অসিনা হাযরিবা অসিনা অচম্বা ওইববদি মৈতৈ ময়েক অসি লৈবাক অসিদা (মণিপুরদা) চৎনবকপসি যামনা কুইদবগুম তৌই। মাখাযনা হাযবিবসি বদায সাওবা চম্বগে হাযবত্ত

* Mr. Damant is of opinion that the old Manipuri alphabet was introduced from Bengal in the reign of Charairongba who flourished about 1700 A D There are no traces of the existence of writing in Manipur before that time According to Mr. Hodson local tradition declares that the art of writing was acquired from the Chinese, who came to Manipur about 1540 A D.—

Linguistic Survey of India Volume III Part III edited by G. A. Grierson (1904) Page 21.

খম্বহুনা য়েংবদা চৈথারোল কুম্বাবদা ইবিবা "মোইরাং শানোংগী কুম শক ১৫৩৮ (খৃ: ১৬১৬) দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌএ"—অসিনদি লাইয়িংথৌ (মহারাজ) খাগেম্বগী মতমদা মৈতৈ লাইরিক য়ামনা থোকলে অমস্থুং তম্নরে। তশেং-বমকস্থু সনা হাকথক অসিদা মৈতৈগী লাইরিক য়ামনা মতম অহুদা লৈবম্বা পণ্ডিতশিংনা ইহুনা পুথোকখি অমস্থুং মৈতৈ সাহিত্যগী পূকৈদা লাইয়িংথৌ অসিনা তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইবা লাইরিক য়ামনা হাপচিনখি হায়বসি লম অসিগী সাহিত্য অমস্থুং ইতিহাস নৈনবা মী খুদিংমকনা খঙনবি। অহুনদি মিষ্টর ডামান্টনা হায়বা ইংশোক ১৭০০ কী অহুরাইদা বেঙ্গলদগী তমহুনা মৈতৈ লাইবিক ময়েক থোকখিবনি হায়বসি অচুম্বা নত্রে। অহুগা বাঙ্গালা ময়েক্কা মৈতৈ ময়েক্কা মওং মতৌস্থু মান্নদে। মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মেজর ডবলিউ মকলোকনা (MajorW. Mccullocli) ইবা খৃষ্টাব্দ১৮৫৯দা কলিকাতাদা ফোঙবা "একাউন্ট অব দি ভেলি অব মণিপুর" কৌবা লাইবিক অহুগী লামায় কুন্থা। অবেৎ অমস্থুং কুন্থানীপাল শুবদা মৈতৈ ময়েক ইবা মণিপুরদা চৎনরম্বা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মতমগী (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) অমস্থুং মৈদিংঙু পাইখোম্বগী সনা হাথক্কী (খৃঃ ১৬৬৬-১৬৯৭) শেল মখায়গী ফোটো যাওবি। * মেজর মকলোক্কী লাইরিক অসি মিষ্টর ডামান্টনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইদ্রিঙৈদা ইং ১৮৫৯ দা ফোঙলবনি।

---

* "The only coin known in Munnipore as having been coined and current in the country is of the description at present current, and is of bell metal. The chief who first coined this money was Kha-kemba. The coin issued by him was much larger than it is at present, being of the size and shape here shown.,'

"In the reign of Paikhomba, the second chief after Kha-kem-ba, the Coin issued was of the oblong form shown" :-

Account of the valley of Munnipore by Major W. Mcculloch ( 1859 ) PP. 37,38.

হায়রিবা নিংথৌ খাগেম্বা অমসুং মশু ইবুংঙো .পাইখোম্বা অনী অসিদি তুবী চরাইবোংবগী (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) মথক্তা পানখ্রবা নিংথৌশিংনি। সনা হাকথক অনী অতুদা চৎনবম্বা শেল মখাযদা ইনিবা মৈতৈ ময়েক্কী "ম" অমসুং "প" অতু মিষ্টর ডামা-টনা মৈতৈ ময়েক পাবা হৈরমলবদি নত্রগা কনাগুম্বা অথঙবা মীদা মসিদা ইববা ময়েকশিং অসি করিনো হায়না হংলমলবদি মহাক্না খৃঃ ১৭০০ কী অতুরাইদা মৈতৈ ময়েকপু তুবা চরাইবোংবগী হাকথক্তা বেঙ্গলদগী তমখিবনি, মতুগী মমাঙদা মণিপুরদা লাইবিক ইবা হৈবগী রাফম লৈরমদে হায়না যামনা থৌনাফনা হায়বিবসি হায়বমগনি নীংদে।

মিষ্টর হডসন্না খৃষ্টাব্দ ১৪৪০ গী অতুরাইদা মৈতৈনা খাগীদগী (চাইনিজদগী) তমজুনা লৈবাক অসিদা মৈতৈ ময়েক চৎনখিবনি হায়রিবসিমসু ওইফম সুপথোক থোক্তে। মরমদি থোহবুদা মুংলিবা মৈতৈ ময়েক ইবা নুং অমদা মৈদিংঙু কিয়াম্বগী সনা যাথ ইবি —। —মৈদিংঙু কিয়াম্বনা লৈবাক অসিদা পালখ্রদ খৃঃ ১৪৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওবনি। অসিদসু নত্তুনা খৃষ্টগী নীপাল্গুবা শতাব্দদা পানখিবা মৈদিংঙু খোঙতেকচগী (খৃঃ ৭৬৩-৭৭৩) মতমগী খোবী কোম্পাক্তা মৈতৈ ময়েক ইবা ফয়েংদগী ফংখিবা * অতুনসু মিষ্টর হডসন্না হায়বিবা মতম অতুগী মমাঙদা মৈতৈ ময়েক অসি লৈবাক অসিদা চৎনরে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা লাইরিক থোকহন্দুনা পুথোকহ হায়বাস ময়েক ইহান হান্না পুথোকপা নত্তে, লাইরিক যামনা সনা হাকতক অতুদা থোকহনখি হায়বতনি।

মিষ্টর হডসন্না হায়রিবা খাগীদগী তমখিবা ময়েকনি হায়বসি চুম্বরা? পৃথিবীদা চৎনরিবা ময়েকশিং অসি ইবা মতমদা ওয়রোমদগী হৌরগা যেৎলোমদা চৎপা জাৎ অমা, মসিগী ওন্না তৈনবদা যেৎলোমদগী হৌরগা ওয়রোমদা চত্তুনা ইবা ময়ি অমা অতুগা মথকলোমদগী হৌরগা

* Phayeng plate— Appendix 1, Page 31 Report on the Archaeological studies in Manipur, Bulletin No. 1 by W. Yumjao Singh (1935).

মখাবোমদা পরেং চুম্না চথহনা ইবা খুৎহই অমত্তু চৎনৈ। খাগী (Chinese) ময়েক্কি অবোনবদা হাযরিবা মথক্কগী মখারোমদা য়ুংথনা চথবা খুৎহই অসি তৌই। খাগীগী ময়েক্কগী তম্বা ওইরমলবদি মৈতৈ ময়েক অসিসু মথকলোমদগী মখারোমদা য়ুংনা হাইথহনা ইবা ময়ি (Pictographic or temple type) অহুম্না তৌরমলদৌবনি। মৈতৈ ময়েক্কি খাগী ময়েক্কী মযি (খুৎহই) অহু তৌদে, মখোয়গী ময়েক্কা মান্নদে, অহুনা খাগীদগী তম্বদি নত্রে। উর্দু ময়েকী খুৎহইগুম্না যেৎলোমদগী হৌবগা ওযবোমদা লোইবা খুযি জাৎ অসিবু খরোষ্ঠি হায়না কৌই, * অহুগা ওয়বোমদগী হৌবগা য়েৎলোমদা লোইবা খুৎহই অহুবু ব্রাহ্মী কৌই। * মৈতৈ ময়েক্কি ওযদগী হৌবগা যেৎ-লোমদা লোইবা ব্রাহ্মীগী খুৎহই অহুমনা ইবনি। মাসি লৈবাক অসিদা চৎনবকপা যামনা কুইবর্বনি।

মণিপুরদা লাক্লগা মতমদা মৈতৈ চেদা অমসুং আগরপাক্কা মৈতৈ ময়েক ইবা উৎগা ডাক্তর কালিদাস নাগনা মৈতৈ ময়েক অসিদি অশোক্কা মমাঙগী ময়েকনি হায়খি। মতাং অসি পাউ চে কযাদা ইহুনা কোঙখি। *

ই° ১৮৯১ দা ব্রিটশনা মণিপুর লৌখিবগী মতুংদগীদি ময়েক অসি থৌগৎপিনবা রাংপদগী অপাম্বা মী খরতগী ওইনা তৌখ্রে। অহুগা মৈতৈ ময়েক অসি হৌজিকমক স্কুল কোলেজদমক্কি তম্নব্রবসু মণিপুরগী

---

* Kharoshthi. was obviously derived from Aramaic and, like the Semitic alphabet, was written from right to left.

* The Script in which all the other inscriptions of Asoka were written i known as Bramhi, and is written from left to right. It is the earliest form of Indian writing known to us.

Ref. — The History & Culture of the Indian People :— The Vedic Age edited by R. C. Majumdar & A. D. Pusalker, (London) 1951 Page 53.

* "মীহৌরোল, মাহৌরোল খঙলবা প্রোফেসার কালিদাস নাগনচিংবনা মৈতৈ ময়েক অসী অশোক্কী মমাঙদগী লৈরক্লব কুইরব ময়েক্কী হায়বনি"—
তাং ২৯।১০।৪৭ ইংদা কোঙখিবা "পজেম" আমাম ২।"

সনা কোন্থুংগী পণ্ডিত লোয়শঙদদি কুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরি। পণ্ডিত লোয়শঙনা চৈথারোল কুম্বাবদা কুমিৎ খুদিংগী থোকপা মক মক ওইবা থৌদোক ইশিনবদা ময়েক অসিতনা ইবি। শাগৈগী মৈহৌবরোন ( Genealogy ) শিন্দোকপা ইথোকপা তাংবদি ময়েক অসিনা মৈতৈ চেদা নল্লগা আগরপাক্তা হৌজিকসু ইনরি। মবম অসিনা ময়েক অসি মণিপুরদা পুমচৎ চৎনত্রবা ময়েকনি হায়না লৌবা য়াদে। * হৌজিক পণ্ডিত কয়াগী য়ুমদা ময়েক অসিনা ইবা অরিবা থায়নগী খুৎই লাইবিক মণিপুরদা মচি মচি খুদিংদা মশীং নাইদনা লৈনরি অদুগা শাগৈ শাগৈগী মৈহৌবরোন য়ুমদাবা য়ুমশেৎপসু ময়েক অসিনা ইনবি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৮২ দা জর্ম্মনগী বাটাভিয়া সহরদা ফোঙখিবা ভারতকী তোঙান তোঙানবা ময়েক যাওবা লাইবিকতা, মিষ্টর বাজেসনা ইবা আর্কিও লোজিকেল সর্ভে ভোলুম নং ৪ দা ভারতকী ময়েক ময়াম য়াওনা ফোঙবা লাইবিক্তা অমদি ডাক বিভাগকী হৌগী ডিরেক্টর জেনারেল মিষ্টর হাচিন্সন্না খৃষ্টাব্দ ১৮৭৩ অমসুং ১৮৭৭ তা ফোঙখিবা ভারতকী খুৎই লাইবিক ময়াম * অদুগা মিষ্টর জি এচ. ডামান্টকী স্পেসমে। অব দি মণিপুর আনথাবেং অদুদসু মৈতৈ ময়েক থেংনগনি।

---

* "It may not be out of place here to note that the old Manipuri character is still in use in parts of the valley, and that the Bengali character has not yet entirely ousted it."—

Administration Report of the Manipur Political Agency for 1893-94 Page 12.

* পৃথিবীর ইতিহাস ২ য় খণ্ড— শ্রীদুর্গাদাস লাহিড়ী লমায় ৪৩২ মিষ্টর বাজ্জেসকী আর্কিও লোজিকেল সর্ভে Burges's Archaeological Survey Vol. IV, মি. হোলনা ইডিং তৌবা লাইরিক—

The useful collection of 198 Indian Alphabets, ancient and modern, Compiled by Holle— Tabel van ond en nieuw Indische Alphabattum.

Damant G. H.—Specimen of the Manipuri Alphabet. Proceedings of the Asiatic Society of Bengal, 1875 pp 17.

# লাইরিক ইনবা মচাক।

আগব পাক

মনিপুবদা শীজিন্নরম্বা অমস্নুং শীজিন্নবা তোক্তিবা লাইবিক ইননবদি আগবপাক অমস্নুং মৈতৈ চেনি। আগর-পাক হাযবিবসি আগব উদগী শেম্বনি, মাসি শেম্বদা আগব উদগী খোকলগা তীন চাদনবা ফিজিগিরিনচি বা ( ফিটকিরি-নচি বা ) লাক্কুনা মতম কুইনা চংননবা শেম্মী। আগব পাক্তা ইবা মৈতৈ লাইবিক অবিবা, শাগৈগী মৈহৌববোম্ম-চিংবা হৌজিক হৌজিকমক মণিপুবদা যামনা লৈবি। আগব-পাক শীজিন্নবসি চে শাদ্রিঙৈদগী হৌবকলবনি হাযনৈ।

মৈতৈ চে

আগবপাক নত্তনা মণিপুরদা লাইবিক ইননবা চেম্নু শাবম্মী, হৌজিবস্নু কনা কনাগুম্বনা মৈতৈ লাইরিক ইনন-বগী দমক মৈতৈ চে হৈনরি ( শাবি )। মৈতৈ চে অসি খরা থাবপ তৌই মাসি নান্নবা কাংথিন্না তকই।

আগবপাক অমস্নুং মৈতৈ চে লৈবাক অসিদা ইহান হান্না শীজন্নবকপসি কযা কুইববগে হাযবসি চপ চানা মতম লেপ্পা রানা থোকলি।

আগরপাক অমস্নুং মৈতৈ চেদা নত্তনা কোনা মনাদা অমদি তেংনাদস্নু লাইবিক ইবম্বগী খুদম ফংই। হৌজিকস্নু তেংনাদা অমস্নু কোনা মনাদা ইবা লাইরিক যামনা লৈনরি। মমাঙৈঙদদি লাইবিক ইবদা শীজিন্নবা মূক মণিপুরগী মপান্দগী লৈনরমদে মূকস্নু লম অসিদা লৈবা মীশিংনা শেমই, মাসিবু মৈতৈ মূক হাযনা খঙনৈ। মৈতৈ চে অমস্নুং আগবপাক্তা ইবা তানবদি হৌজিক মতমদা হুকান্দা য়োল্লিবা মূক অমদি ফাউণ্টেন পেন ইঙ্ক শ. অসি কযা ফজদে, চেৎপস্নু কয়া চেৎতে। মৈতৈ মূকনা ইববদি মচু লংখৎপদা নত্তনা চেৎস্নু চেৎলি ফজবস্নু হেল্লি। মৈতৈ মূক শেম্বদি মরু ওইনা উদা

মূক

শৌবা চা ( lac ), তেংগালী ( lamp black ), চেঙ

য়াওনৈ। মুক অসি শেম্বগী মওং কযামকুম লৈ। মতুগী মস্থংদা চাউরাকনা চংনবা যাবা মশেম অমা মফম অসিদা উংলি।

উতি ( উংত্তগী চুমথোক্কুনা লোবা ) মহীদা নত্রগা ঈশিং অচম্বদা থরী খিত্তং থাক্লগা উদা শোৌবা চা অতু হাপ্লনা মৈদা লোল্লগা অতোপ্পা পাত্র থাংগুম্বা অমদা চেণ্ড কাবপ তৌনা তৌবগা চেণ্ড অতু মচু ওল্লবা মতমদা চা মহী অতু হৈজিল্লগা মাতু অমুক ফিজুম থাত্নুা চুমথোক্লগা মহী অতুদা তেংগালী থবা ফি মচেং অমনা য়োম্লগা চনাং নোইবগুম নোইরবদি মুক অতু শীজিন্নবা যাবে। অস্থমনা শেম্বা অসি থরা লৈরগা ফমজিনগল্লি অতুগা মৈদা অমুক্কা লোল্লগনা মপান থবা কাগল্লি। তেংগালী হাপ্পা মতম অতদা মাতু তুম্নবা কাংখিন্না য়ামনা তকপা ফৈথ লাইব্রিক্ক ইনবা কলমদ বাচেংকী কলম শীজিন্নৈ।
* বাচেংকী কলম শাবদি শনৈবী বা অবিবা ঈ চঙবা ডা লি ডাংলিবত্নগী বাচেংনা শারবদি যামনা ফৈ। বাচেংকী কলমগী মহুত্তা কমেংনা নত্রগা উচেক মতুনস্থু শানৈ।

মুক হাপ্পবা মুস্ফুদি লৈপাকনা শাংগা লৈ ঈদপা চেক্কা মুকফ জাং অমা শীজিন্নৈ।

---

"*The Mss are written on a coarse but very durable kind of paper, with pens made of bamboo, paper blackened with charcoal on which they write with a soapstone pencil is also used."

Linguistic Survey of India vol III Part III Page 21 edited by G.A. Grierson, CIE, PH D, D. Litt., I. C S ( 1904 ).

কমেং—অপিকপা মরিম হোবা পাম্বী জাং অমনি।

# মৈতৈ লাইরিক মৈ থাবা

খৃষ্টগী তরানীপাল্লশুবা শতাব্দীগী অহানবা ত্'থাইগী অহুরাইদা মৈদিংঙু পমহৈবা মহারাজনা মণিপুরদা যেক্ত তিংখং লৈতনা যাম্না শুংকন পাংগম্বা পানখি। মহাবাজ অসিগী মিং অতৈ'দি গরিব'নৱাজ, খোনাং মযাম্বা', গো'পা'লসিংহ হায়নস্থ কৌই। নিংথৌরেন অসিগুম্না শা-লান্দা হৈ শিবা, খোনা ফবা নিংথৌরেন মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরক্তা অতাঙ্কবান। ঙৈরা লৈবাক্তা লান্দাহুনা বৰ্মাদেশকী কোক্লং লৌহনা মৈতৈগী লানহুম ফীবাম থেংথিবা, বৰ্মাদেশকী চেগাইন (Sagaing) কৌবা মফমদা লৈবিবা ঙৈবাগী মমিং চংলনা লাইশঙ কৌমুদো (Kaunghmudaw) পেগো'দাগী খোঙজাঙদা ঙৈবা হয তৌবগ্মী হায়না উংননবা থাঙনা য়ান্দুনা থাঙফম থনস্বা নিংথৌরেন অহু মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনি। ঙৈবাগা তাখলগা (ত্রিপুরাগা) লৈবাক অনীনা

---

emerging from their mountain strongholds they wage war successfully in the fertile valley of the Irrawaddy, attack and ruin the most important Burmese towns and Villages on the banks of the Moo, Chindwin and Irrawaddy rivers, and at last plant their standard in the capital itself The truth of this portion of their historical annals receives most unexpected and satisfactory corroboration from the records of Ava, in which all the principal circumstances are narrated nearly as we find them in the chronicles of Manipur, with a trifling variation of three or four years in the dates assigned to them for the knowledge of which we are indebted to the researches of Lieutenant Colonel Burney, the Resident at Ava. Very shortly after Gharib Nawaz ascended the throne, he commenced that career of conquest which we find recorded in the Burmese annals. In 1725 he attacked and defeated a Burmese force at the mouth of the Maglang river, the following year repulsed an army of 30,000 men which had penetrated into the valley, and captured three divisions. In 1735 he crossed the Ningthee river, attacked and destroyed the town of Myedu, on the banks of the Mu river,

লৌতুমহনা মতম অমত্তদা মায়গৈ অনীদগী তকশিল্লকুনা লান্দারক-লবদা নোংশাগুম্বা মথোৌবা নিংথোৌরেন অসিনা মায়োক য়াহনা ঔরা অমসুং তখেল তেংগোল অনীমকপু ভকথাযহনা মায়থীবা পীখি। * অসুপ য়াম্না মতিক মথোৌনা লৈগ্রবা নিংথোৌরেল অসিনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলবদা মৈতৈগী অরিবা লাইহিক ময়াম মৈ থাহনা মাঙ-হনখি হায়রহনা মহারাজ অসিবু ঙসি ফাওবদা লৈবাক অসিগী মীনা য়াম্না হুংঙাইতনা অমসুং শীনা ঙাঙনরি।

---

# গরিবনিবাজ মহারাজনা ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবা

গরিবনিরাজ মহারাজনা শাগৈ শলাই তরেৎকী মীশা য়াওনা হিন্দুগী বর্ন মরিগী মরক্তগী ক্ষেত্রিবর্নগী লমচৎ অশেংবা চৎনবা লাক্নখি।

and carried off numerous captives. Two years subseqently he successively defeated two Burmese armies, amounting to 7,000 foot, 700 horse, and 20 elephants, and devastated the whole country from the banks of the Khodoung Choung to Dabayen. In 1738 he again crossed the Ningthee river, attacked and dispersed a Burmese army of 10,000 foot, 3,000 horse, and 30 elephants; and at the termination of the rains of the same year, at the head of a force of 20,000 men, marched between the Burmese army, three divisions of which occupied the towns of Mutsen, Dabayen, and Myedu, and to use the language of the Burmese historians, "without stopping" attacked and carried the stockaded positions around the ancient capital of Sagaing, of which he obtained possession."

GAZETTEER OF MANIPUR
By Captain E. W. Dun (Calcutta)
1886 p/p 37, 38

* তখেন ভয়া—

বর্ন মরি—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র।

"মৈতৈ নিংথৌ জয় শ্রীগরিবনিরাজ মহারাজ শ্রীগোমতি মহারাণীকনা মাকি লৈপাকপু সেংহল্লকে হাইনা বিষ্ণুকি অংশনা পোক্লপা নিংথৌ অতুনা বৈষ্ণবকী খুয়া উফুল অতুপু কোকথক্তা থোংনা য়াচরে। অসিকি মতুংতা শক ১৬৪৬ চৈত্রকি কৃষ্ণা ত্রয়োদশী × × × × × ধনিষ্ঠা নক্ষত্রনা পানপা মহাবারুণীতা শ্রীমদ ব্রহ্মপুত্র শাকৈকি তীর্থ সাক্ষি ওইনতুনা অতু মুমিৎতা ছত্রি শাকৈ তাওনা লমচৎ লেপলে।

নিংথৌরোল লাঃ ২

সনা হাক্তক অসিদা মৈতৈগী খুল্লক্তা ওক লোইহনখিদে।

"পোইন্থু থাদি শগোলসেন্না হুনএ। খুল্লক্তা ওক লোইওম্বা খৈবিকপু ন্না কোংএ।"

চৈথারোন কুমবাবা লাঃ ৭৭

---

## শান্তিদাসনা মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা

গরিবনিরাজ মহারাজনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮) শান্তদাস কৌবা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা মহাশয় অমা খৃষ্টাব্দ ১৭১৬ তা মণিপুরদা লাকখি। মহাক অসি শ্রীহট্ট জিল্লাগী নরসিংহ টিল্লাদা লৈরম্বনি। ভগবান দাস নারায়ণ দাস কৌবা অনীগা লোয়ননা মহাক্কা নোংপোকপাংনা লাক্তুনা ঙাপ্রুম চীংজেন ফাওতুনা লাকলগা মণিপুরদা চঙলকখি। মণিপুরদা থোরক্লগা শান্তদাস মহাশয় অসি নিংথৌশেনবা য়ায়রেকশঙদা লৈখি। গরিবনিরাজ মহারাজগা উনরবদা মহাক্কা নাম পীগে হায়রে। শান্তদাস লাক্কি তৈদা গরিবনিরাজ মহারাজদি ব্রাহ্মণ গঙ্গাধর কৌবা অমদগী সাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌখি। শান্তদাসনা নাম পীগে হায়বদা মহারাজনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ য়ায়তোঙ খমদোংশিংগা তান্নখিগে হায়রে। নিংথৌনা লৈবাক প্রজা অঙম অথৌশিংদা মহাশয় অসিনা নাম পীগে হায়রে অদুনা নখোয় নখোয়না

পাম্বা হাম্বরো হায়রবদা লৈবাক মাযাম্ম খুমাখ— হে ইনিংথৌ মৈতৈ ঐখোয়গী ইরোনবু ভুন্দোক্লগা ঐগী ঐগী চৎকদববু থদোক্তনা করম্না মীগী মবোল তমগবনো ? হয়েং মতম অমদা ঐখোয়গী ইবোল অসি মুৎথিল্লুনা মীগী মবেল্লা ইবোল শাল্লুনা চৎলরগনি, মাগী মরেম্মা ডুবেল লাইজা অচৌবা ওইরল্লুনা থুমলরগনে। লৈবাক ঐগে যদি যানি দে ভুংদা যাবনা অরাবা ওইগনি সনা পৃকন, দা নুম্না অমুক্তা হন্তুবিয়ু হাযজাখি। অদুবু লৈবাকনা যনি দেবস্তু নিখৌনদ শয়াবদ্রে। নিংথৌনা ইয়া মযাদ্রবদা অতম অথো লৈবাক নযাংনা নিংথৌনা থল্লগা অন্নুম তোগে হাযবা মতু ইন্না তৌবিবে, হায়বদা গরিবনিবাজ মহারাজনা অদুদি এনা নাম পীবসনো হাযনে। গুরু শান্তদাসনা মহারাজবু রামানন্দি ধর্ম লৌহল্লে। মতম থরগী মনুংদা মহারাজ আসি মাগী গুরু অসিগী খুদোল্বাদা লৈদুনা পুখ্রে। মহারাজনা হায়বা অয়াম্বা নিংথৌনা ইনখ্রে।

গরিবনিবাজ মহারাজনা মণাই হৃগুবগী অকোংদা লেইহরে মৈতৈ পুননমক তিন্নহুনা রাশক্কবসি তাযহনা লৈবাক মখাম তিংল্লে। মীধাম মমাঙদা মহারাজনা খুনাক তোংনা য়ারে অদুগা চন্দ্রকান্ত র কৌবা ব্রাহ্মণ অহুন বেদমন্ত্র শোন্দুনা আহুতি ঘাং হৈরইভেদা নিংথাবেল আসনা লোংথল চাইবা অমসুং পীতাম্বর সিংহ ভূবী চরাইরোংবগী মচা নিপা ঐদি শ্রীরামচন্দ্রবু নক্তনা খতোংম্বা লাই অকৈক নাংলবাহ 'চাও, রাম নামুংলবু নিংয়ং থুহম তৌদনা নী ঙক্ক গ" হায়না রশক্ষাখি। *

---

* সনামহী লাইকন

পীতাম্বর সিংহ—চরাইরোংবা মহারাজগী অতোম্বা মচা অমা।

# উমং লাইগী খুবম থুগায়বা

মহারাজ গরিবনিরাজগী সনা হাক্কক অসিদা শান্তদাস হায়বা গুরু অসি মহারাজগা নিংথৌ লাইবক য়ুাদিন্নবা হায়বত্থু ওইখ্রে। মহাকনা হায়না অযাম্বা নিংথৌনা ইনখ্রে। মৈতৈ লৈবাক্তা মতম কুইনা লাংলকলিবা উমং লাই অমসুং মৈতৈগী লাই অয়াম্বা নীংগরোই হায়দুনা লাইগী খুবম অযাম্বা মাঙহল্লে। খৃষ্টাব্দ ১৭২৩ লাংবন থাদা উমং লাইগী লাইশঙ মথৈ শীদোকখি। * কুম অসিগী ইংবাঙ্গে থাগী থানল (পূর্ণিমা) নুমিৎতগী হৌদুনা লাইয়িংথৌ নোংশাবা, য়িমথৈ লাই, পান্থৈবী, সনামহী লাই মাব অসি ব্রাহ্মণবু হংলাং পূজা তৌনা চঙহনবা হৌখি। মৈতৈনা হান্না লাংলম্বা নাংলম্বা লাই অমসু লাইক্ষম কযা কবম হায়না মাঙহনখিবগে হায়বত্থু চৈথারোল কুম্বাবা, মিযাৎ, মণিপুর ইতিবৃত্ত, সনামহী লাইকন্নাচবা লাইরিক পরগা শর হেন্না মরিক চুমনা খঙনি। ইংশোক ১৭২৬ (শকাব্দ ১৬৪৮) ইঙা থদা মৈতৈ লৈবাক্তা উমংলাই মথৈ থানগত্তুনা মো বহনবা উমং হ য়বাদ মহাবলী উমগী হৈবোং শিদবগী খোঙদা লোইন ফুমজিনখি। অশুম তৌনা মৈতৈনা হান্না নী লম্লিবা লাই শং অসি নাংলরোইসি হায়দুনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া কয়াদা লৈবা উম লাইগী কোমায অমদ কোলু মথৈ পুখত্তুনা মহাবলীগী হৈবোং মখোঙ অত্তুদা কোন তৌদুনা ফুমজিল্লগা যজ্ঞ তৌখি। কুম অত্তুগী ইঙেন থা ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা পান্থোইবী, লাইয়িংথৌ সনামহী, সোবারেন, হোইদোন পোকপীনচিংবা লাই তরেৎ অমসু

---

* রামনবা মেরাগী কুম শক ১৬৪৫ … … … লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। উমং লাই ৯ মাগী শঙ্গাইসু লম্মাবী ২ মাগী শঙ্গাইসু লাই য়াগম্নসে শিদোকএ। + + + + হিয়াংগৈ থাদি থাংজনা হলএ। থানিল নোং ইরাইদা লাইয়িংথৌ নোংশাবা, য়িমথৈ লাই, পান্থোইবী, তাইবং খাইবা ৫ মাদা বামোন হংলাংপা চঙহল্লে।

চৈথারোল কুম্বাবা ৭২

থুগায়খি। হায়খ্রিবা মৈতৈগী লাইগী কোমায় খোমগৎপা মূর্ত্তি থুগায়-বনচিংবা অসি গুরু শান্তদাস মশামক য়াওনা তৌখিবগী থুদম ফংই। মণিপুর ইতিবৃত্ত অমসুং মিযাত্তগী খঙবদি শান্তদাস গুরুনা গরিবনিৱাজ মহারাজদা মহাকনা ফাবা চৎপা লাইদগী হৈবোক্কী লাইদি চিথহৌরে ফারুখিগে হায়না চৎখি। হৈবোক চীং যৌরগা মহাকনা অসিদা লৈবা লাইদি করিনো কৌবদা লাইবেম্মনা মহাকপু হাৎকে তৌরবদা মহাকনা "হে ইবেম্মা নঙদি তেংবানবগী মমানে, এবু নঙনা হাৎপিগনু নঙগী পূজা তৌগে" হায়জরতুনা মথৱাযদি কনবিখ্রে লাইবেম্মনা (দেবীনা) হাৎপিখিদ্রে। মাতুদগী হুল্লকলগা মহাকনা মহারাজদা হায়খি। লৈবাক অসিদি দেবীগী লৈবাকনি, দেবীগী খুবম শেমলো হায়তুনা শেমখি। * হিয়াংথাংদা হৌজিক ফাওবা কামাখ্যাগী খুবম ওইনা লাৎলি। আশ্রা অসিবু হিয়াংথাং লাইবেম্মগী খুবমনি হায়তুনা চহী চহী থুদিংগী মী লাশীং লীশীং লাই থুকুম্বা লাকনবি।

শকাব্দ ১৬৫৯ (খৃঃ ১৭৩৭) কার্ত্তিক পূর্ণিমা (হীয়াঙ্গৈ থানিন) রোহিণী নক্ষত্রনা পানবা শগোলশেন মুমিৎতা ব্রাহ্মণ পুরোহিত চক্র কান্দিনা যজ্ঞ তৌতুনা মহারাজনা মনাইশিং শলাই তবেৎকা মী অযাম্বগা নগুণ থাংখি। *

---

* মিয়াং
হিয়াংথাং লাইবেম্মবু মৈতৈনা হীরৈমা কৌই।

পুদিন

* খেত্রি গোবধনগী কুম শক ১৬৫৯ ... ... ... হিয়াংগৈ থানিল নোং শগোলশেন্দা মহাবাজনচিংনা মী ৩০০ নুগুণ থাংএ।

চৈথারোল কুম্বাবা ৮৫

# লাইরিক মৈ থাবা

শান্তদাসনা মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইবিক অমসুং পাখংনগী পাফন উবদা মহারাজ গরিবনিৱাজদা ইনিংথৌ লাইরিক অসিদি মীগী লাই-বিক নত্তে, লাইগী ময়েকনে, তাইবংপানবদা য়ামনা থুপনা লৈবা লাইরিকনে, য়ামনা অকুবনে, অতুনা মৈদা ঙমনা থাদোকলো হায়বদা নিংথৌনা লৈবাক্কা খন্নখিগে হায়তুনা সনা কোন্নুংদা লেঙশিনখ্রে। সনা কোন্নুংদা মহারাজগা লৈবাক মীয়ামগা খন্নবিঙৈদা গুরু লৌবেম্বা খোংনাংথাবা লাকুনা "হে ইনিংথৌ লৈবাক্কী মপু ইবুংঙো ঐখোয়গী লৈবাক্কী লাইরিকপু মৈদা ঙমনা থাদোকলো হায়বসিদি য়ামনা তৌ-হৈদবা ৱানি" হায়ববদা লৈবাক মীয়ামনদি গুরু খোংনাং থাবনা হায়বনা চংম্মে, মানা হায়বত্থু যানিংলে হায়রে অতুগা নিংথৌনদি শান্তদাসনা হায়রবতুনা ফগনি খল্লে। মহারাজনা ইয়া ময়াদ্রবদা খোংনাং থাবসু ভনখ্রে নিংথৌনা প্রজাশিংদা হায়রে হয়েংদি শামু তোংতুনা কৈংথেল পাউ চেল্লে। মৈতৈ ঐখোয়গী লাইরিক মথৈ খোমগত্তুনা কংলা উত্রা মমাংদা পৈবো। অসিদগী অমত্তা লেমং-হৈবদি লাইবিক থমহৌরিবা মীশিং অতু মশম মনা কোকনি, মতিক চংবা দণ্ডি পীগনি, অরাফম তাহংগনি হায়না অঙম্বদা শিন্নরে। নোংঙাল্লগা শামু তোংতুনা পাউ চেল্লে। অফংবা লাইরিক মথৈ পুরকুনা কংলা উত্রা মমাংদা পৈবরে। পুথংলকখিবা অমসুং মৈ থাখি হায়রিবা লাইবিকশিংগী মমিংদি :—

| | |
|---|---|
| ১। তাউরোইনাই য়াঙবী | ৮। পাখংবা লাইক্তুই |
| ২। পাখংবা য়াঙবী | ৯। সনামহী লৈথন নোংখন |
| ৩। পাখংবা নাউয়োম | ১০। লৈথক লৈখারোল |
| ৪। সনামহী নাউযোম | ১১। লৈখা নোংথারোল |
| ৫। সনামহী লাইহুই | ১২। লৈচিনলোন য়ুম্বী |
| ৬। তাউবোইনাই পিচা | ১৩। নোংলোন য়ুম্বী |
| ৭। পাখংবা খিরেন | ১৪। নোংলোন লাইচম |

১৫। নোংদোন ক্রখোং
১৬। নোংদোন লাংবুম
১৭। নোংদোন লৈচিনলোন
১৮। লৈরোন য়ুমচেৎপা
১৯। লৈচিনলোন নাউথোন
২০। লৈপাক্কা হৌবা
লৈচিনলোন
২১। পাতশ লাবুম
২২। থিরেন শাকেক
২৩। থিবেল শীংকাপ
২৪। খুমুং শীকাপ
২৫। থিবেল লৈবম লীবা
২৬। থিরেল লায়াৎ
২৭। থিবেল লাইচম
২৮। থিবেল চেপ্পী
২৯। থিবেল থিপোকপী
৩০। থিবেল ক্রখোং
৩ । লৈশাগোং থিরেল
৩১। যুম্বী থিরেল
৩৩। লোংমাইখং থিরেল
৩৪। লৈপোক থিরেল
৩৫। লাংক্কোল থিরেল
৩৬। কৌব্রু লাইথৈ
৩৭। থাক্লিং কুইথৈ
৩৮। চীংথৈ শেকনীং
৩৯। চীংঙা লাথৈ
৪০। ললাম্বু লানথৈ
৪১। ব্রাংব্রেন শেকনীং
৪২। নুংলোন লম্বুবা
৪৩। নুংলোন য়ুম্বী
৪৪। নংলোন থবা
৪৫ নংলোন লাইচম
৪৬। নুংলেন যাকৎপা
৪৭। শাক্লোক লাইচম
৪৮। খোঙ্‌জ মহৌ
৪৯। নাথোং লোংবা
৫০। মহৌ চাম্বু
৫১। মহৌ শেকনাং
৫২। মহৌ ফিরুংপোক
৫৩। মহৌ লাবুংগেন
৫৪। হুংখাঙ্ক মহৌ
৫৫। শেংথেক মহৌ
৫৬। লোনাই মহৌ
৫৭। লৈহৌ মহৌ
৫৮। যাবী মহৌ
৫৯। থংলেন মহৌ
৬০। লৈচাই মহৌ
৬১। থেনকা মহৌ
৬২। নোংলোন মহৌ
৬৩। লৈংব্রাই মহৌ
৬৪। চকপরেন মহৌ
৬৫। লিংবলশুং মহৌ
৬৬। কিথুম মহৌ
৬৭। চকপরেন থেমকাবা
৬৮। কোম্মা মুংবুং কোইনা
৬৯। নোংদোন ছিরি

৭০। খুম্বুং শমপুম
৭১। থিয়ান লোন
৭২। মানাৎ লোন
৭৩। চুপাৎ লোন
৭৪। মরাক্ষ লোন
৭৫। ছিরি লংগুংলোন
৭৬। চোংথু লোন
৭৭। খাম্বীবোন
৭৮। লাইয়াৎ থেংগৌরোন
৭৯। চরাপ লোন
৮০। অপোকলোন
৮১। অপোক লা বুমলোন
৮২। ল মাইচৌ চাংগোইবোন
৮৩। হৈেোক চীংগোইবোন
৮৪ চীংথাং চাংগোইবোন
৮৫। থাংজিং চাংগোইরোন
৮৬। কৌক্রু চীংগোইরোন
৮৭। লোইজিং চীংগোইরোন
৮৮। কোঙ্গেং কোকথাইরোন
৮৯। চোংখু লম্বা
৯০। খুমুং পুংগোইলোন
৯১ খাবী থেলেনলোন
৯২। শিবিকা
৯৩। জতিৎ
৯৪। খুম্হোক মাওবী
৯৫। চীংশৎলোন
৯৬। মহৌ মাওবী
৯৭। উলোন
৯৮। রা লোন
৯৯। পাবোৎ খাংচী লোন
১০০। শংবুম লাংবুমলোন
১০১। ক্রি লংগুংলোন
১০২। থাথাং হিবুকলোন
১০৩। শী খল লাংখললোন
১০৪। শীংতাপু
১০৫। সনা সেকনীং
১০৬। পোইরৈতোন খুম্হোকপা
১০৭। পোইবৈতোন নিংচিৎ
১০৮। খম্মোই মাম্মোই শেকনীং
১০৯। সনামহী থিবেন
১১০। পাখংবা থিবেন
১১১। নো শাব খুম্হোক
১১২। নূ বী নুংথাবোন
১১৩। বাবা লাংকা লোন
১১৪। কোংখা লাইচৌ লোন
১১৫। শেল্লোয় নি চিৎলোন
১১৬। পাফল উহৌলোন
১১৭। হুমিৎ খেনচংলোন
১১৮। থা খেঙ্কংলোন
১১৯। থরানমিচাক খেঙ্কংলোন
১২০। তাউমা হিয়াং কোল্লোনা

মথক্কা ইরিবশিং অসিদা নম্বনা শকৃরিবা শোম্নরিবা লাইরিক অয়াম্বস্ত কংলা উত্রা মমাংদা পৈরে। মতম অসিদা গুরু লৌরেম্বা

খোংনাং থাবনা সনা কোন্নুং কারক্লুমা নিংথৌগা উনরয়ে। মহারাজনা খোংনাং থাবদা গুরুনা লাকপবু কয়িগীনো হংলবদা লাইরিকপু মৈদা থাবদি নবুধৌশিং নিংথৌরোল কনাগী হাকথক্লস্তু তৌনরক্কে। * লাইয়িংথোনা লৈপাক্কী মমা মপানি, মাসি য়ামনা তৌহৈদবা থবকনি, লৈবাক্কী য়ামনা অরাবা ওইগনি হায়রবদা নিংথেমনা খুমখি। গুরু শান্তদাসনা হায়বা অসিদি নিংথৌ ঐনা হান্না য়াথরে, হৌজিক্তি য়াদবা ওমলরোই হায়রবদা গুরু খোংনাং থাবনা অতুদি অক ফত্তা পূম্নমক নিংথৌগী নশরক্কনে হায়রম্লগা হনপ্রে।

কংলা উত্রা মমাওদা লাইরিক ময়াম অতু পৈরবদা শান্তদাসনা হে মহারাজ মৈতৈ লৈবাক্কী লাইরিক পূম্নমক শুরবরা হায়রবদা নিংথৌনা ঐগী লৈবাক্কী লাইরিক্তি অসি মঙাইরে হায়না খুমলে। অতু ওইরবদি মহারাজস্তু লেঙথোকলো অঙম্বশিংস্তু থোকলো ঐস্তু লাকলগে হায়তুনা শান্তদাসকা মী ময়াম অতুগা কংলা উত্রা মমাওদা থোকখরে। শান্তদাসনা তাকপা মতুং ইন্না লাইরিক ময়াম অতু থাগা য়াংগা পৈরে; উচুক তরক য়ুংলে, শীংথাও তরেৎ হাপলে, থৌরী অহুমনা মথক্তা ফারে, চিথেক মরিদা উচিন্না মরি য়ুংলে, মথক্তা ফিনা থাকন থম্লে, চফু অমদা ঈশিং হাপলে, শান্তদাসনা মখুত্তা থাঙ অমনে, মৈবুন অমনে পায়রে। মহাক্না মাঙ থানা কোয়রে। নিংথৌস্তু লৈবাক মীয়ামস্তু য়াওরে। তরেৎসক হন্না কোয়তুনা চিথেক মরিমক্কী উচুক অতু থাওনা হকলে, ঈশিং থরা থরা হৈরে অতুগা লাইরিক্তা মৈ চুরে। লাইরিক্তা মৈ হেক চূবদা নোংলোম্নে পাথংবা নাওয়োমনে অনিমক গ্রং লাউনা খোংহুনা থাংজিংলোমদা পাইখি। হুমাই হুম্বা মতমদা শীংথল নাউয়োমনে য়াওবী থিরেম্নে পাইখিতুনা তেরা অঙৌবগী মখোওদা তাথরে। অতুগী মথংদা হুমাই হুম্বদা

* লাইয়িংথৌ—মৈতৈনা নিংথৌবু লাইয়িংথৌ হায়না কৌই; মৈদিংগু গরিবনিৱাজগী সনা হাকথক্লগী শকাব্দ ১৬৪৬ তা নিংথৌবু মহারাজ হায়না কৌনখি।

তাউরোইবাই নাউয়োমদি চীংথৈরোম পাইখিত্রনা চীংঙাংলেন্দা লৈখি। অহনগী হুমাই তরাহুমদোইরক হুম্বদা শাকোক থিরেন হায়বত্রু পাই-খি। লাইরিক অসিনা পাইরমদাইদা লাইরিক অয়াম্বা মৈগা লোয়ননা চাইথাইরম্লগা মৈরম পাংনা পাইখিত্রনা মচ শাকোকচীংদা তাখি। লাইরিক অয়াম্বদি মৈদা তুমনা থাখি। শান্তদাসনা মহা-রাজদা মহাকনা লাইরিক মৈ থাবদা তৌবা অত্রুগুমনা অশিবা মীবু পোৎলোইবদস্থ অত্রুগুমনা তৌগদবনি হায়খি।

লাইরিক মৈ চাকপা লোইরবদা গুরু খোংনাং থাবা কাররুনা নিংথৌগা ঊনরম্রে। গুরুনা লাকপদি কারিগীনো হায়না মহারাজনা হায়রবদা খোংনাং থাবনা থুমখি—এরনা হায়ববু নিংথৌনা যাত্রবদি এরনা লৈবা কারিস্থ কামদ্রে, এদি লৈররোই। নিংথেমনা এরগী লৈবাক্কী লমচৎ হুন্দোক্লুনা মীগী লৈবাক্কী লমংপু অফবা ওইনা তৌরবনিনা নবুধো পাখংবগী মউন অসিদি নবুধোনা লৈবা মফমদা লৈশিল্লম্লপে হাযত্রুনা মউন অত্রু হাপ্পা উপু অং পুত্রুনা লাইনা লৈবা মফমদা লৈশিল্লম্মী।

লাইরিক মৈ থাখিবা অসিনা খৃষ্টগী তরানীপানশুবা শতাব্দীগী অহানবা তংথাই অসি মণিপুরী সাহিত্যগী ওন্থেক্লা লাই-রক থীবা অমস্থ মৈতৈ জাতিগী থোইদোক্লা অরাবা মতম অমনি। থৌদোক অসিন্ন মণিপুরদা মৈতৈ লাইরিক মৈথাবা হায়না খঙনৈ।

---

মথক্কী অসি ইবদা যেংখিবা লাইরিক :—

১। মিয়াৎ

২। মণিপুর ইতিবৃত্ত

# মৈ থাখ্রে হায়রিবা লাইরিকশিং অসি খোঙ্গুল মুংখ্রবরা ?

খৃষ্টগী তরানীপানশুবা শতাব্দীদা মৈ থাবা য়াওখ্রে হায়রিবা লাইরিকশিং অসি হৌজিক অমত্তা থিবা ফংজ্রবরা হায়না ঐখোয়না থিবা মতমদা লাইরিক মমিং অসি অসি কৌবা মৈ থাদোকখ্রে হায়রিবা অসিগী লাইরিক অযাম্বা ঐখোয়না মণিপুরগী মচি মচাদা লৌমায় থোরায়দা, চাংয়া তময়াদা, চাং মান্দা অমস্তুং পণ্ডিতশিংগীদা য়াম্না চেকশিন্না কান্ন কাবগুম্বদা কনাগুম্বনা লুবাক্তা, তাবুদা অমদি শগাই মথক্তা যাবনথৈ অতোপ্পা মী খণ্ডহন্দনা যামনা চেকশিন্না থম্বা থে নৈ। কনাগুম্বা নিপা অমগীদা লাইরিক অক্নবা অমা লৈরে, মীচোন্দা য়েংহনবা য়াদে হায়দুনা পুখোর্রদবা লাইরক মণি-পুরগী কাচিন কোয়া কযাদা হৌজিকস্তু লৈননি। মাসিগুম্বা লাই-রিকশিং অসি যে ষ্টএদা অয়াম্বদি মথক্তা মৈ থখ্রে হাযনা মমিং পনগ্রিবা লাইরিকশিং অসিনা নংই। অদুনাদি লাইরিক মৈ থাগদবগী তৌবা মতম অদুদা নিংথৌনা মতিক থোকপা দণ্ড তৌরগা তৌরে, থরায় মাঙলগা মাঙলে, ইপা ইপুনা শীজিন্নবম্বা ঐগী লাইরিক খরা অসিদি লোংহৌরগে হাযত্না মরৈবাক অমস্তুং মাগী স্বজাতি শুংশিবা মী কয়ানা মাগী মাগীদা লৈবা লাইরিকশিং অদু নিথৌগী মী অমস্তুং নিংথৌনা খণ্ডনবা লোংহৌবা তাই। অদু নত্রগা অস্তুম তৌদুনা মৈতৈ লাইরিক মৈ থাদোক্লগনি হায়বা পাউ অসি নিনফুং নিনফুং ঙাওনবা তানরকপদগী লৈবাক নিংথৌ খওনা লৈবা মাগী মাগী লাইরিকশিং অদু মী খণ্ডহন্দনা মযুমদা ফমুংদা কাওথন মঙ্গুংদা ফাওবা ফমদুনা লোম্না শিন্দোক্তুনা থম্নরমগনি হায়রবদা করিস্তু চিংননিংঙাই লৈতে। কৈবোক চাংগোইবোম্নচিংবা লাইরিক অসিদি কাওথন মঙ্গুংদা মী খণ্ডহন্দনা পাগদবনি হায়না হৈবা থেংনৈ। করি করিগুম্বা লাই-রিক্তা লাইরিক অসি মপু তাক্কনা খণ্ডহন্দনা পারবদি অদু অদু থোরে,— নয়া থেবউ, মঙ্গুং মতম চাদনা নৌশি শিঙ হায়রবনচিংবা

হায়দুনা শাপ তৌদুনা ইরম্বা লাইরিক কয়া অমসু থেংনৈ। অদু-নদি মপান্দা মীনা উগদবা মফমদা লৈরগা মহাকনা মাগী লাইরিক অদু পারিবৈদা কনাগুম্বা মরুপ মপাংনা অমদি অতোপ্পা কনা-গুম্বা মীনা খঙগ্রগা মাঙোন্দা অসিগুম্বা লাইরিক লৈহৌই হায়দুনা নিংথৌদা অমদি নিংথৌগী মী অওম্বা ফম্নাইবশিংদা জাকখোকউগনি হায়বগী কিবনা য়ামনা অরোনবা মী খঙহল্লোইদবা লাইরিক্কি হায়না লুনা চেক্কশিন্না থম্মখিবনি। অদুগা মৈদিংঙু গরিবনিরাজনা লাই-রিকশিং অসি মাঙহল্লসি মৈ থাদোকপ্রসি হায়না অওম অথৌ লৈবাক মীয়ামদা খন্নরকপা মতমদা লৌরেম্বা খোংনাং থাবনচিংবা মায়চৌশিংনা ( পণ্ডিতশিংনা ) মাসি তৌদনবগী ঈরাং কয়া থোক-খিদবা নত্তে। মরম অদুনা কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থাগ্রিবা লাই-রিকশিং অদুদি কোন্নুংদা লৈবা লাইরিক মখেগা কোন্নুংগী পণ্ডিত শিংদা লৈবা লাইরিক খরগা অতোপ্পা মী খরদা লৈবা খরগতা ওইগনি। মৈ থাহৌদবা লোংশিন্দুনা থমহৌবা অরিবা লাইরিক কয়া কয়া হৌজিক ফাওবা লৈনবা য়াওরি। লাইরিক মৈ থাগ-দবদগী লোংহৌবগী খুদমদি হৌজিক ফাওবদা লৈবাক মন্নুংদা অতোওবা মফমদা নত্রগা চীংদা ফুমলম্বা লাইরিক কয়া কয়া ফংনবা য়াওরি। কনা কনাগুম্বনা পুরাম ফুকপদা ফংলকপা লাইরিকনি হায়না পুখোক্রকপসু য়াওনরি। ঐখোয়না মণিপুরগী চীং-তম, চীংয়া তময়াদা কোয়চৎ চৎতুনা খিবদা, অদুদগী হেন্দুনা মণিপুরগী রাংমদা লৈখিবা ওরা লৈবাক্তা লৈখিবা মৈতৈশিংদগী, তেখাউ অমদি মমাং লৈবাক্তা লৈখিবা মী কয়াদগীসু মৈতৈ ময়েক্কা মৈতৈ চেদা নত্রগা আগরপাক্তা ইবা অরিবা লাইরিক য়াম্না থেংনরি; মৈ থাগ্রে, মাঙ-হনগ্রে হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগা মখিং মান্নবা হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা লাইরিকশিং অসিমক গরিবনিরাজ মহারাজগী মমাঙগী অরিবা মতমগী সাহিত্যনি।

---

২৪। ধর্ম্মগী

২৫ । থিরেন

২৬। মহৌ

২৭। পাউরো পাউতাক

---

২৪। সনামহী লাইকন রামায়ণ, ( কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড লঙ্কা কাণ্ড, উত্তর কাণ্ড রাম নোংগাবনচিংবা ) মহাভারত ( পরিক্ষীত, বিরাট পর্ব্ব, অশ্বমেধ পর্ব্বনচিংবা ) অষ্টকাল, ভাগবত গীতানচংবা।

২৫। থিরেন চৌন্দুপী, থিরেন চপ্পী, থিরেন মৈনম লাবা, থিরেন লাইচম, থিরেন লায়াৎ, থিরেন নুংবন, থিরেন নানশা, থিরেন পাতম, থিরেন পুংকোয়বা, থিরেন শাকোক, থিরেন শীংকাপ, থিরেন খবোম্বী, থিরেন য়াঙবী অসনচিংবা।

২৬। কিথুম মহৌ খোই মহৌ, চকপা মহৌ, চাদা মহৌ, তাম্হোঙ মহৌ, লেমখোং মহৌ, খেনখেন মহৌ, খেনগা মহৌ, মহৌ ফিচাপোক, মহৌ লাংবুম, মহৌ য়াঙবা, লৈচাই মহৌ য়াঙবী, লৈচাই মহৌ, লৈরোই মহৌ, লৈহৌ মহৌ অসনচিংবা ।

২৭। শাকোক লাইবমলেন, লাংলোন্নচিংবা।

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস

---

## অহানবা পন্দুপ

### অহানবা শরুক

### মতম

মণিপুরী সাহিত্যগী মতম অসি চাউরাক্পা অহুম থোক্পা খায়বা য়াই। মাহুদি:—১। অরিবা ২। ময়াম অমসুং ৩। হৌজিক্কী মতম। খৈদিংঙু চুরাই চরাইরোংবা মহারাজনা নোংগাররদা মজা ইবুংঙো গরিবনিরাজনা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা ফম্বাল কাবগা খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ ফাওবা মণিপুরদা পানখি। সনা হাক্তক অতুদা হায়রদি খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখাযদা মৈতৈ ময়েকনা ইবা লাইরিক চায়কুন খরা হেন্না শ্রীহট্টদগী লাকপা শান্তদাস মহাশয়গী থৌইনশিন্দগী গরিবনিরাজ মহারাজ সনা য়াথংনা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইরিক ময়াম থোমগৎলগা কংলা উত্রা মমাঙদা পৈশিল্লগা মৈ থাদোকখি অমসুং মৈতৈ লাইরিক মুৎথৎনবা অমসুং চৎনদনবা তৌখি। থৌদোক অসিবু মণিপুরগী মীপুম খুদিংমকনা "মৈতৈ লাইরিক মৈ থাবা" হায়না ঙসি ফাওবদা খঙনরি। মরম অদুনা লৈবাক অসিগী সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা তারবদি খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দী অসি য়াম্না মরু ওইবা মতমনি॥

নিংথৌরেন গরিবনিৱাজনা পামলম্বদি মৈতৈ ময়েক্তা ইবা মৈ-তৈগী লাইরিক মাঙহল্লগা সংস্কৃত লোন্দা ইবা লাইরিকশিং অতু লৈবাক অসিদা চৎনহনগে তৌখিবনি। মতম অসিদগী হৌহনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গালা লোন্দা ইবা লাইরিক য়াম্না মৈতৈ লোন্দা হন্দোকখি। রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী অয়াম্বা শরূক অঙোম গোপীনচিংবা মৈতৈ কবি কয়ানা মৈতৈ লোন্দা অর্থ হন্দোক্লুনা ফজ ফজনা লেং-থোকখি। মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা ইখিবা অমসুং মীরোন্দগী মৈতৈ লোন্দা হন্দোকখিবা লাইরিকশিং অতুদা মহারাজ অসিগী সনা মিংলেন থাই অমসুং লাইরিক ইবা মীগী মমিং মথা, ইবা হৌখিবা চহী, থাবান অমসুং তারিখ ই। অসিগী মমাংদা ইবা লাইরিক অয়াম্বদি লাইরিক লেংবা মীগী মমিং অমসুং মতম কয়া থানদে। করি করিগুম্বা লাইরিক্তদি যাওলম্বদি য়াওই হায়ববু অয়াম্বদি য়াও-দবনা নমই। মরম অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মতম থায়বদা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ইখিবা লাইরিক মখৈবু অরিবা সাহিত্যগী মতমনি হায়না লাইরিক অসিদা লৌরি; অতুগা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদগীনা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ খুবম থাদোকখিবা খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ ফাওবদা থোকখিবা লাইরিক মখৈ ময়ায়গী মতমগী সাহিত্য অদুগা বৃটিশনা মণিপুরগী কোন্নুং কন্না চঙনা মণিপুরগী নীংতম্ব থুগাইখিবা মমিৎ ইং কুমজ্জা ১৮৯১ এপ্রিল থাগী তারিখ ২৭ তগীনা হৌজিক ফাওদা লৈরিবা অমসুং ফোঙলক্রিবা লাইরিক মখৈবুনা হৌজিক্কী যুগকী লাইরিক হায়না লৌবা য়াই।

---

# ৱারেং অমস্তুং শৈরেং

মমাঙৈগুদগী হৌনা চৎনরকইবা মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নরিবা লাইরিকশিং অসি ৱারেং অমস্তুং শৈরেং হায়না চাউরাকনা অনী-থোক্লা খায়বা য়াই। এথোয় অয়াম্বনা ৱারী ৱাতাই শানবদা, ৱারী শীংবুন লীবদা ইচম চমনা ৱা ঙাঙনবদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ ৱাতা অসিগা মান্নবা লেংবা অমস্তুং ইবা লাইরিকপু ৱারেং কৌই। এথোয়না ইরিবা ৱারেং অহু তাল মাত্রগা লোয়ননা পাবা য়াবা, তাল মাত্র কায়রগা তাবদা স্নুংঙাইতবা ময়ি অহুবু শৈরেং কৌই। শৈরেং অসিদি ঈশৈ ওইনা শকপা য়াই। মরম অহুনা অসিগুম্বা ময়িবু শৈরেং কৌনরিবনি।

করি করিগুম্বা লাইরিক্তা ৱারেংসু শৈরেংসু অনীমক য়ান্নবা ইবা লাইরিকসু য়াওই। মাসিগী খুদমদি লৈথক-লৈখারোন পুদিন-নচিংবা লাইরিক পারগা খঙনি। লৈথক-লৈখারোন হৌগৎলকপা শরুক্তা ইরিবা :—

"নিংথৌবু লাইনি নীংলবা, গুরুনা তাকপা য়াথংবু লেপনা হেপথোকত্রবা, পুকনীং শেংনা লাইবু নীংবা মাহুগী মখুত্তা থাতোরু-রবদি সনা ফুতোংবা মথক্তা তম্ফা থিনবগুম্বা ৱানে। হে মী অফবা অথোইবশিংও হন্না হন্না তা-ও, পুকনা তপনা তা-ও। খমলাং পা ৱারী-নে, ইরেংপু ৱারীনে। পাথাং কোকনা শিন্নরম্বা পুথাংকোকনা হায়রম্বা ৱানে। চীংখোং পোইরৈতোন মৈগুম মুত্তবা ৱানে, তুরেন মোংবা ভুখুন য়িগুম তত্তবা ৱানে, চীংশাং খোইরেন হীগুম থুমথোইবা ৱানে।"

মথক্কী অসি ৱারেংনি, শৈরেং নত্তে। অহুগা মথক্তা পল্লিবা লৈথক লৈখারোন্দা য়াওবা মখাদা ইরিবশিং অসিনা শৈরেংনি।

(১) হোই হোই হা-হা-হা
হোই হোই হা-হা-হা
হেরিল লিল্লা হেরিলা

হায়ুতে খুনলাইতে
হৈয়া হে হৈয়া হে
'হুবু থোইনা হয়াউবা লৈবরা
লৈবনে ত্তা হো
হো হে হো
হুন্না নগে দা।"

(২) "শগোল চেনসে লাঞ্জেনসে
উরান চৌংদোন লোমলুসে
খাঙলা পোৎপু পুকসে।"

(৩) 'কুম কুম সেক সেক
কুম সেক সেক
শন্না ননখা নুংকারৈ
নুকা লৈতে নুংলৈতে
নুংলৈ শন্ লৈতে,
তোংতা লৈতে শল্লৈতে
তো লৈ শন্ লৈতে।"

(৪) "অথিং কোরে থিংকোরে
থিংকো লাংমৈ থিংকোরে
লাইরেন কোকপা থিংকোরে।

---

# শৈরেং

মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেংনা ৱারেংগী লাইরিক্কী হান্না শীজিন্নবা থেংনৈ। শৈরেং খরদি খৃষ্টনা পোকত্রিবগী মমাঙদা শীজিন্নরম্বগী খূদম ফংই।

শৈরেংগী পরেং অমমম্ভু খোঙফম কৌই। অসিগুম্বা খোঙফম-শিং (পরেংশিং) অসি অয়াম্বনা ৱাহৈগী তাংকক (Syllable) মশীং থীহনা ইবনা নমই। করি করিগুম্বা মফমদা খোঙফম অমদা ৱাহৈ তাংকক মঙানা, তরুকনা, তরেৎনা নত্রগা নীপান্না শাবা য়াওইদি হায়রবু ৱাহৈ তাংকক মঙানা নত্রগা তরেৎনা শাবা শৈরেংনা খরা নমনা চৎনৈ।

অহুম অহুমগুবা পরেংদা "সে" নত্রগা "দে" না লোম্বা শৈরেং কয়া অমম্ভু চৎনৈ। অসিগুম্বা শৈরেংশিং অসিগী মথক থংবা পরেং অনী অনীদি ৱাহৈ তাংকক তরেৎ তরেৎনা শাই অহুগা "সে" নত্রগা "দে" না অবোইবদা লৈগদৌরিবা অহুম অহুম গুবা পরেং অহুদনা ৱাহৈ তাংকক (Syllable) মরিনা শানৈ।

শৈরেংগী পরেং খূদিংগী অরোইবদা "ও" না লোমহনা খোন-থোক খোন্দা মাম্নবা লেংবা শৈরেং খরম্ভু অরিবা সাহিত্যদা থেংনৈ।

শৈরেং খরা অমদি ৱাহৈ তাংকক লোমদা য়েংদনা ৱাহৈ ৱাতা চানা হেক্তা লেংশিনবা শৈরেংম্ভু মণিপুরী সাহিত্যদা চৎনৈ।

শৈরেংদদি মৈতৈরোন অনৌবদা অরিবা ৱাহৈ লৈচন চানা থেং-চিল্লগা ইবম্ভু য়ামনা চৎনৈ, অম্ভুম তৌবা অসি কম্ভু ফজে।

---

শৈরেং—শৈ (ঈশৈ) + রেং (লেংবা)

**শৈরেং থরগী খুদম :—**

খোঙফম অমদা ম্রাইহে তাংকক ( Syllable ) মঙা মঙানা শাবা শৈরেংগী খুদম :—

১। হো হোই হা হা হা
হোই হোই হা হা হা

২। খিং খিং লৌজসে
পানা লৌজসে
—লৈথক লৈথারোন

৩। তকুপ ভশেন লা
পোইরৈ তেরা লা
ম্রাংগম পোংথো লা
× × ×
× × ×
থোনাং ময়াং চীং
ময়াং কপনীং চীং,
লিন্দু ম্রাঙতেক চীং,
—লারোন

৪। মৈগুৎ মৈবা মৈ,
তেক তেক থোতুমৈ
কম্বী নাউরৈ খু
থোইজু তোম্লোং মৈ
লৈথাম ম্রাইবা মৈ
শম্রাং ম্রুকো মৈ

পোইরৈ খুল্লিং মৈ
থাঙগুৎ মৈশেং মৈ
থৌহু নূংথং মৈ
× × ×
× × ×
ভাইবং খুল্লিং মৈ
× × ×
পুচেং কোকপা মৈ
লাংজেং থম্বা মৈ
× × ×
× × ×
চেগায় কাকুপ মৈ
চব্ব তাংশোই মৈ
তৌমু তোহৌ মৈ
শীংগন নোংফাই মৈ
লম্বু তুবু মৈ
তবেৎ লাইকম মৈ
হেম্বা পামচাক মৈ
শঙ্কু তেকচাক মৈ

—মৈগী তে'থা

৫। নমু য়োমলোই হৌ
পুন্নুং লানপোৎ শেৎ
শঙদিং লাইল্লে থেম
খোয়মা নারক চৎ
য়াওরো শায়াম হাৎ
লাবা ঊশোক লোন

—পরিক্ষীৎ

৩। পোইরৈ খুঙ্গা হূপ
ভয়ুম নাইজা তিন
য়োংলৈ নোংথাঙ কূপ
খৌবী লীশাং তোই
ত্তেংপাক লাল্লু শা
হারু নোংগা ফৌ,
পোরোম মতা শম,
ফাইথেং মরু তূপ,
য়ুপা খূমন ভান,
য়াংদৌ মমৈ শম,
রাহি কোক্কাই তূপ
লৌরী শুংদাই য়ান
পীরেন মচা খোম
খংলৈ ওম থুংলে।

—লৌতা ঈশৈ

থোঙফম অমদা রাহৈ তাংকক তরেৎ তরেৎনা শাবা শৈরেংগী থূদম ঃ—অসিগুম্বা তা কক তরেৎনা খোঙফম ওইবা শৈরে দি রাহৈ তাংকক মখি শুবদা পোথাফম ওই অমুগা তাংকক তরেৎ শুবদা মপুং ফয়।

১। লৈকু মরুম খোইচোঙ্গা
লৈরাই মরুম খোইহাইবা,
লৈতুম হুন্না পাউশাবা
ইপল পুল্লাং কায়রেদা,
পুল্লাং লুরোই কায়বব্
শিংখিরোইব্ব্ হায়বরা ?

—পুদিন

২। হয়ুম য়ানবা খৌদাংকোক
শীং চল্লকউ হায়রগা
ফৌ পুরক্পা য়ানবা
নঙনা চাকপু হায়রগা
ফৌগাক চজিক নমথিবা
চাকপু শানা পীজগে।

ফৌগু ঈশৈ

৩। চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ
ইন্নুং ঙাল্লে য়াওল্লো,
হাওরৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম পোক্তগী
মশেক মঙান লোয়ননা
মঙাং গুরু চাকরায়রে
কোরৌ নোংদোন ঙাল্লক্লে।

য়াকৈবা

৪। চীংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌ
খোইয়ম য়াইবী এলহৌগী
অমম লৈশা হাল্লকপা
য়াইবী ওংথি হুমওইনা
খেরে নুংগোন তকুপহৌ
পুইদিং নোংথাঙ তরঙলেন
তরঙ লাইজা ঈপোকপা

হিজন হিরাউ

# "সে" নত্রগা "দে" না লোম্বা শৈরেং

মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যদা মথক থবা পনে (খোঙফম) অনী অনী মথ শিংনা রাহৈ তাংকক (Syllable) তবেৎ তবেৎনা শারগা * অতুন অতুনশুবা খোঙফমদা (পরেংদা) রাহৈ তাংকক মরি মরিনা থেমজুনা (লেংজুনা) শৈরেং শদ্গী মহৌবা খোঙফম-দগীনা লোইবা ফংঙবদা শীজিন্নবা শৈরেং থবক সাম্না তোযনা চৎনৈ। অসিগুম্বা শৈরেংশি অসিগী অতুন অতুনশুবা পারেংশি রাহৈ তাংকক মরিনা শাবা খোঙফমগী অনাই অনাইদা "সে" নত্রগা "দে" শীজিন্নৈ। মাদুদি :—

"সে" না লোম্বা শৈরেং :—

১। "গুরু থৌজাল মাযোকনা
থমোই লাইদা কৎনদি
খুরুমগে সে।

সভা সেংনা তিনবশা
পুকনিং শেংলো নিংকনা
তোদি এ সে।

অহন গুরু লাইগুইবা
তুবী লাইবেন শৈজুনু
শকলক কে সে।

তুবী পাফম মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাদে জুনু
খোৎলক লে সে।

---

* করিগুম্বদা রাহৈ তাংকক অমং নত্তনা নীপান্না শাবসু য়াওই।

চৌবেন লাংয়েন তরেৎমা
মৈবা তন্দুম ওইনদি
ওাল্লকলে সে।

সনা থম্বাল লৈওংনা
চেংলৌ মিৎপু লংবদি
করি নো সে।

উনবী চফম মুংদগী
লাইবেন তাউবোইনা 'দ্রুনে
হংকুনো সে।

তাউবোইনাইগী চফম দা
সনা থম্বাল শাৎলকপা
নাংথিবে সে।

সনা থম্বাল মথোওদা
লায়েন তরেৎমা 'হুনা
থোগল লে সে।

থম্বাল লৈয়োন 'মুংদগী
নিংথৌ শিদয়াই 'হুবু
য়েংলুসে সে।

নিংথৌ চোওলেন খানববু
থুনপী শল্লাই মচানা
শান্নরে সে।

মুংওন মুংশি য়াইহুবু
কোরৌ নোংলোন 'থক্তগী
তারকলে সে।

মালেম লৈমা চাহুনা
শমু খুৎপু থুন্নদি
য়াবিরে সে।

লৈন্নুং য়াবী লোক্তগী
চাখা মুরোন য়াম্বাবু
তানকংলে সে।

কলৈ পুংময়োন 'হুদি
তুবী লাংওন অহুমলক
হেংখরে সে।

য়োইনা ঙমদম হৌবাশা
মালেম লৈপাক লৈমবু
খুকমলে সে।

লৈপাক লৈমা মথৌজান
খোইমোম লাঙ লৈপাক্মনা
মুঙাইরে সে।
কুকম চীংগী হিদেন্দা
লাইজা ঙবান ঙাল্লকপা
করিনো সে।

'তিয়া খোঙহৌ অহানবা
লাংয়েন তরেৎ অহুনে
হংগুনো সে।

তুবী য়োইনোংতা 'হুবু
সাযা কোন্দা চঙনদি
য়োইনরে সে।

নিংথৌ শাম্বা মহিথেন
অরোং শওলাংমৈ 'হুদা
কারকলে দে।"

× × × × পাথংবা লাংয়েনশৈ *
× × × ×

অহুম অহুম শুবা থোওফমদা রাহৈ তাংকক মরিনা শাবা—
**"দে" না লোম্বা শৈরেং :—**

× × × ×

১। "নাপন মযাই কাবনা
লাইজা থকফেন পান্দমনে
তৌগুনো দে।

পোং ওইবগী লাংসিনু
মিৎকুপ থুদিং লাংথারি
খওঙমদে।

লাংশক মিৎয়েং শানখৈদে
সুজা শকপাম রাহুদা
লাংথুনযে দে।

শিনা লাংগুম শেমগুনো
থমজুং রারক চাউবনে
খওঙ-ও দে।

---

* পাথংবা লাংয়েনশৈ হায়বা শৈরেং অসি রাহৈ তাংকক চাতরেৎ মওনা থোঙকম চাম্বা নিফুমাথোই ওইনা লেংথোকতুনা শেম্বনি। কংলাদা মৈতৈ নিংথৌনা কম্বান তোংগদবগী সনাগী বৈরাক কাথংলকপদা থোঙাম নিপা অমনা মসি শকপা কমদৌ হুমফুমরিনা থুমদুনা শকবা ঈশৈ অমনি।

মীনম লাংবু তৌগুনো
য়াচুম মিৎয়েং থোবনা
উঔনে দে।

য়াচুম লাইনীং কাউগুনো
য়াইবী লাংওনখিববু
খঙলোরোই দে।

থরায় পোনবী পান্দমনে
চেকলা পাইখিবা 'হুনা
হানগনে দে।

খাম্ফ দবা থরায়নে
তৌশং ঈগুম লা ওনবা
খঙলোদে দে।

তাইবং প'ন্নে খঙডমদে
থমলৈ পাউথেম ঙাইরিঙৈ
য়াচুমনদে।

চৈওন খূদিং হুনলোয়ে
পুনশি ঈরান লৈত্থদি
হুনফদে দে।

লোইদাম থাগুঙ ওনলোএ
শরু লুতোং লৈত্থদি
ওনফদে দে।
খোয়থাউ লাগী ইরকপা
লাইনীং শাজেন চেৎপাদি
থোইথোইদে দে।

ভূবান শাগুম পোকলবা
পনথৌ ঈহুন নোংগীনে
কোকফরোই দে।

খোইমোম লাইগী মতীক্তি
পোপীক মথৈ ফ'বদা
ফত্তনয়ে দে।

শিনশা হূযাই কাব'দি
ল'ইশোন হীদাক হৈবনা
চৈরৎএ দে।

নমু লিনজেল হুতুদি
লাইশোন হীদাক চঙফদে
গুস্থোকএ দে।"

কুমদমশৈ

মথক থংবা খোঙফম (পরেং) অনী অনী ৱাহৈ তাংকক তরেৎ তরেৎ অমস্থুং নীপান নীপান্না শেমলগা অহুম অহুম শুবা খোঙফমদা ৱাহৈ তাংকক মবি মবিগী অরে'ইবদা "দে" না লোম্বা শৈরেংস্থু চৎনৈ। মাহুদি—

চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে
চিন্নদনা কেনথিবা
কল্লকই দে।

এৈনা কেনগে ৰেন্দেদা
মালংবনা হুম্বগী
কেনবনি দে।

মাললংবা ঐমু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈখোক লোযবগী
কেনবনি দে।

মথক্কী শৈবেং অসিগী হান হানদা পরে অমী রাহৈ তাংকক তরেৎ তরেৎনা শাই অমুগা পরেং মাব অমসুং তরেৎ নীপান গুবা অসিনা রাহৈ তাংকক নীপান নীপানা শাই।

মৈতৈগী অরিব সাহিত্যদা অসিগুম্বা শৈবে খবা লৈ মহুদি শৈবেংশিং অমুগী খোঙ্গম খুদিংমক্কা অরোইবমু 'ও' তাম্না পবেং খুদিংমক্কা অরোইবমু খানবা খোন্দা মান্নে। অসি-গুম্বা মিত্রাক্ষর ছন্দ (Rhymed verse) শৈরেংশিংগী খুদমদি :—

নোংলাউ ঈশৈ

নোংও চুথরো
লাংজিং মতোন থুমগৎলো
পাশোয নুমান তাইলো
উনম পাগ থুজান্দা
লৈবা কোংদা নেংও
শেইজা লাইবা নোংও
ঈবে ঈথম নোংও
থংজিং কোংরেন নোংও

লাংজিং—মণিপুরগী ইম্ফাল নোংচুপ শীলদা লাকপন পাংকী মনীংদা লৈবা চীং মচা অমা।

পাশোয—লাংজিংগী মনাক্তা লৈবা পাল অমা।

উনম— পাশোয়গী নোংচুপ মনাংদা ইজ পাংবদা লৈবা মুরেম্বমগী অরাং থংবদা পাট অমা।

রাংব্রেন থানাচাউবা নোংও
শম্বুন মহারাবা নোংও
চাংখৈ নোংপোক নোংও
হাওকপ চীশাং নোংও
খুনফম ঙাঙজেং নোংও
লৈরী নোংলী হৌরো
লৈখোঙ নোংখোঙ নেম্মো
কোরৌ খোংহুম খোংলকও
মালেম লৈবুরুন্সী লুমথৎলকও
লাইজঈথাবী নঙ থাবিরকও
লাইজ ঈথাইবা নঙ খাইথবিরকও।

মথক্কী শৈরেং অসি চীংলোন লাইছুই হায়বা লাইরিক অক্তুদা য়াওবনি। নোং কাংলবদা (নোং মতম চানা চুত্রবদা) লাংজিং চীংগী মৈরম পাংবদা লৈবা নোজু খোংদা লৈবাক্কী অমাইবশিংনা নোং চুনবা লাই খুকুম্বদা শক্কবা নোংলাউ ঈশৈনি।

লমলেনমদা হেযি ও,
মদাইমদা হেয়ি ও,
কংলৈযোন্দা হেয়ি ও
পুংময়োন্দা হেয়ি ও
য়োয়ময়াইবু হেয়ি ও
তাউরোইনাইবু হেয়ি ও

লৌঙা ঈশৈ

রাহৈ ভাংককলোমদা য়েংদনা রাহৈ রাতা চানা লেংবা শৈরেংগী খূদম খরা :—

১। রাকোল্লো রাকোল্লো,
রাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা
রাকোন তনোই নোই।
× × ×
× × ×
চৌংদা তাবা রাকোন্না
তমদা তাগে হায়বেদো
রাকোন্না ফাসে লিফাসে
রাকোন তনেই নোই।
× × ×

লাই হরাউবগী
রাকোল লাউবা

২। ইপা লৌনি য়াল্লু হে
হে যানসে।
ইপু লৌনি য়াল্ল হে
হে য়ানসে।

লৌয়ান ঈশৈ।

৩। চেকলা পাইখরবনা
পোস্বী হঙ্গিল্লকপদা
চেল্লাগী কায়দোংফম খত্তদবনা
পোস্বী ককঙাওনবেদা
শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী
চৌংমুংগী সনা লোক্তগী
পাইবিরকলো দে।

৪। হৈরাঙ্ক খোয়্বিদা
চান্নবা হৈনিদা
'সিবু খোইনা হাউবা হৈদি
চীঙ্গম্বা হৈনিদা।

৫। কে ক্রেক কে মো মো
য়াংগেন শম্বা শ্যাউ শ্যাউ
তোকপপ্পা কাম্বগা
কৈপা যেনগা কাঙনবা
কনানা ঙমগে ে:ংসি
য়েনখোং ফক্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েন্নি চাফদে।

৬। থা থা থাবুংতোন
মচা মোরাম্বী পোবীগে
পোবী শনম নম্বীগে
হৈবোং অমতা হুম্বকও
× × × —পোম্বীরোন শেকনীং

৭। শুন তরঙগী মথক্তা
মৈরাগী মশক কুম
ঙাম্নশানা লৈরিবী নঙবু
পায়মা ঐনা মুংজঙবী
তিল্লাং খোয়দাবীবু থোকলরে
পেম্মা নঙবু কনানো?

—পুদিন

৮। সনারেম্বী থোরক্লো
নহুম পোন্দেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।
× × ×

৯। ইপা মচুম তারো
ইপু মচুম তারো
হুমিংনা কারিঙৈ কাহৌরো
থবিনা রাংলিঙৈ রাংহৌরো
× × ×
× × ×

১০। হা ইমা ইমা-ও
ঐস্থু লাক্কে ইমা-ও
নোং চুই লাকয়
য়েম্পাক ভুপতূনা মরাক্কে।
লম্বী নাম্লি লাকয়,
চৈস্তু শূহনা মরাক্কে।
হা ইমা ইবেম্মা
ঐস্থু লাক্কে ইমা-ও।
লাকয়দা ইবেম্মা,
ঈশিং চাউই লাকয়।
হি তোংহনা মরাক্কে
হা ইমা ইবেম্মা
ঐস্থু লাক্কে মরাক্কে।
নঙগী তাদগা মরৈহৌ।
ঐগী তাদগা লৈবক্নি
শংগাই খোকনা মথাইএ।

১১। ঘোদোল্লে মোদোল্লে
পুম্মা চিনশি চাউমল্লি
ভংখায় চিনশি পিকমল্লি।

১২। "লাইরেন নঙদি
লাংগোই শায়াঙ থক্তা
করি লক্তরোইনোংথোইরগো লাকশিক-ও।
শবেন য়েৎনা লাম
খুবী কোরো শূ
থুয়া য়েৎ-ওয় থুমনা
সনা লমওক ফমদা
তুবী সনা নমিরেন
মিয়েন থোয়া'ববু তিল্লরেমলে।"
—সনা লমওক

১৩। অথোবা নো থোরেন থোদিংশাংবা নঙবু
যোম্নবু নশা'নো ক টৈপ বৈত্রেমনা
তরা চগোমমনবু হাঙদবা
রাংলৈ খোমহানমনবু তামদবা
নোংথোরেন থোদি শাংবা নঙদি
নয়ু থাংজিংখোকলাবগুম্না নতাং তন
তিমেন তালাবগুম নচীন্তম
থাঙলেন যাশবগুম নথোহেপ
রাকযৈ হিরাবগুম নখোথোন
তুবী নহী হীনমেঙ
লাইরেন নয়াইয়াইনা ফহৌনববু
রাকমা তেরৌনঙৈনে।
—লানফা লমওক

# অরিবা শৈরেং

## খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী ফাওবদা লৈরবা শৈরেং

## ঔগ্রী

ঔগ্রী হায়রবসি লৈশেমলোনদা য়াওবা রারীনি। অশীবনা লৈশেমলবদা অতিয়া শিদবনা অপানবা নও মী শেম্মো লৈপাকস্থ নওগী ওইরো হায়রবদা লৈম্নুং চথা খোংজোম্বীগা লাইয়িংথৌ কোংলৌতোন লৌথিবগা (অপানবগা) রা তাম্নহুনা পুন্নুং হরাই থাওপাক থারে। শামরিংবনা অরাং মায়গৈ ওাকএ, চকমরিংবনা নোংপোক ওাকএ, মুংমরিংবনা মথা মাযগৈ ওাকলে, লৈশা তাউনা নোংচূপ ওাকলে। মাসিদা লৈশেম নোংশেম্বা লাই অশীবনা মপুক্তা য়াম্না ফল্লুক কঞ্জাওরহুনা মহাক্কী খুয়াদগী উংফুস লৌহুনা শামতোন অয়াওবা (শগোল) শারে। কোংলৌতোন লৌথিবনা থারিবা হরাই থাওপাক অহুবু নেৎখায়নবা শামতোন অয়াওববু থারকলে। শামতোন অয়াওবনা হরাই মরী নেৎথংলে। কে লৌতোম্না য়ামনা শাউরে অমসুং মপুক্তা কঞ্জাওরে। মহাকনা শগোল অহু ফানবা লৈকপকী লাং থাকলে। থাকলিবা লাং অহুদা শগোল অহু থুরে। শামতোন অয়াওবহু লাংদা থুরিবৈদা কোংলৌতোন লৌথিবনা হাওমূকনা লেংফাইচন মোংবা তাঞ্জিন খুরো য়েৎনরে (মূকনা শাম্নবগী লোংখ্রৌ য়েৎনবে)। কোংলৌতোন লৌথিবগা শামতোন অযাওবগা অনী অহু ওম্নদ্রে। তাম্লক অহুদা লাইরেম্মা চথা খোংচোম্নুনা কোংলৌতোন লৌথিবগী মতেং পাংহুনা শামতোন অয়াওবগী কোকথেং শত্তোকলে, মকোই-মরাং, মতু মমেন ফোযরে, মশা ককলে। অসুম তৌনা কোংলৌতোন লৌথিবনা শামতোন অয়াওবা ফাখি। শামতোন অয়াওবনা নেৎথংলম্বা অহুনা লৈচিন অমসুং উন ওইখি। কোংলৌতোন লৌথিবনা শামতোন অয়াওবা ফাবা অহুদা লাইরেম্মা

চখা খোংচোম্নুনচিংবনা কোয়হুনা কো লৌতোন লৌথিবনা ওম্নবা শাম্নতোন অয়াওবগী মতু-মমেন ফোয়বনচিংবা তৌখিবা অহু নিংশিং-ননবগী মশক ওইনা হৌজিক ফাওবা লাই হরাউবদা ঔগ্রী হংগেন চোংবা হায়হুনা তৌনরি। ঔগ্রী চোংবদা য়াওরিবা মীশিং অহু পরেং তৎইদে হায়হুনা য়ামনা চেকশিন্না লুনা হোৎনৈ। ঔগ্রী অসবু লৈরোক নোংলোই ঈশৈ হায়নন্থ খঙনৈ।

মগাদা ঔগ্রীগী অহৌবা মতেক অমা উৎলি।

"হোইরৌ হয়া হয়া
× × ×
হে হুপ হে
ঔগ্রী ও কোল্লো
লমলেন্নদা মদাইমদা
কংলৈয়োন্দা পুংময়োন্দা
য়োম্নময়াইবু তাউদনববু
তাউরোইনাইবু অঙানববু
মাল্লেমথৈবু লাংজথৈবু
সনাতোনবু খোম্মদোনবু
থবীলেংবু শেংগোইবেংবু
অপানববু চরংশেনবু
খোইবুংশনবু নোংশাবা মৈবু
নোংপোক লৈমা চাবু
× × ×
× × ×

ঔগ্রী—

**মতম লেপ্পা:**— ঙগ্রী হায়বসি মৈতৈগী লিরবা লাইরিক অমনি। মাসিবু লৈরোই নোংলোইশৈ হায়নসু খঙই। মাসি করম্বা মতমদা কন্না লেংখিবগে হায়বসি তশেংনা খঙনদ্রে, অদুগা মাসি মণিপুরদা লায়রোন হৈশৈ ওইনা শরুহুন। লৈরক্লিবসিদি নিংশিংবা থোক্কবা মতমদগীনি। খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতকীদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং (খৃ: ৬৬৩—৭৬৩) হাযবসি মমিং হোঙনেময়োই খুঙ্গাওসু কৌরম্মী। মহাক্কা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগী মচানুপী লৌতুনা খুমন্দা য়'ওং ইল্লুবদগী কাবক্লগা লুরাং মকুবী চীংদা পামং খুন্দা চৎতুনা হোঙনেম লুরাং নিথৌ পুন্সিবদগী নিংথৌ অমনা করি করি খঙবা য়ানবা চৎনরোল তম্বদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মাঙোন্দা ঙগ্রী তম্বিখি হায়বসি নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা কৌবা লাইরিক্তা অসুমনা ইরি।—

"মু বান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা তৌইগীদি ইনোংয়ায় লাইরেন হোঙনেময়োয় খুঙ্গাও লংমাই তেংনা য়িমক'ব-ও। নঙনা নয় মুংবান অয়িমনাকপু ইন্দাল্লকপদি পোইরৈ রারমলেন অরুবা, থায়না মালেম লৈহৌডৈ যেলহৌ খোইবা অহানবা নমু পোং চারি লমথারকপা পোংথাঙ চারি তত্তবা চীংজু ওঁচা চীংমাবনা মমোম কোবৌ অরা'বীগা মহু হৈনা কোঙ্গোই শেমনা শামদোন মশা ককনা রা পোংসু কোলঙি-ও পাওমেন লৈ ঙগ্রী **কোনলৌরাক হৎগেন কোনলো পাউতাকশৈ** খেঞ্জো লাংমৈ লীহৌরাক পোইরৈ রারমলেন অকুবা, লাইজা তরঙ ঈপাকথক্তা মালেম লীয়ি লীহৌরাক ভানথোঙ লেমথোঙ খাঙবরম, উকাক লাথা হৌনরা, পোইরৈ রারমলেন পুম্নমকপু পাউত'কপীগে নয় ইপাউতাক নয় মুংবান য়োয়না ইরনকুবু উনবী খোয়থৈ তানা থম্নরৌ-ও।"

নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ৬২—৬৩

---

ইনোংয়ায়—ইশু। নয়—নবুধৌ, নপু। মুংবান—লুবাং। অয়িমনাক—ইয়ুম।

লাইস্রা ফম কোবা লাইরিক্তা ইবি —

"পাখংবনা কুচুদা * নিংথৌকাবা হুমিৎতা ঔগ্রী শকলৌ এ। পাখংবা লাইশ্রা অনীমা ফম্বাল কারে।"

লাইশ্রাগা (লাইসনাগা) ফম্বাল কাবদি নোংদা লাইবেন পাখংবগনি। নোংদা লাইবেন পখংবনা নিংথৌ ওইখিবা অসি খৃষ্টাব্দ ৩৩ দনি। "পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুবকলদা শকব্দ অমা হৌএ" হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ই। খৃষ্টাব্দ ৭৮ দা শকাব্দ অমা হৌখি। মরম অদুনা নোংদা লাইরেন পাখংবনা ফম্বল কাখিবসি খৃষ্টাব্দ ৩৩ দনি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা লাইশ্রাগা ফম্বাল কাবা মতমদা পাখংবনা নিংথৌকাবা হুমিৎতা কুচুদা ঔগ্রী শকখি হায়রি। মরম অদুনা ঔগ্রী হায়বা শৈরেং অসি য়ামদ্রবদা খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদা মণিপুরদা শক্লবে।

পান্থোইবী খোঙ্গুন্দস্থ ঔগ্রী অসি ইবা নোংপোক নিংথৌ নোংপোক মালং হুম্মৌইবগা পান্থোইবীগা অনাগী হাক্তকা লাই হুবাউবা অমস্থং ঔগ্রী শকপা অসি কংলৈদা থাবা শোকচেনবনা পুল্লিইরদনি। থাবা শোকচেনবনা পানখিবা অসিদি খৃঃ৩৩ দা কংলাদা পানখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী অমমগাওদনি। অদুনদি ঔগ্রী অসি খৃষ্টনা পোকত্রিভৈদা মণিপুরদা শক্লরে।

মৈদিংগু লোইয়ুম্বনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১০৭৪—১১২২) লৈহৌদা লোই থৌকবদা লেই থৌবা চৎলুবা মী চাক পীজরক্তে হায়দুনা নিথেম লোইয়ুম্বা মশামক চৎতুনা লাল শোক্লকবদা লৈহৌ ঊমদুনা লৈহৌ নিংথৌ থোম রেংবা ফাবকখি। থোওফম অসিদস্থ ঔগ্রী শকখি। চৈথারোল কুম্বাবদা "অদুগী মথৈ ঔগ্রী শকপা হৌএ" হায়না ইরি। ঔগ্রী শকপদি হন্নন। হৌরবনি। মৈদিংগু লোইয়ুম্বগী মতমদা ঔগ্রী শকপা হৌএ হায়রিবসিদি ঔগ্রীগা

* কুচু — মণিপুরগী কোম্বু, অমনবা কংলাগী মকম অমা।

নিংথৌরোনগা শকপা হৌখিবনি। * নিংথৌরোন শকপদা ঔগ্রীনা হান্না শক্লগা মখাদা নিংথৌরোন ভানৈ। নিংথৌরোল অসি হায়-নরক্কপদা করম্বা নিংথৌগী নিংথৌরোন্নো হায়না হংনবা য়াই। মৈতৈ নিংথৌ খূদিংমক মাগী মাগী সনা হাক্তক্তা নিংথৌরোন লেংহুনা শকনখিদে। মহাকথক্তা নিংথৌরোন লেংহুনা শক্লখিবদি মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা, খুঙ্গাওবা, পাইখোম্বা, তুবী চরাইরোংবা, পামহৈবা অমসুং তুবী খনলাং ইশম থৌনা অসিগী হাক্তক্তদনি। হায়রিবা নিংথৌরোন-শিং অসিগী মমুংদা লোইয়ুম্বা মহারাজগী নিংথৌরোন্না ইহান হাল্লি। অদুনা কুম্বাবদা ইরিবা "ঔগ্রী শকপা হৌএ" হায়রিবদু ঔগ্রীগা ইহান হান্না শকখিবা নিংথৌরোনগনি হায়বনি।

---

* নিংথৌরোন হায়রিবসি খোংজোম পর্বগী শৈশক্তা হৌজিক কালদা মণিপুরদা শক্লরিবসি নত্তে। মাগম অসদা পল্লিনা নিংথৌরোল হায়রিবসিদি লায়রোল ঈশৈনি। মাগি লোইয়ুম্বা মহারাজনা পানবা মতমদা ইহান হান্না শকখি। নিংথৌরোন অসিদি খুঙ্গাও চৈচাউহন্দনবা মাঙনা তাক্লবা কন্তনবা তৌবদা শক্লবনি।

মৈদিংঙু পোইরৈবা খুঙ্গাওবনা শকাব্দ ১৫৭৭ লমদা থাদা লাংদে ভুমলগা খোমারেংবা ফাখি। থৌদোক অসি খুঙ্গাওবা মহারাজগী হাক্তক্তা লেংবা নিংথৌরোন্দা ইরি :—

মৈদিংঙুনা পোইরৈবনা খুঙ্গাওবনা
× × × ×
লাংতেয়ায়দা মপূ য়ায়দা খৌশাখবদি
লাংতে চাইরে য়াগা চাইরে;
লোইবী তাকলে মপূং তাকলে
খাম্বী তাল্লে মৈমুং তাল্লে
× × × ×
হুয়েন মুংলে য়াইশী মুংলে।
× × × ×

## ঔগ্রীগা শকমিন্নবা লোইয়ুম্বা নিংথৌ হাক্তক্তা শেমখিবা নিংথৌরোললগী মতেক অমা

“ ×   ×   ×

মৈদিংঙুনা লোইয়ম্বনা

×   ×   ×

×   ×   ×

লৈহৌপুনা থারমপুনা

চরৈ লোইবু ফিবাললোইবু

ফিবাক লোইবু তেমশালোইবু

তাঙবা লোইবু হুইবানলোইবু

কাইরৈ লোইবু য়েনবান লোইবু

লোই হায়কববু

তবা পীদবগী চাপীঙমদবগী

খাংলৈ পীদবগী পীথকঙমদবগী

×   ×   ×   ×

×   ×   ×   ×

মৈদিংঙুনা লোইয়ম্বনা

লাইরেন লাইনা

থিংকু নাইনা মথিনাইনা

তুবী শুৎনা মৈবু শুৎনা

লৈহৌয়ায়দা মপুংয়ায়দা

খৌশাথবদি

লৈহো চাইরে য়াগা চাইরে

লোইবী তাকলে মপুং তাকলে

×   ×   ×

×   ×   ×

হুয়েন মুৎলে ষাইশীং মুৎলে।
হুয়েনগী দি লান্নিগীদি
লৈহৌনিংথৌ হাওথংববু
হাওয়েনববু কাইনা হুল্লে।
মৈবাথক্তা তাঙ্গোইথক্তা
হেম্বাথক্তা থেনবুংথক্তা
মদাইরেমগা
পোইরৈথোগা খুনফাংথোগা
তম্বুমথোগা নাইফংথোগা
অখম্বগা মীপোকপগা
অথোবগা লাংগোনবগা
পানবগা কৈশকপগা
কৈরেনবগা তেংথাবগা
খুৎপীশূনা কৌরোংশূনা
খুজেং লাকনা হংচি লাকনা
উফুন হোৌনা নোংলৈ হোৌনা
তিংথৌতৎনা মরাতৎনা
কোন্নরম্মে।

× × ×

## খোইরেন্তাক্তা খম্বনা পাম্বা কৈ ফাবদা মপা শকপা খোংলেন অথোবনা ঔগ্রী শকখি।

"খোইবেন্তক্তা পানবা কৈরেন অথোবা ফাবদা মোইরাং কংলা চীংগোন থেন কাদনা খুমন নোংয়ায খম্বনা শাফা লানফা থেংগো শাই, চরৈ খামেন চৎপা শেৎলে, নিখৌ ফ শাইজোনবা লিংলে, লমথা খুলং কোয়েৎনরে, পজেং ফীবান থেৎলে, সনা খুজি পালোইনা * মথুৎ য়েৎনা তুবী চীরোং পাযখৎলে, মথুৎ ওযনা লৈমবেন চু লেন পাযখৎলে। লাইযিংথৌ পাখংবব্ খুকমজবম্মে। চীংঙু ইবুংঙো ননাই ঐনা য়োল্লবা কাদা ঙাকপীও তারবা কান্দা কনবিও অসি হায়দনা লৈমরেন অহুমলক নীকএ × × × × × × লৈনিক নীপাল্লক নীকএ লৈফন নীপাল্লক ফল্লে, শামি লানমী নেৎপে, মপা ইঙও থোংলেন অথোংনা ঔগ্রী শকা ঈশৈ শকএ × × × × খুমন খম্বদো মযুম শঙ্গাই রেন্দা লাকথদা (লাকথদা) শামিং লানমিং কৌদনা এনবুম হুইরোই চনখি।"

থেংগোরোন

---

* মথুৎ য়েৎনা তুবী চীবোং পায়খৎলে ·· ··· চুঙলেন পায়খৎলে—মাগী য়েৎথংবা মথুৎনা থাঙ পায়রে ওয়থংব' মথুৎনা চুঙ্গোয পাযবে 'থেংগো শাবদা পাম্বরিবা থাঙ অতুগী মিং তুবী চীরোং হাইনাইবা থাঙককলেন য়াশৌবা কোই, চুংগী মমিং চুংলেন হাইবুবা কৌই)।

লৈনিক—থেংগো শাবগী ফিবম অমা।

লৈফল—থেংগো শাবদা শীজিন্নবা হকচাংগী ফীবম ফিড়প অমা।

এনবুম হুইরোই চনবা—শা লান ফাবদা শাফা লানফা চুমদনা ফাম্নবদি শা লান ফারুরিবা মী অতু মশাইক নহুগা মচা মশুদা তেনবাল্লি। করি করিগুম্বদা মী হাৎলুরিবা নহুগা শা ফারুরিবা মী অতু নহুগা মাগী মচা

খোইরেন্তাক্তা খম্বনা কৈ ফাখিবসি মোইরাংদা ইরাং পুরিকলাই চীংথু তেনহৈবনা পানবা মতমনি। চৈথারোল কুম্বাবদা হায়বা মতুংইন্না চীংথু তেলহৈবনা মোইরাংদা পানবা মতমদা ইম্ফাল কং-লৈদা মৈদিংগু থংবী লান্থবনা (খৃঃ ১৩০২—১৩২৪) পাল্লি। অদুনদি খম্বনা কৈ ফাবদা মপা শকপা থোংলেন্না ঔগ্রী শকখিবসি খৃষ্টগী তরামরিশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদনি।

ইং কুমজা ১৭৮৬ তা চীংথংথোম্বা মহারাজনা খোংজাই লান্নাবা লেঙবদা খোংজাই শুমতুনা খোজাই খুনয়ায়দা খৌশাখি, ঔগ্রী শকখি, তুয়ায়দা নুংস্থ য়ুংখি।

চৈঃ কুঃ ১৩৫

অসুম তৌনা ঔগ্রী হায়বাস মণিপুরদা য়ামদ্রবদা চহী লীশিং অনীগী মঙাঙদগী চৎনরকপনা হৌজক ফাওবদা চৎনরি। মাসি শৈরেং ওইনা তৌই। লাইরিক অসদা মুমিৎপু তোঙান তোঙানবা মমিং মথা হায়দুনা লৈশি লৈথোক্লি। ঔগ্রীদগী মৈতৈরোল অরিবদা

---

মশূ অদু মঙৈ নীকপা, শারৈ হৌবা, উশাবাই হৌবনচিংবা তৌবা যাওই। মাসিগী ফত্তবা পূন্নমক কোকনব শাফা লানফারুবিবা মী অদুনা মাগী যুমগী থেঙ্গংলাংগী অরাংথংবা নাকথদা শামিং লানমিং কৌদনা লানচাক থাকলগা শাফা ঈশৈ লানফা ঈশৈ শকনৈ। অসুম তৌনা শাফা লানফাগী দোষ কোকনবা তৌবা অসি এনবুম হুইবোই চনবা কৌনৈ। মাসগী অকুপ্পা মরোন্দি শাতুবোন লান্তুরোন শাফারোন লান-ফাবোন অমসুং লাফাফলোন কৌবা লাইবগুগী থঙনি। করিগীদমক শামিং লানমিং কৌরিবনো হায়বা অদুনা লানফমগী সনা লমলেমবা কৌবা লাইরিক অদু নৈনরগা থঙ্গনি। কনাগুম্বা শাফা লানফা-রুবা মী অদুনা য়েনবুম হুইরোই চন্দুনা মাগী দোষ অদু কোক-থোকজমদহুনা মচা মশূদা তেনবাল্লবদি লৈহৌরিবা মচা মশূশিং অদুনা মপা মপুনা শাফা লানফা কাম্বখিবদুগী দোষ কোক্লনবা লানচাক থাকপা জাৎ অমসু তৌনৈ মাদুদি য়ুমগী নাকথদা তৌদে, মাগী ইংথোল থাংমদা লমহাংদা তৌনৈ।

ফুমিৎকী মমিং করি করি কৌবগে হায়বতু খঙবা ঙমই। মাতুদি—১। য়োয়ময়াই ২ তাউদনবা ৩। তাউরোইনাই ৪। অঙানবা ৫। মালেমখৈ ৬। লা জখৈ ৭। সনাতোন ৮। খোম্মদোন ৯। থবিরেং ১০। শে গোইবেং ১১। অপানবা ১২। চরংশেন ১৩। খোইবুংশেন ১৪। নোংশাবা মৈ ১৫। নোংপোক লৈমচা ১৬। তৌরিংলৈমলা অসনচিবা। খুঞ্জাও লৈচাউনবা, ফুংঙাই য়াইফনা পাম্নবদা অমদি খুম্বাক লৈতাকহন্নবদা মাসি লায়রোন ঈশৈ ওইনা শকই। তৌঙ্গিকসু মৈতৈশা লাই হুবাইবদা ঔগ্রী শক্করি। লাই হরাউবদা শক্কবিবা অসদা খুম্বাক লৈতাকনবতু য়াওদে, খুঞ্জাও-লৈচাউনবতুদনি।

ঔগ্রী অসি মৈতৈনা য়ামনা লুনা অ-সুং চেকশিন্না তৌই। লাই হরাউবদা ঔগ্রী শকপা য়াওগদৌরিবা নিপা নুপীশিং অতু মথক্কী হুমিল্লগী * চাকমাং চাবা ফিমাং শেৎপা তৌনদে। লাই হবাইবগী ঔগ্রী শকপদা য়াওবনা মী ময়াম অতু পরেং তংপা য়াদে। পরেং তন্নবা থৌরি অশাবা অমা লৈপাক তাহন্দনা তিঙ্গপা য়াওবিবা ময়াম অতুনা থৌরি অতু পায় অতুগা মাইবনা ময়ুদা ঈশৈ হল্লগা ময়ানা খুন্মি।

---

* চাকমাং ফিমাং শেৎপা—নিপা নুপী মতৈ মনাও ওইবগী য়ুমদিম্নবা ( সঙ্গ জোবা )।

# নুমিৎ কাপ্পা

মৈতৈগী লাইরিকশিংগী মনুংদা নুমিৎ কাপ্পা হায়বসি য়ামনা লিরবা লাইরিক অমনি। মাসিদা ইরিবা লোন্দা অসি মৈতৈরোন্দা অরিপনি, মাসিদা সংস্কৃত, বাঙ্গালানচিবা লোল মতৈগী ৱাহৈ ৱাতা য়াওবা উদে। লাইরিক অসি কনানা কংখ্বা মতমদা ইখিবগে হায়বদা থেংনদে। থায়না মমাংগী চদগী চৌহুনা হৌজিক ফাওবদা মৈতৈগী অমাইবশিনা চুপ শাবদা নুমিৎ কাপ্পদা ইরিবা ৱারী অসি লায়রোন ওইনা শক শোন্নে।

তাউহুইরেং অহনবগা য়োয়মযাই নুমিৎ সনা খোম্মদোনগা অনী অসি মচীন মনাউ মাখোয মঙা পোকহল্লবগী মথংশিংনা মরিশুবা অমসুং মঙাশুবনি। মখোয় অনীনা "নুমিৎ অনী চৈথইনা থবা অনী লেংশন্ননা পাল্লবগী" মাখোয়গী মনাই শুইরিবা খ্বাই নোংচেন-নম নাইচা য়েকমা হাওতলান নমু পোঙালাসা অতনবা অসিনা মতেংমদা মপু অনীগী সেবা তৌবদা য়ামনা ৱারে, মবুঙো অনী আসগী থবক তৌবদা ময়ূম-মকৈ পানবগী নুংঙাইফম খুঙদ্রে। মচা নিপা হাওদংখু অমসুং মচা নুপী হাওদহনবু নিংথিনা নাউয়োকপসু ঙমদ্রে। "ইপারি হাওদখুবু তরা চাকপূম শায়না নাউয়োকফদে, ইমোম হাওদংহনবু নাউয়োকফদেএ, তংলোয় ইরুম্বীবু ওয়রন থানা লাংগোনফদেএ হায়না ৱাওইখিএ।"

মরম অদুনা মহাকনা মবুংঙো অনী অসি হাংননবা ৱানা তেন শারগা মহাকনা অমুক কাপ্পদা শোয়দনা পাম্নবা অঙৈন কনবগা

---

চুপ শাবা - কনাগুম্বা মী অম মীশ চাদনা শিরবা (উদগী তাহুনা শিবা, ঈশিংদা তাহুনা শিবা, মরম চাদনা শোক পনবা) শিবগা মান্ননা চোপ্পনংবনচিংবা তৌরবদি মাহুগুম্বা ফত্তবা থৌদোক অত্ত মাগী শাগৈ নাতৈদা অমুক হন্না ত্তেকাশিন হঞ্জিন্দনবা হায়তুনা অথঙ অহৈ মাইবা পণ্ডিতশিংবু চুপ শাহল্লি। মাসি থায়নদগী হৌজিক ফাওবা মৈত্রবাক্তা চৎনরি।

ৱাওইখিবা — ৱাম্নৌবা, শাউনা।

লোয়ননা মখুৎ চুম্নবা হোৎনখি। নোংমা মাগী নূপীনা ঈশিং শোক্কুনা মকোক্তা ফৈজা শারগা ঈশিং পুল অথবা অমা পুত্থুনা লাকপদা মহাক্কা তেন কাপতুনা পুল অত্থু থুগায়খি। নোংমা অমনা মাগী নূপীগী মনাদা শিবা চোমলাং অত্থু মানা তেন কাপলক্কুনা চোমলাং অত্থুগী লৈয়ায় খায়খি। নোংমনা মতুদা লংশুং খোঙ্গা তিংও হায়না তিংহল্লগা লংশুং অত্থুগী ময়ায়দা মানা তেন কাপ্পদা লংশুং ময়ায় খায়না পানবা ঙম্মখি। অস্থুম তৌত্থুনা মানা তেন থুংকাপ চুম্বা শাল্লবদা মহাক্কা কাপ্পদা শোয়দনা পানগে নীংবা অত্থু পানবা ঙমলনি নীংখি। মানা তেনগী অভ্যাস তৌখিবসি অস্থুম্না ইরি :—

"কোরৌ ঙ্গমিৎমাদি তাল্লোয় মরুপ্নীবা ফৈজা পোৎপ্লেক লৈ পুল্লাং লুরোই থোং, লাইজা ইপাল্লাং ইমু ময়োন শৎ-লৈরাই হুইশোন কারকপদা খ্বাইনোংচেনবম নাইচা য়েকমা হাওতংলান নমু পোংঙালাচানা লীরী থম্মোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা পান্দম্ববু পুল্লাং ময়ায় খায়না কাপথায়রে।"

(ঈশিং শোকলগা নোংমা মতুমা মকোক্তা ফৈজা শারগা, ফৈজা মথক্তা ঈশিং পুল থোংলত্তুনা লৈরাই অওম্বা কাখৎলকপদা খ্বাই নোংচেনবম নাইচা য়েকমা হাওতংলানা লীরী থম্মোয় য়ৌবমথৈ চিংলগা তেংপা থোংত্থুনা কাপখিবনু মাগী নূপীনা ঈশিং শোক্কুনা মকোক্তা থোংত্থুনা পুরকইবা ঈশিং পুল অত্থুগী ময়ায় মক্তদা থাত্থুনা কাপথায়রে)।

মমাঙ্গা তাউহুইরেং অহনবনু খ্বাই নোংচেনবম পিবানা তেম্না কাপথুপ্রবদা য়োয়মম্নাই সনা খোম্মদোম্না (ঙ্গুমিৎনা) কিরত্থুনা লোৎ-প্রবদা ঙ্গুমিৎ থোকত্রবদা মম্নামনা রানখিবগী মতাংদা অস্থুমনা ই—

তুবী মৈনা কোম্না থৌখামখিরবগী
পোইরৈ চিন্দুম চিন

রাংবন মংতুম মংনা
থল্লান মারন পাইনা
মী শল্লাবা লৌকুমদা
মীনাই তনবা লৌতাদনা
লম্বু তুবু মশেন
তরেৎ লাইকম মশেনবু
মারোন শিজোল্লা পানগে
তৌকুমলকল্লবদা"

নিংথৌপোংবা তরানা তক্ফা রাংগুমলোন খাবী লেংনাউ মোম্বীদা য়োয়মল্লাই সনা খোম্মদোনবু (মুমিংপু) থেমগংলু হায়রবদা তক্ফা রাংগুমলোন্না মহাকপু মুমিং থেনগংলু হায়রবদি অসি অসি চঙনি হায়না পোৎলম তাকপদা হায়খি।

"পাগী পারম তাবনা
পথোম মঙা থোম্বিও
নুগী নুরম তাবনা
পথোম তরূক থোম্বিও
লাকশবনা লাকশা-ও
মালেম লোইবী খাংরাই তরেৎ শেম্মো।
ইপা তুমী অঙনববু পুনেম্না
ফৈরোই মংদা লুক্কা
চেংঙো ফা হাপ্পা

---

পাগী ... ... ... পথোম তরূক থোম্মো—যেত্তা পরৈ মঙা লৈয় ওয়দা পরৈ তরূক লৈয়।

মালেম লোইবী খাংরাই তরেৎ—লৈপাকনা শাবা কেগাম তরেৎ।

পুনেম্বা—থরূম্বা। ফৈরোই মংদা লুক—থুম্মোক মথল অমা।

য়েরুম কাং থিম্না,
ফিমু লৈরুম কুপ্লিও
তরেৎ ময়ি নাইবগা
নোইন্থু কাগুপ্পবিও।
মচেং কাইরৈ খুরৌথাংনা
ফিমু লৈকম কুপ্লিও
কম্বি নাউরৈ খুনা
খোইচু তোল্লোং ইকপিয়ো।"

মথক্তা ইরিবা অস্পিদগী ঐখোয়না খঙবদি মণিপুবদা শেল শীজিন্নবসি কুইবে। মণিপুনদা লাই খুবম্বদা শেল থুম লাইদা কংপদা যাওরে শেন খূদেং থুন কাগুপ শীজিন্নবা অসি কুইরে হায়বসিস্থু খঙিও।

তম্ফা য়াংওমলোন খাবা লেংনাউ মোম্বীনা য়োয়মযাই সনা খোম্মদোনবু (খুমিংপু) খেম্নগংকক্লবদা হোবক্তবা য়াখিদ্রত্তুনা খুমিংনা য়াম্না য়ানিংদনা তন্দে মান্দেন খোরকপা অহুগী মতাংদা ইরি।—

লৈমুরাবা নশোং চাউ
লৈহৌরাবা মঙান নাইনা,
মচেং কাইবৈ খোংমবক্তা
য়েনপানা শাগম তুফাং ফু

---

য়েরুম কাং থিম্না ·· কুপ্লিও—য়েরুম থল্লগা ফিমু লৈকমনা কুপশিনবিও।
তরেৎ—শেল। নোইন্থু—থুম। মচেং কাইরৈ খুরৌ থাংনা—য়েনগী মখোঙদা পোরোং হুকতুনা (নাপীনা চগে। শান। কোল্লগা য়েন মখোঙদা শিবিবা)
তরেৎ ··· ··· কাগুপ্পবিও—শেনগা থুমগা কাগুপ্পনা থম্বিও।
কম্বি ··· ইকপিও—কম্বীদা খোইজু হাপলগা মৈ থাহনা খোইজু থাবগী মৈথু কাহনবিও।

য়াওলেন লুজাউ খোয়
ওকশম তোন্দম হাই"

নিংথৌ পাংবা তরানা খুমিৎ মমায় মকলে, মানা মমায় মকলিবা কিছুনা লোৎশুরিবা শিবগা মান্ননা ঈকাইবা নংউরিবা অদু কোক্কবা "খুমিৎ মচুপশাবু তাউখ্রে" হায়দুনা খুমিৎপু ঈরু মায়থজবিদুনা মমায় মমিৎ তাবিবগা চুপ শাখি। মাইবা মাইবীন' চুপ শদুনা হীনবী মতুং ইন্না নাহৈবা (ঈশিদা পুমফাই তাইরেন মনা নচিংবা পুপসগা মশাদা খিক্তোকপা) লোইববদা "খুমিৎ মমায় পুরকলে, থবি মমায পাল্লকসে।"

খুমিৎ কাপ্পদা ইরিবা খ্রাবী অসি হৌজক যাওবদা চুপ শাবদা শক্র শোন্নরি। লাইরিক আসদা খুমিৎকী তোঙান তোঙানবা মিংথৈসু ইরি মাদুদি -থবি, শেগোংবোং, অপানবা, মালেম লাংজথৈ, য়োযায়াই, খুমিৎ, সনা খোম্মদোন অতোনবা, তুবী, লাইবেন অসিনচিংবা।

হৌজিক ঐখোয়না থেংনরিবা খুমিৎ কাপ্পা হায়বা চুপ শাবদা শীঙিন্নবিব তোহানক শাসি লৈবাক অসদা চৎনরক্লবা অসি করম্বা মওমগীনো হায়বদু নৈনদুনা য সি। মমতৈঙদা মৈদ্রিঙু খুয়োই তোম্পোকা (খৃ ১৫৪—২৬৬) মচানপা য়োযমো বগা যোইহৈতোন তাউথিংমাংগা মচান-মনাউ অনীনা ঈবন অস্সুং ইম্ফাল তুরেল অনী অসি তুবেল মকলসী হৌনা ৫৩ খবদা মখারমদা মুযিম হাওমুম চানা তান যৌববদা কাকযেন মা খ্রগা মচৌল-মনাউগা লান থেংনখি।

নিংথৌ পোংবা তরা—পুখনবা, নোংথোনবা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, ইয়াংলোই হঞ্জব, চোঙথানা হঞ্জবা, ইমাওলোয় হঞ্জবা, ইমিংলোয় হঞ্জবা, থমথকচা অমসুং লাইথুরাকপা ফয়াইবা তবা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই (অদুগা কংলা হৌবা কৌবা লাইরিক অদুদদি লৈকাইবাকপা মার, শঙলেন লাকপা অনী পুখনবা নোংথোনবা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই হায়)।

লান অহুদা কাকয়েন মীওম্বনা য়োয়মোংববু লাকুনা য়েন্নাউবী মচা চেনবগুম চেনখৎখি। মনাউ ‍িপা য়োইহৈতে'ন তাউথিংমাংনা ভেন্না তমহুনা কাকয়েন মীওম্বগী মশা শগন্দা পাল্লবদা কাকয়েন মীওম্বনা তেনগী চৈনাখোন্না লৈখাদা তাবক্লবদা য়োয়মোংবনা মশাদা শাগোম্ন-রিবা থাঙশাং যাইওইবনা উচেক অচৌবহুগী মশা নাম্ম ককুনা মচীন মনাউ অনীনা কাকয়েন মীওম্বা হাংখি। কাকয়েন মীওম্বা হাৎলবদা কাকয়েন্না চেল্লুবা পোম্বী চীংগোইচল্লুবা অহুগী দোব কোক্লবা তেক-শিন হজিন্দনবা য়োয়মো'বগী মমাইবা থি'কোন মরিং মাই শম্ঘোং রাকুমাইনা চপ শাখি। তুতেলোন কৌবা লাহরিক্তা মতাং অসি ইরি—"ল ইরেন মচুপশাবু তম্বিরবদা লাইরেন ভা ভোই য়োয়মোংবদি হুমিংকুম মশোংচাউ থবাগুম নঙাল নাইনা মৈবী শগাম ওইনা ক'লৈ পুংময়োন্দা য়াকাবে হাযদবরা?"

য়োয়মোংবা তাউথংমাংগী মতম অসি খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দী-দনি। মৈতৈনা চুপ শাবদা হুমিং কাপ্পগী লায়রোন শীজিন্নবসি য়ামদ্রবদা খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীদগী চৎনরে হায়বসি তুতেংলোন্দা ইরিবা "লাইরেন (হুমিং) মচপ শাবু তম্বিরবদা" হ'য়বসিনা তশেং তশেংনা তাক্লি। লাই'রক অসি খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীগী মনাদগী লৈবস্থ যাই। মবমদি হুমিং কাপ্পা হযবা লাইরিক অসিমক্তদস্থ "হুমিং মচুপশাবু তাউথ'শে হায়না তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাই-রেন পাথংবগী মমাইবা কোন্দে নাকথংমাইনা শরেন য়েৎলম ফম কেগে অম ইবা থিংগোন মোবি ফৌবয়াচা লাংজেং লাংমৈবা মঙথি মঙলা'চুম্বা শোইবা যুবা মাই অমাই ক'ইজবনা শবেন ওযরম ফমনা" হায়বা ইরি। মাসিনা তাকপদি লাইরিক অসি নোংদা লাইরেন পাথংবগী মতমদা খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদা লৈরে হায়বদস্থ হায়-মনবা থোকলোই।

---

## চাউরাক্লা খৃষ্টগী ভগুবা শতাব্দীগী মমাঙগী লাইরিক

### খেঞ্জো

খেঞ্জো হায়বা অসি মৈতৈগী অরিবা শৈরেং অমনি। মাসিস্তু কনানা করম্বা মতমদা ইখিবগে হায়বসি চপচ'না হায়বা ঙমদে। অহুম্নদি ওইরগা মাসি খেংলবদা খৃষ্টগী ভবেংশুবা শতাব্দীগী মমাঙদদি লৈবাক অসিদা শীজিন্নরে হায়বসি নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা কৌবা লাইরিক অহু পারগা খঙবা ঙমই। মৈতৈ নিংথৌ উরা'ক'ন্থৌবনা মৈত্রবাক্তা পাল্লিভৈদা (খৃঃ ৫৬৮—৬৫৮) মচা ইবুংঙো হোঙনেম-য়োয় খুঞ্জাউদা মুংবান হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা ভম্বিখিবা ময়াম অহুগী মমুংদা খেঞ্জো অসিসু যাওখ।

"খেঞ্জো লা মৈ লীহৌরাক,
পোইরৈ রারমলেন অরুবা;
লাইজা তবঙ ঈপাকথক্তা
মালেম লারি লীহৌরাক
তানথোঙ লেমপোঙ খ ঙবরম
উকাক লাথা হৌনরা
পোইবৈ র'বমলেন পুন্নমকপু
পাউতাকপীগে"

নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা

মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবগী হাক্তক অসিদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মাসি হান্নবা হৈতুনা লেবে হ'য়বস থঙলে। লুরাংনিংথৌ পুন্সিবগী মমাঙদা খেঞ্জো অসি লৈবসু যাই।

খেঞ্জো শৈরেং মখাদা উৎলি।

হোইরো হয়া
হোইরো হয়া

হোইরৌ হয়া
হৈয়া শো হৈয়া শো হৈয়া শো
য়িংসো য়িংসো য়িংসো
হে হুপ হে হে হে
খেঞ্চোবে খেঞ্চোরে
খেঞ্চো লা'মৈ খেঞ্চো'রে
অচি চিরো' চিচিরোং
হামেঙ খেঞ্চো মখেঞ্চো
খুয়োন-ও লৈখো'ঙ কায়
মোরিও লৈরাম্বী
চেঙগো'ই লীকলা রাইরংখু
কোক্কায় মোইতাং অযাংঙা
হিতা থাঙমৈ অচোংঙা
থোয়্দিংও মকেরে
কবোক-ও মকারাম
হংগ'ম মুবা লিও লিও ।
ইপুরোই চানিংলোব
নকা ইকা খোঙথীনালোই ।
খোইনিংও তুথরো
নাউরা ঐনা খুঞ্জগে ।
হে নাউরা নশমত্তোন
প্রুমহ প্রুমহ লিখাউ খাউ ।
কাকয়েন খুজিন চু চু ।
শগোল ভোংবা কাইরমবা
নঙবু তোংবা য়াঙদেদা ।
লম পানা খোঙশাংবী
নঙবু শায়বা ভাঙদেদা ।

ইমিং ইমাঙ হাইরৌনা,
খুবাক হাইরৌনা।
অথিং কোরে থিংকোরে
থিংকো লাংমৈ থিংকোরে;
লাইরেন কোকপা থিংকোরে।
হংচে কোল্লো হংচে কোল্লো হংচে কোল্লো।

খেঞ্জো অসি মণিপুরদা চহী লীশিংগী মমাঙদগী চৎনরকপনা হৌজিক ফাওবা লৈবাক অসিদা খোঙ্গুন মুত্তরি। মসি হৌজিকসু লাই হরাউবদা লাইবুংদা নিপা নুপী য়াওনিবা ময়াম অতুনা লাই-য়িংথৌ লাইরেম্মদা মায় ওনশিন্দুনা খুবাক খুতুনা খেঞ্জো অসি শক্লরি। লাই হরাউবদা মাইবনা ঈশৈ হল্লগা ময়ামনা খুবাক খুতুনা খোঙ মাঙ অমসুং তুংলোমদা হন্দোক হজিন থাতুনা ঈশৈ খুবক্তুনা শক্লরি। হৌজিক মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজনা কাংদা মুংদাং শ্রীজগ-বন্ধুগী লাইমাঙদা মান্দোপ্তা জয়দেব শকপদা খোঙ মাঙ তুংদা থাংদোক থাংজিন তৌতুনা; খুবাক খুতুনা শকলিবা অসিমক মৈতৈগী খেঞ্জো শকপগী মওঙ লৌবনি। খেঞ্জো অসি মৈতৈগী অরিবা লাইরিক কয়াদা য়াওবা থেনৈ। পন্তোইবী খোঙ্গুল, পুদিন লৈথক লৈখা-রোন্দসু খেঞ্জো অসি য়াওই। মসি লৈবাক অসিগী যাম্না লিরবা শৈরেং অমনি। লিমনথ্রতুনা মসিগী অর্থ অমসুং ভাব করিনো হায়রবসু হৌজিক কালগী নহারোলশিংনা খঙবদা য়াম্না পোক্লরে।

---

# সনা লমওক

সনা লমওক হায়বসি মৈতৈগী অরিবা লাইরিক অমনি। পাখংবা খুরুম্বদা, পাখংবা ঈকৌখৎপদা, ফুহিং লাকপদা কংফান্দা লৈহৌবা মাইবনা শীজিন্নৈ। মাসি শকপদা শোয়হৈদে হায়তুনা যামনা চেক-শিন্না অখণ্ড অহৈদা ওঝা নাইনা তমলগা শকনৈ। মাসিসু শৈরেংনি। কনানা করম্বা মতমদা লাইরিক অসি লেংখিবগে হায়বসি তাংদাংবা চহী মতম লেপ্পদি রানা থোক্লে। হৌজিক্তগী চহী লীশিংগী মমাংদা লৈরে হায়বা ফাওবদি ঐখোয়না থোকখিবা থৌদোক অমদি অরিবা লাইরিক কযাদগী খঙবা ঙম্মি।

লাইরিক অসি লোইয়ুম্বা শিলয়েন্দা মমিং পল্লে। খৃষ্টাব্দ ১১১০ দা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা মাইবগী মশিল য়েন্থোকপদা "অশৈবা নঙদি সনা লমওক শকও" হায়না ইরি। মাসিনা তাকপদি লাইরিক অসি লেংলম্বা মীগী মমিং খঙত্রবসু খৃষ্টগী তরামাথোই তবানীথোই শুবা শতাব্দীদা লৈবাক অসিদা চৎনরে হায়বা মশানা তারে। হায়-রিবা মতম অসিগী মমাওদদি লাইবিক অসি লৈববরা হায়না য়েংবদা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা ফম্বাল কাবদা (খৃঃ ৬৬৩ দ) সনা লমওক শকখি হায়না নাউথিংখোং ফম্বাল কাবদা ইরি।

---

ফুহিং লাকপা—ঈশিংদা সনা লুপা কোনম্বাই হুল্লগা চফু অহিংবগা লোয়ননা ফুহিং লাকপদা চঙব, হৌনবা পোৎলম ময়াম অতু কোক্লা থোংনা পুথরগা ঈশিংদা ঈরুপতুনা লাইদা কৎপনি। মাসি তৌগদৌরিবা মাইবা অতুগী ফীরোয় অহনবা ফৈজোম অমা ইন্নফি অমা কোয়েৎ অমা হোংনৈ। বৎকদৌরিদা লাই অতুগী মায়ওন খঙদনা ফুহিং লাকপা ফজ্জে, মাতু তৌরিবা মাইবা নত্রগা পণ্ডিত অতু পুন্সিদে।

"ভাউরোই পুংলেনগী অশৈ পনমাবনা সনা লমওক শকএ।"

—নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা—৭৬

ভাউরোই পুংলেনগী অশৈবনা নাউথিংখোংনা ফম্বাল কাবদা সনা লমওক শকই হায়বিবনিনা লাইবিক অসি খৃষ্টগী শতাব্দী তরুক তরেৎতসু লৈবাক অসিদা লৈবে হায়বা তাকলে। অতুনা লাইরিক অসি খৃষ্টগী শতাব্দী তরেৎকী মমাঙদদি লৈরে।

লাইরিক অসি শৈরেংনি। লোন্দাদি মৈতৈবোন অরিবা ওইনা তৌই। মখাদা লাইরিক অসিগী মতেক অমা উৎলি—

কোরৌ নিংথৌরেন ও
লাইরেন ব্রাংবা মৈদিংথৌ
সনা নমিবেন মিবেন থৌয়াংববু
যিরেল্লক লমলেল্লকী কোল্লে।
ইমু ইঙৌ লেনগী
থরৈ লেমলৈ লক্কী
তুরেল কাওসুম কাওবাম্নুংগী
ভাইবং চৌংঙুমাঙ থাযগৎলক্কে।
পুনশি নোংশা না সনানমিরেন
মিরেন থৌয়াংববু তিল্লরেমলে।

---

তাউবোই পুংলেন—পুংযৈবা। অশৈ পনমাবা—ঈশৈ শকপা, পেনা নত্রগা অশৈবা লোয়শঙ। মাইবা লোয়শঙ (জ্যোতিজিকনা পণ্ডিত লোয়শঙ) অসি অশৈ অমাই য়োয়বেন হায়না থায়। পুং যৈবা (তান যৈবা), পেনা (অশৈবা) অসিসু মাইবা (পণ্ডিত) লোয়শঙগী মহুং চল্লি।

মৈদিংথৌ—মৈদিংঙু নিংথৌ, মৈতৈ নিংথৌ। ইমু—পাৎ নত্রগা পাৎ মপান্দ তাবা খুল। ইঙৌ—তুরেল নত্রগা তুরেল মপান্দা তাবা খুল। থরৈ অরোংদগী শুগ্নু কাওবদা লৈবা লম, লেমলৈ—শুগ্নুগী মখা মথৈ লেমলৈ কৌই।

স্নানথোঙজিনবু পোন্না লিংশিল্লক্লে।
নরাকচীনবু কান্না চোংশিল্লকলে,
মী কপ্লাক নেংথুরকলে
মীৱাইরেন কান্না চোংনা
লাইরেন সনা নথোঙজিল
থোক্ললেন ময়োনয়াম্ববু কাম্নচোংনা
তুৰী নচৎলম লাইরেননফানশাং
থোংনাং লাল্লু লীশিংগুনা
থোংলেন তনমু চনেৎশম্মু
তুৰী নচী হেন
লাইরেন নরাইলাংন, রাইওংলকও।
× × × ×
মালেম মানা লোই
থবি মতাং তেন
য়াম্না শিন্থোঙ খাম
তরেংখোঙফাং লৈদনা মিকৌষদি
তুৰী নচী হেন
লাইরেন নরাই লাংহৌরকলে।

লাইরেন নওবু

ফুবা লাংনা থুগমদে
ফুবা তোংখন লাং
লিরেনতাংমা লাংনা কাপয়োল্লকএ।
× × × ×
× × ×

---

## অহোঙলোন

লাইরিক অসি মৈতৈগী অরিবা শৈরেং অমনি। মাসিদা সংস্কৃত বাঙ্গাল'লোন্নচিংবগী রাহৈ রাতা য়াওদে। মৈতৈগী অরিবা লোন্দাদা ইবনি। মাসি করম্বা মতমদা কনানা করম্বা থৌদোক্কা মরী লৈননা ইখিবগে হায়বা খঙদে। অতুম্নদি ওইরগা লাইরিক অসি থেঙলবদা খৃষ্টগী তরামাথোই শুবা শতাব্দীগী মমাঙদদি লৈরে হায়বসি ঐখোয়না লোইয়ম্বা শিলয়েন পারগা খঙবা ঙমই। মাইবগী মশিল য়েন-থোকপদা থোংঙামনা অহোঙলোন শক্কদবনি হায়না ইরি। অতুনদি মাসি লোইয়ম্বা নিংথৌনা লৈবাক অসিদা পান্ত্রিঙৈদগী লৈরকলে হায়বা তাকই। মাসি মমাঙৈঙদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবদা অমাই-বাশংনা মচীন্দা পুদুনা লাই খুরুম্বদা শক্লা শোম্নরি।

হে হৌ হে হৌ হে হৌ
হোঙনেমলো হোঙনেমলো
হোঙনেমসে হোঙনেমসে
লমলেনমদা হোঙনেম্বা
মদাইমদা হোঙনেম্বা
কংলৈয়োন্দা হোঙনেম্বা
পুংময়োন্দা হোঙনেম্বা
থোয়মথৌবু হোঙনেম্বা
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্বা
লাইরেনয়াইনা ননোংয়াইনা হোঙনেম্বা

---

হোঙনেম্বা— কুমৈ তৌবা। কংলৈয়োন্দা পুংময়োন্দা — কংলৈপুংময়োন্দা। থোয়মথৌ— লাইয়িংথৌ—লাই, ঈশ্বর। লাইরেনয়াইনা—মৈদিংঙ না, মৈতৈ

লীকলাইরেম্মা নিংথোরেম্মা হোঙনেম্বা
লোইদামগীদি থা কাউদনা
লাংহৈগীদি কুমকাউদনা হোঙনেম্বা
খোইয়মপুগা লাইরমপুগা হোঙনেম্বা
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনবা অছুম্মক্না
খাবিগীদি য়োমলোই হৌনা
অশৈগীদি খোঙফাংলেংনা
কৌবা কানা লাকথোং কানা
চীংঙু রাইনা হোঙনেম্বা
থোংবান রাইনা হোঙনেম্বা
থাঙয়িগীদি খোংজ্রোম্বা মশুখং
সোবা রাইরো পানবা মনাস্নুম

মথক্কী শৈরেং অসিনা তাকপ'দ মৈতৈ নিংথৌনা লাইদা অহোঙ কুম্মৈ তৌবা অসি মাগী মাগী মকুম এথা অহু কায়দনা মাইবা মাইবী, ঈশৈ শকপা. পেনা খোংবর্না বা ময়াম যাওনা তৌবগী রাস্থ য়াওই। মাসিদা শুক্কী রা হায়বদা চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী রা পল্লি। থাঙয় খোংজ্রোম্ব'দ খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দীদা পাল্লম্বনি। চেংলৈরোন পাবদা নিংথৌ অসি মৈতৈ নিংথৌ নাউথম্বগী মতমদা লৈরম্বনি হায়বা খঙিঙ অছুগা চী জেন নায়ন পাংগনবা অমস্নুং থাঙয়ি তাউবুং খোংদৌবা হায়বসি মহাক্কী মচা ঙাক্ক'নি। মাসিদগী ঐখোয়না খঙবদি লাইরিক অসি খৃষ্টগী ১১ শুবা শতাব্দীগী মমাংদদি ইরবনি অছুগা খৃষ্টগী ৫ শুবা শতাব্দীগী মমাঙগীদ নত্তে হায়বসিমস্থ খঙবা ঙমলে।

---

নিংথৌনা। নলোংয়াইনা—নশূনা। লোইদাম—থা। লাংহৈ—কুম, চহী। শঙলেন—লোয়শঙ। তেংমাইথনবা—লোয়শঙগী ময়াম্বা, লোয়শঙগী মকোক খাবী—মাইবী। খাবীগীদি য়োমলোই হৌনা—মাইবী ময়াম য়াওনা। অশৈগীদি খোঙফাংলেংনা—পেনা খোংবা, ঈশৈ শকপা ময়াম তিন্না।

থাংম্বিগীদি খোংজ্রোম্বা—চেংলৈগী নিংথৌ অমগী মিংনি। থাঙম্বি খোংজ্রোম্বা অসি মৈতৈ নিংথৌ নাউথম্বগা ( খৃঃ ৪১১—৪২৮ ) মতম অমস্তগী মীনি।

## খোইজু লমওক

মৈতৈগী অয়িবা লাইরিক অতৈগী অয়িবা মীশক খঙবা ঙমদবগুম খোইজু লমওক হায়বা অসিসু কনানা লেংলম্বনো হায়বা তশেংনা খঙদে। অতুম্নদি ওইরগা মাসিসু সনা লমওক, লানফা লমওক্কুমনা লৈবাক অসিদা চৎনরকপদি য়ামনা কুইরে। মাসি অহানবা লেংলম্বা চহীমক এখোয়না খঙ্গদ্রবসু মাসি খৃষ্টাব্দ ১১১০ গী মমাঙদদি লৈরে হায়বসি লোইয়ুম্বা। শিনয়েন পারগা খঙবা ঙম্মি। লোইয়ুম্বা মহারাজনা খৃঃ ১১১০ দা লাংশঙদা ফমলগা মাইবগী শিন য়েনখোকপদা হায়খি—'সরাইচম নঙদি খোইজু লমওক শকও।'' মাসিদগী এখোয়না খঙবদি লাইরিক অসি খৃষ্টগী তরানীথোইশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা লৈরে। মাসি শৈরেংনি, অরিবা লোন্দা ইবনি। মাসিদা বাঙ্গালা সংস্কৃতনচিংবা লোনগী য়াহৈ চঙনা থানদে। মাসিদা থারিবা পল্লিবা য়াহৈ য়াতাশিং অসিসু এখোয়না হৌজিক নীংশিংবদা য়ারবা নত্রগা খনবদা লাম্বা য়ারবা মতমগী থোদোক খরগী মরম পনবগুম তৌই।

মখাদা লাইরিক অসিগী মশক মওঙ উৎলি :—

"কোরৌ নোংথোরেন ও
সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু
খমরাই য়ামরাইরক্কী কোল্লে।
লৈচিকচিকলিবা লৈথম থমলিবলক্কী কোল্লে।
কৌবা কৌমু খোই
মখান খুঙম খোই,
চামাইঙাং ফানা কোন

শন্থোং হৈমরি হৈমরাংনা
হৈস্থুপ হৈসোই য়াম
নবেন খোইমোম লাইরেম্মা
পুই খাগোইমুংদা লিরৌহৈ।
ভীঞ্জা লাইচা তান্নহৈ,
ভীনমু লাইমু তান্নহৈনা
কোনমা নঙেনে।
চকশান্নবী মখীং খং
নমান লূরা' তপ্তেতপ্তাইবা
হাইনিংশাংনা শোনমোই য়াম্মে,
শিশনো পীখৎখিয়ে।
ঙাত্রান্নবীনা পীখৎখিয়ে।
খমদিংন্নবীনা পীখৎখিয়ে।
হাউমন য়েৎওয় কোনফবা
ঙাইরোং শিংমিৎ য়েৎনানফবা
কশান খুনঙম শিং
হুযেন লমশিংবু ফানাশিংনা
কোনমা নঙেনে।

---

হাউমন—শিং। ঙাইরোং—শিং।

# হিজন ( হিজিং ) হিরাউ

লাইরিক অসি মৈতৈরোন অরিবদা ইবা শৈরেংনি। য়াস হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা ইঙেন চীংদগী উ য়ানহল্লগা সুবান রাংমিৎথু খুৎহৈবা লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা অনীবু রাকয়ে তাম্নহি শাহল্লগা অহানবদা হি অহুগী হিরুবাক্তা মযাম্বা পুদাংকোই খুৎকোইবনা ওনখিবা য়াওবৌ চীরেন তোম্পোকপগী য়াওরৌ শন্না লকংবনা হান্না তোংহন্দুনা লুরাংই তুরেন্দা হি তাম্নখিবগী মরমদা ইবা লাইরিকনি।

## হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতম চাউরাকনা লেপ্পাঃ -

মতাং অসিদা হি শাগ্রিবসি হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা লুরাংদা পাল্লিনৈদনি। হোঙনেম লুরা নিংথৌ পুনশিবা হায়বসি সুবান পোম্বী লুরাওবনা কৌবরোন নমোইন্নু পাম্লহুনা পোকপনি। লুরাংনিংথৌ পুনশিবগী মমা কৌবরোন নামোইন্নু অসি কৌবরুগী নিংথৌ কৌবা অঙাংঙা অমসুং রাংঙমলোন লৈমা লাইরোকলেম্বীগী মচা নুপানি। * লৈমা লাইরোকলেম্বী হায়বসি মৈতৈ নিংথৌ

---

* তুতেংলোন

কৌবা ইংঙেন চীং—মণিপুরগী অরাং মায়কৈদা কৈদিংগাগী মনাক অহুরাইদা লৈবা চীং অমনি।

সুংবান—লুরাং। শাওরৌ—শা। চীরেন তোম্পোকপা—মচী অমত্তা হৌবা, মচী নাম্মতা পানবা। লুরাংই—ইরোইশেম চীংগী মনাক্তা থোইদোম পাৎ ময়াদা নম্বুল তুরেন্দা মথা পাংনা চেন্নক্লুনা ঈতিল্লবা তুরেল অমনি।

কৌবরোন—মোইরাং অনৌবা য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী নিঙেগান।

রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চনু।

খুয়োই তোম্পোকনা ( খৃঃ ১৫৪—২৬৪ ) নোংবাল্লোন নোংযোইদ্বু অহোঙবী পান্নহুনা পোকপা মচা নুপীনি অহুগা মৈদিংঙু তাউথিং-মাংগীনা মচন নুপীনি হায়না তুতেংলোন্দা য়াওরি। মৈদিংঙু তাউ-থিংমাংনা পাল্লম্বা মতমদি খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীগী লোইরগদাই-দগীমা খৃষ্টগী মরিশুবা শতাব্দীগী তংথাই খরা হেনবা অহুরাই কাওবনি। হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিবনা মৈদিংঙু খুয়োই তোম-পোক্কী মচা নুপী লৈমা লাইবোক লেম্বীগী মশুনি অহুগা খৃষ্টগী মরিশুবা শতাব্দীদা পাল্লম্মিবা তাউথিংমাংদগী মথাদা মীরোন অনী শুবনি। অহুগা নাউথিংখোং ফম্বাল কাবদা ইরিবহুদগী থঙবদি হোঙনেময়োয় খুঞ্জাওনা ( নাউথিংখোংনা ) নিংথৌ ওইদ্রিবৈঙ মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবনা পাল্লিবৈদা ( খৃঃ ৫৬৮—৬৫৮ ) হোঙনেমযোয় খুন-জাওনা থুমনদগী মতু মচাগা লোয়ননা লুরাং মকুবী চীন্দা পামং খুন্দা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগীদা লৈরিবৈদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা নোংগারহুনা মহাকনা ( হোঙনেময়োয় খুঞ্জাওনা ) ম'গী শুরু লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মথৌ মঙম তৌই হায়না ইরি।

"লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঞ্জাও পামং খুন্দাবদি মুংবান ময়িমনাক লুরাং মশাইকোন্দা লোইদাম থাবু শি লাংহৈ কুম্বু ওল্লবদা ময় হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবা মুংবান শাকৎচীং লুরাং লাংহৈ চীংদা পুনশি হায়হৈ শকপা চারোন তব্রক তানফংবা শূরোন তব্রক নেমচিনবা × × × ×
× × × × ×

---

নোংবাল্লোন—অঙোম য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী নিঙেঙান, অঙোম নিংঙোন।
লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঞ্জাও- মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং।
পামং—লুরাং মকুবী চীংদা তাবা খুল অমা। মুংবান—লুরাং।
মশাইকোন্দা—মরমদা। লাংহৈ কুম্ব ওল্লবদা—চহী লাল্লবদা। ময়—মরুথৌ।

কৌবা নুংপু চাংগী ভাংলেম কানলে অচওববু কাইনা হুনবদি মনোং নোংশীং শুরবগী কোরৌ নোংগাথোবু লাওলকলে হায়দবরা ?

× × × × ×

× × × × ×

নম্ম্ খুংবান হোওনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবদি ভারা থাওথোংনা শরেং মৈহন্নবদবু শিথৈনখিয়ে। খমনুং য়াইথোঙ শীওশৃবনা অমন শীংদা থাখিদে। শজিক মতুং ইন থবা মমৈ রায়না থরানপিচাক খোং-চোন নুপী ওইখিয়ে। মুংনাং কাউথওকোন কোরৌ নোংথাঙ কোন্দা চওনা কাসা লাই ওইফখিরে হায়দবরা ? লাইরেন হোওনেময়োয় খুঞ্জাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাইদি মম কোরৌ নোংগাথোবু থৌরম মতোন লোমলবদা হোওনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবগী য়িমনাক চাভা য়ামবা লিশি লিয়ামলক্তা য়াংগোইববু ময়িম মুংবান পুমনা হুপ লুরাং পাকনা তাইনা লাইরেন মৈদিংগুবু থৌজান য়োয়থোন্নবা য়োয়না লনকুরবদা।”

নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ৬৭

হোওনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিওনা লাই ওকখিবা ( শিখিবা ) অতুপা হোওনেময়োয় খুঞ্জাউনা ( নাউথিংখোংনা ) মহাক্কী মথৌ মঙম তৌবা ( অশিবগী কর্ম্ম তৌবা ) মতম অসিদদি হোওনেময়োয় খুঞ্জাউ ( মৈদিংগু নাউথিংখোং ) নিংথৌ ওইরি। নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইবদি খৃঃ ৬৬৩ ( শকাব্দ ৫৮৫ ) দনি।

“শকাব্দ ৫৮৫ দা নাউথিংখোং নিংথৌ ওইএ।”

—চৈঃ কুঃ ৩

অতুনদি হোওনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবসি খৃষ্টগী শতাব্দী ৭ শুবগী ভংথাই থরা হেনবা অতুরাই ফাওবদি মৈরি। শুরু অসি

---

কাইনা হুনবা—লান্দা ওম্বা।

মনোং নোংশীং শুরবগী—মাগী পুন্সি চেঙজেন লোমশিন্নকলবগী।

কোরৌ নোংগা থোবু লাওলকলে—শিগদবগী থোরাং তৌরকলে।

চহী য়ামনা পুনশিন্নম্মী হান্নবা মৈতৈগী লাইরিক অয়াম্বদা "চারোন তরুক তানফংবা শুরোন তরুক নেমচিনবা" হায়বনচিংবা হায়হুনা ইবা থেংনৈ। গুরু অসি চাউরাকনা খৃষ্টগী শতাব্দী মঙাদগীনা অরেৎকী মন্নুংদা লৈরম্বনি।

লাইরিক অসিদা লাই হরাওবা হায়বসি করিগীদমক হরাউ-রিবনো, হরাউবা অসিদা অয়ুক্তা হুমিং খুদিংগী করি তৌবগে হুমিদাংদা করম তৌবগে অহুগা মাসিদা করি করি ঈশৈ শকপগে, মাহুদা শক্কইবা লায়রোন ঈশৈ লৈতাই নোংদাই ঈশৈ কৈরিনো হায়বনচিংবা অহু চুম্না রারী ওইনা লৌহুনা হায়বা নত্তনা অরাংবা সাহিত্যগী থাক্তা শৈরেং ওইনা লেংখোক্নুনা মতম অহুগী সাহিত্যগী থাক কদাই ফাওবা রাংলম্বগে হায়বা খঙহল্লি। মাসি পারগা ঐখোয়না লাই হরাউবদা অয়ুক অঙনবদা পেনানা লাই য়াকৈবা অহুগা মাইবীনা করি করি তৌবা হায়বনচিংবহু খঙহল্লি। লাইরিক অসিগী মতেক অমা মখাদা উৎলি:—

"লাইবেন ইয়দিংগুনী মদাইনেম
পোইবৈশশকপা রাংঙম তেংখাবনা
চীংঙু নঙগী অহিং
চীংহুং চীংখোঙয়াকৈ 'চেকনা
অয়ুকতনা য়েন্দামাঙ অঙনবদা
লফুৎ ফমজিংলাংবু ফম
পেনা হুংঙোনববু থাদপম
চৈজিং য়েৎতা পায়না
চীংঙু ইমুংঙো নঙবু
হৌরো হৌরো হায়না

হুংঙোনবা—হুংশিবা, মথোন অহু তাবদা পূকনীংদা থুক লাউনা পানবা।
চৈজিং—পেনা খোংবনা মখুৎ য়েৎনা পায়বা লেন্দুনা খোংনবা যন্ত্র।

অহিং ইন্নুংচীংখোঙ য়াকৈবস্মুং
চীংঙু থৌদোনলোমগে হায়রক্লে।
চীংঙু নঙগী নমাইবী
খাবী লৈরেন হন
অমাই শীংকোক ফম্বীনা
শী য়েন লৈহুন লোই
চামলৌ লাথা লোইনা
অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা
চরৈ ফিঙৌ শেৎ
চীংঙু লাকথোং কানা
শরীক লাইহুই খুত্তা পায়হুনা
চীংঙু উদবা মপালাক
খোইয়ুম খঙদবা মমি তমলহুনা
চীংঙু লাইবাউ চেন
খোইয়ুম লাইরা হাযবস্মুং
চীংঙু থৌদোনলোমগে হায়রকলে।
চীংঙু নরম্ব খোইয়ুমনমাইবা ঐখোয়না
হুমিদাং তাংলৌ লৈনথেঙ
অমম তোনবা নারনশি
মীশন লাবনা কোনথিতম্
মীনাইতনবনা যুমচঙ তমপুফং
মীনাই লাবা লৌকাতম
লম্বীনাক্কী হামুনচারা লেপ্তমলৈবনা

---

ইন্নুং চীংখোঙ য়াকৈবা—অহিং তুম্বদগী হোগৎলো হায়না হোদোকপা। থৌদোন লোমগে—থবক লোইশিন্নগে। নমাইবী—নহাক্কী মাইবী। খাবী—মাইবী। শী'য়েন—লৈ। চামলৌ—লা। লাথা—লা থবা। শরীক লাইহুই—মাইবীনা লাইমাঙ ফম্বদা মথুৎনা পায়হুনা শীজিন্নবা শরীক।

চীংঙু লাইশ্রাই তম্বুফং
মানবী লৈপুং কোইজ্রাউবনা
কাওরেন শনজ্রাইতম্বু ফংলক্লবসিদা
মৈদিংঙু লোইনাই খুম্বী
লমদাং অচৌবনা মুৎলক্লবসিদা
হয়ি খুম্নং লাংবচকওগী
ওগ্রী ব্লাকমা খোল্লোনশৈ
কে'রৌনোংনা কায়ববস্থু নোংদাইশৈ
মালেমলৈনা কায়রবস্থু লৈতাইশৈ
ওগ্রী খোল্লোনথোক থেক্কো
পাউসারাইবু মতোল্লোমলক্লবা অসিদা
চীংঙু খোইংম নতৈননাউনা
ব্লাকয়ে অনী খাচাক্লা
তোংজেং অনী খাবাংননা
ব্লাকয়ে হিদান্নগে হায়রকলে।

শৈরেং অসিদা উয়াল্লোনগী মরমস্থু শুপায়না ইরি। হীয়াও হিরেন ওইনবা উ য়ানবদা মাইবনা পূজা তৌত্নুনা লাই খুরুম্নগা কোম্বা য়াইথাহ্নুনা য়েলহিং থাবনচিংবা তৌত্নুনা উ অহ্নুগী মমল হুল্লগা উ অহু য়াল্লি হায়বসি শৈরেং অসিগী মথাদা ইরিবা মত্তেক্ষ খরা অসিনা তাকই।

"× লুরাং মমাইবনা
থাওলেন নাপন হাই
ফজেং য়োংহক চন্না
চামলৌ লাগা থা
শীংলেন লৈহুন তৈ

---

কোম্বা য়াইথাবা—সনা লুপা কোনয়াই হুনবা

তরা চেঙ্গৌ ক্ষাহরপা
কাইরৈ য়েরুম কাংখিয়া
তাউজাং অশং য়েন
হৈরাও অমুনখয়া মায়খঙবিরবগা
সনা য়াইগা হুন
লুপা কোকপা থানা
কোরৌ লন শারবগা
কাইরৈ য়েলহিং থানা
পায়েন মমল শুমলবগা
× × ×
× × ×
× × ×

লাইরিক অসি পারগা মতম অতুদা লৈরম্বা মৈতৈ কবিশিংনা লেংলমইবা শৈরেং শৈদা, রাহৈ রাভা মকম চানা চানা শ্রীজিয়রম্বা অমসুং কবি কল্পনাগী থাক কদায় ফাওবা রাংলমগে হায়বতু লুরাংগী রাংরিংথু খুৎহৈবা রাংমনাউ শিনহৈবা অনীনচিংতুনা উ অতু হয়েং নোংঙাললগা য়ানবা তারে হায়বা খঙলবদা উ অতুগী মমা মপানা সতাগীদমক তেংথা নাওইবা অমসুং মপানা বর পীবগী মতাংদা মথাদা ইরিবা খরদি পারগা খঙবা ঙমই।

"অহিং ঈসুং শোয়য়ায়মদা
পলেম মমা শাংমাবী
উপী উরেন পোকপী
চীংশাং নাপোম লৈমা
× × ×
× × ×
ঈরোক লাইচম লৈমা
শাম্বা থাংথোং পোকপী

মপন্ন পলেম মমানা
প'মেন রাংম্নু নমথোইথোইবা
তল্লা অরেম্ববু থাকলেন
থাদা কোম্না পাওমেল্লকএ।
পারি তল্লা চাউথোইবা
পামেন রাংথোইবা নওবু
পলেম নমা এনা
নহায়োং তল্লা নাউরানখুঙৈ
পামেন হৈরাঙ চারি
নাতম হোৌরকখৈদা শাম্বা
ওইয়ো থাংথোং ওইয়ো
তনমু তলহাউ ওইগমু
শম্নি কুহি ওইমু
উপন লেংতা ওইমু
ফৈজা ফৈঙৌ ওইমু
মিসি থাওয়ান ওইমু
হায়না পাওমেনবনু ইকুঙো
পলেম থোৌতিক থোনবু
মাই মাইচানদবগী মরমনা
তনমু তলহাউ ওই
তল্লা মাংমু নমজাউথোইবা
খরোয় লুমাংবনা কাওমদা
য়োংনাউ শাথিবনা তুনঙমদবা
তল্লা উনিংথৌ নাচুম্বনু
লৈনা শানলোল্লক্লবা নিগিনা
অসি নোংলেন নোংজাদা
মুংবান মাংমিংখু খুৎহৈবা

লুন্নাং রাংমনাউ শিনহৈবা
ফুংথান উ খিবা
লুন্নাং উ য়েংবনা
চেংলৌ মিৎথিৎলা মিৎয়েং তেনপান্নহুনা
কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা
লুপা কোনগা চন
মালেম লৈস্না অঙাওবনা
সনা য়াইগা চন
চংবী লাগা থা
চেঙেঙৌ ফা হাপ্না
য়েরুম কাং খিন্না
হৈরাঙ অশং য়েন
তাউজিং অমুন খল্লহুনা
পারি ইবুংঙো নঙগী
তল্লা নমন হল্লমলে।
প'মেন উরাই হকল্লবগী
তল্লা ননিংনববু নীংফদরে।
হয়েং কৌবা ঈস্নুং শোয়রক
চীংলেন নোংগা ঙাল্লকল্লবদি
শীংজঙ লৈতোই চন
পামেন উরু তুপ
তোংজেং নাউমৈ ককনা
লাইরেনশাংবা য়াতাগে হায়রঙৈনে।
পলেম ইমানা কৌবা
ঈরোক লাইচম খুদিংদা
কোয়না মিৎয়েং শানখৈববু
তল্লা নঙ্গুম্ববু শাৎতরিয়ে।
ইমাদি তল্লা নমাম্নবা

কনা য়েংনা পানহৌয়সিঘনো !
পারি ইবুংঙো নঙবু
ইমানা অমাং খাবা
উক্লেন হীবু চঙহন্দা
মালং নোংশীৎ য়েহন্দা
খাম্বী মৈশা লাংহন্দনা
তল্লা চাউথোইবা নঙবু
নাইয়োকপদি শীংঙেন অরেম্বা
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা।
ইবুংঙো নঙবু ইমানা
তল্লা নত্তো করম্না
য়েংশিবনো হাযনা পলেম
উপী উবেন পোকপী
মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী
পলেম মমাদো মিংস্না
থম্বাল মানবা অনীমক্তা
তরঙ লাইজা মরাঙহৌ
পিরেম থকুম্না ভা
মিংকোয় লাইজা ঈফমুতাউ
চীজুম লাইজা ইফুৎথোক্‌ম
কোবা ঈ হৈথবগুম
কোরৌ নোংথোংবগুম মিকপথিয়ে।"

লুরাং নিংথৌ লুম্লিবগী হি শাননবা য়ানগদৌরিবা উজাও অতুগী মপা "ঈরোক নিংথৌ নিংথিবা চীংশাং নিংথৌ অবেম্বনা" মচাগীদমক তেংথাবা অমসুং মচাবু চিংনা য়েংলগা বর পীবগী মতাং—

"পারি তল্লা অঙনবা
পামেন অয়েম্বা নঙবু
নপন পলেম থৌতিক
খোনবু রা চানদবগী
× × ×
পামেন উরুভুপকে হায়বে
ইপন্না পারি নমান্নববু
কনা য়েংনা পালহৌরসিবনো
হায়না কোয়ৌ নোংলাউখোনগুম
মালেম লৈরাউ খোনগুম্না
মিংকোই লাইজা ঈফম তাউনা
কৌবা ঈরোক লাইচম
নিম্না মপন্না মিকপলবগা
তল্লা চিংনা য়েংনা
মপন্না লনকু হৌরকলে।
পারি নঙবু হয়েং
হুংবান ময়ুম নাক
লুরাং মশাইকোনবু য়ৌরবদা
নকোক খে ইয়ম লাইকোক-তা
নমৈ খোইমোম লাইমৈতা
নথা শেনগা তোপ
লোইদাম হিয়াঙ্গৈ কুমশা
হিবু ওইরুও হায়না
× × × ×
লনকুরমলবগা মপন অনীমনা
থিংলৌনীংনা তেনা হনরাইখি।"

খৃষ্টগী শতাব্দী তরাত্তরেং শুবগী শৈরেং—

# নিংথৌরোন

মথক্তা ঔগ্রীগী মত্তাংদা ঔগ্রীগা নিংথৌরোনগা অনী পূন্না শীজিন্নে হায়বগী ব্রা পনগ্রে। নিংথৌরোন অসি শৈরেংনি। লাইরিক অসিদা করম্বা মৈত্তে নিংথৌনা কনাগী মথক্তা লান্দাখিবনো, লান অত্তুদা করম করম্বা নিংথৌনচিংবা মশক লাইবা মী ফাখিবগে হায়বনচিংবা য়াওই। অসিগুম্বা লানফমদা শীজিন্নবা নিংথৌরোন শৈরেংশিং অসিদি নিংথৌ অত্তুনা লান হেক ঙম্বগা ঙমইয়া লম অত্তুদা লৈরিবৈদা সনা কোন্নুংদা হল্লকত্রিবৈদা সনা থৌগন ইল্লিবা পণ্ডিত ( মাইবা ) অত্তুনা নিংথৌরোন অত্তু লেংলগা শক্লে। খৃষ্টগী শতাব্দী তরামাথোইগী অত্তুরাইদা মৈদিংঙু লোইয়ম্বগী সনা হাকথক্তা নিংথৌরোন লেংত্তুনা শকখিবগী ব্রা মথক্তা নৈনগ্রে।

খৃষ্টগী তরাত্তরেং শুবা শতাব্দীদা মৈদিংঙু পাইখোম্বা অমসুং মজা ইবুংঙো তুবী চরাইরোংবগী সনা হাক্তক্তসু নিংথৌরোন লেংখি। মৈত্তে নিংথৌ পাইখোম্বনা মোইন্থেদা লান্দাত্তুনা মোইন্থে নিংথৌ পাম-য়ানবা ঙমখিবা অত্তুগী লানফম অত্তুগা মরী লৈননা নিংথৌরোন অমা লেংখি। তুবী চরাইরোংবনা খৃষ্টাব্দ ১৬৯৮ শজিবু কুম্নি পানবা লৈপাকপোকপদা মখা মায়ঙৈদা নুংতেক্তা লান্নাবা লেপ্তিঙ। লান অত্তুদা নুংকারেংনচিংবা লান ম্নাঙ্খেত্তুমদোই ফাখি। খৃঃ ১৭০০ শজিবু থা তরামাথোইনি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিৎতা মখারোমদা নিংথেম চরাইরোংবা সনা খোঙ লেঙত্তুনা মাসেম, পেল্লান মৈরাও থুংগং অত্তুমদা লান্দাখি। লান অসি চৎপদা পূং পেরে মোইবুং শিংগা খোংখি, নোংমৈসু শীজিন্নখি হায়বসি থৌদোক অসিগা মরী লৈননা সনা হাক্তক অত্তুদা লেংখিবা মখাদা উৎলিবা নিংথৌরোন শৈরেং অসিনা উৎলি।

তুবী চরাইরোংবগী মতমদা লেংখিবা নিংথৌরোন শৈরেংগী মতেক :—

× × × ×

"খোইয়ুম হুনবা পূংদা
লাইপাউ হুনবা পূংদা
তুবী লেকনা য়াইবু লেকনা
লাইরেন লাইনা নোংবু ফাইনা
লাওথা হৌনা মরাও হৌনা
তরেৎ য়ৈনা শেনফাং য়ৈনা
লাংখাং য়ৈনা মনিন নাইনা
পেরে খোংনা শানৈ খোংনা
মোইবুং খোংনা শিংগা খোংনা
কংলা তৈনা পূ খংতৈনা
থূবাক য়ৈনা পূংতোই য়ৈনা
পারা কাপনা নোংমৈ কাপনা
লোকলেন নাইনা মনিন নাইনা
মৌদংঙুনা চরাইরোংবনা খৌশাথবদি
মাসেম চাইরে য়াগা চাইরে
হুয়েনগীদি লান্নিগীদি
মাসেম নিংথৌ শেল্লিংববু
মৈরাও নিংথৌ কোংতানববু
পেল্লান নিংথৌ লেংকাতানববু
খোংযৈববু কাইনা হুল্লে।
মৈবীখক্তা তাংগোই থক্তা
× × ×
থূবী শূনা কৌরোং শূনা
থূজেং রাইনা হংজি রাইনা কোন্নরম্মে
মকোনথোকী কোল্লে।"

---

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস

---

## য়ারেং

### অহানবা পন্দুপ -- অনীশুবা শরূক

**খৃষ্টগী ৩শুবা শতাব্দীদগী ৭শুবা ফাওবগী**

খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দাগী :—

## পোইরৈতোন খুন্থোকপা

মণিপুরী লোনগী অরিবা সাহিত্যগী মঙ্গুংদা পো'ইরৈতোন খুন্থোকপা হায়বসি য়াম্না শিববা লাইরিক অম'নি। মা'সি য়ারেং ওইনা তৌই। লাইরিক অসি কনানা করম্বা চহীদা ইরম্ব-গে হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওদে। মাসিদা ইরিবা লোন্দা অসি মৈতৈরোন অরিবনি। লাইরিক অসিদা সংস্কৃত বাঙ্গালানচি'বা লোনগী ম'হৈ য়াওবা উদে। মমাঙৈদা মতম কুইনা ষ্টেট প্রেসকী স্থপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরম্বদগী মতৈদা মণিপুর ষ্টেটকী শিক্ষা মন্ত্রী ওইখিবা লোম্বাপ্রবা রাহেংবম ৺যুবরাজ্জাও সিংহ গবেষণা শিরোমণিনা লাইরিক অসি খৃষ্টগী

অহুমশুবা শতাব্দী অহুরাইগী লাইরিক ওইগনি হায়না ইরম্মী। * লাইরিক অসি ওম্লবদা খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীগী মমাঙগীদি ওইগনি নীংদে। মরমদি চীংখোং পোইরৈতোন্না খুন্থোকলকপা অসি চাউরাক্না খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা অহুরাইদনি। পোইরৈতোনগা নোংদা লাইরেন পাখংবগা, অমী অসি থৌমু নাউমু মতম অমতদা লৈমিন্নরম্বা মীনি হায়বসি নিংথৌরোন লম্বুবনচিংবা লাইরিক কয়া-দগী খঙবা ঙমই।✓ অহুগা পোইরৈতোন্না খুন্থোকলকপা অসি খৃষ্টাব্দ ৩৩ দা নোংদা লাইরেন পাখংবনা মশানৌ লাইস্নাগা অনীনা কম্বাল কাখিবা অহুগী মমাঙদনি হায়বসি মৈতৈগী লাইরিক অরিবা কয়ামুক্তগী খঙবা ঙমই।

লাইরিক অসিদা ইরিবা "লমসেন মদাইমদি ময়ুরা চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই তম্থ কেন্না খুম্থিবকপদা লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুতেংকোন তুরেন মোংবা ঈবু কৈনা তুপলকপদা হন্নি-ঙৈদা লাইজা অথেনববুদি অশনবা ও কৌএ। লাইজা অশনবদা লাল্লকএ, ইশন ঈহিথেনও থোন্নৈএ।" অসিদগী খঙবদি পোইরৈ-তোন্না চৎলম্বদা ঙাংঙোই যোয়মোংবনা তু খোং তেংখিবা তুরেল্ল মফম অমা তুবৎনা লান্দুনা চৎখি হায়রি। পোইরৈতোন্না খুন্থোরকপা

---

The Poireiton Khunthokpa, is the most conspicuous one of all pre-Garibnowaz manuscripts. From a linguistic point of view it seems to be much earlier than any of the books yet come under our review Circumstantial and other incidental evidences would confirm that the book might have been of the time of the third century A. D It describes the colonization of the valley by a band of people from the land of Death under Poireiton. They first established their colony near the Langol Hill ; probably the vast area between the Koubru Hill and the Langol Hill was their kingdom.

—Report on the Archaeological studies in Manipur Bulletin No. 1—*by W. Yumjao Singh, pp 18—19.*

মতমদদি তুতেংগদৌরিবা লাইরেন ঙাংঙোই য়োযমোংবদি পোক্নি। তুতেংলোন কৌবা লাইরিক্কী খণ্ডবদি—য়োযমোংবগা তাউথিংমাংগা লৈমা লাইরোক সেম্বীগা মচীন মৌপা অহুম অসিদি মথক্তা হায়-খিবা পোইরৈতোনগা থৌমু নাউমুনি হায়খিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মচা খুযোই তোম্পোকনা পোকপা মচানি অতুগা যোয়-মোংবগা তাউথিংমাংগা মচীন মনাও অনীনা তুতেংখিবদি তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইদ্রিবৈনি, অতুগা তউথিমানা নিংথৌ ওইখিবনা খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীদনি। * লাইরিক অসিদা পল্লিবা পোইরৈতোন্না ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা তুতেংখিবা মফম অদু শমখুনা চৎখি হায়রি-বনিনা লাইরিক অসি য়োয়মোংবা তাউথিংমাংনা তুতেংবা মতুংদা ইবনি হায়বদি তশেংনা তারে।

পোইরৈতোন্না লৈবাক অসিদা খুন্থোকলক্লবা মতুংদা লৈবাক অসিগী ফিজেৎ চাকচা লমচৎ ব হৈ কয়া হোংখি। মতম অসিদগী লৈবাক অসিগী ফিবম হান্নদগী য়াম্না হেন্দোক হোংজিন অমা লৈখি হায়বসি পোইরৈতোন খুন্থোকপা অমদি অতৈ অতৈ লাইরিক্কীসু শেংনা খঙিও। মহাক্না খুন্থোকপা লাকপা অসি লৈমা লৈনাউ-তাবীগা মখোয় অনীদা লাকপা নত্তে, মাগা লোয়নবা মী কাণ্ডবু অমসু যাওরকই হাযবা লাইরিক অসিদগী খঙই।

"অমুবা নওদি শত্তং শেনচেমও। অঙৌবা নওতি হাংমেও শেন-চেমও। য়োঙাপা নওতি হিকান যাইকান চেমও। হিচপা থেংচাকোই নওতি শীংচং যারা লে তা থোংনা কাওথুম কাওরা মথ্বৎচেমও। লৈফনবী নওতি লৈ ফানচেমও। লাংরামপী

* শকাব্দ ১৮৬ (খৃঃ ২৬৪) তা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইএ।" চৈঃ কুঃ ১

তুতেংবা লোইরবা মতুংদা য়োয়মো বগা তাউথি মাংগা মচীন মনাও অনীগী মরক্তা নিংথৌ ওইদ্রিবৈদা কেকু লোংপী শায়খিবনচিংবগী বারী তুতেংলোয়-চিংবা লাইরিক্তা যাওরি।

নওত্তি লাংজামচেমও। লৌহুং হিকাম্বী নওত্তি হীকাপ ম্বাই-কাপচেমও। মীয়াম্নু নওত্তি মীপাইচেমও। খোংওাম্নু নওত্তি য়েনপায়চেমও। লৌম্নুং অশাবী শ'চি লাংকপ্পী নওত্তি কম্পী নৌরৈখুনা ৱাইশেং ফামনা ঈকচেমও। লাংম্নুং ইমাইপী লিরি লিকোংপী মাংৱাই ভুংৱাইপী নওত্তি খোইচু তোল্লোং ঈকচেমও।"

—অসিনচিংবা

চীংখোং পোইরৈতোম্না কোয়চং চংতুনা লৈবাক অসিগী চীং অম অমম্নুং লৈবাক অসিগী অকোয়বদা লৈবা কবো ময়াং কয়াদা অনৌবা ফিজেৎ চাকচা কয়া হৌদোকখি লৈকম লাককম শীনদোক লাক-থোকখি হায়বসিম্নু লাইরিক অসিদগী খঙবা ঙমই।

"হুয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোম্না ময়ুম খোংনাং ময়াং ওইগদবা নওদি থাওশাং খুত্তা শূ গা য়াচু শ'য়না লিক্কোন খাউজাউ হাম্না মোইবুং পোংতম পুনা খোংনাং লৈময়ায়দা কোইনখিও। তখেল লাংথা লাংম্নুং ওইগদবা নওদি শাপোং ফৈতং শেং থাওশাং ওয়রম হুম্না কৌনখিও। ময়ুম শেনবী কবো ওইগদবা নওদ নাচুপাশিং-খেৎনা লুরাইরেন খুং শানা নপাস্নি অমা শাংলবদি উকাক কেক থো লৈ নাতুপ মযোম ফুয়রবদি মম্নুং মশুংশেৎন কোইনখিও। ইতোক তাংথুন ওইগদবা নওদি চৈরৈ শেংকম্না মাল্লৌ ৱচিংননা য়াইরি খাং-তম্না কুরাও ফ'লংথাং থাঙ্গশেন নমদা পো শরু ফৈখেৎনা ৱাকতং নাশিননা কোইনখিও। ত ৱাউ তারাং মরিং না'শেন ওইগদবা নওদি মাখাংফিমু ফাশেৎনা শীংতুম লুবোক খেৎনা কোইনখিও। কবুই লমশন ওইগদবা নওদি চিনফি খানিকনা চায়াইনৈ য়োনা লাইথা হুইওম শানা কোইনখিও। খারম মম্নুং ওইগদবা নওদি মে'মু লুজা শংমা শম্লাং ভুংদা পৈ পাম্বোম নামশোইশেন শউন লুহুপ্পনা কোই-নখিও। কেগে মোইৱাং ওইগদবা নওদি তোমশোন লুরোই খেৎনা কোইনখিও। অয়ুম পোইরৈ মৈতৈ ওইগদবা নওদি নয়া মঙাইবদি

চকুং লৈনা থা-ও। হেপু ঙাইবদি কিপুল লৈনা থানা য়োইচেম্নৌ।"
অসিনচিংবা।

মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈবা অরিবা মীশিং অসিগী লমচৎ শাজৎ পোইরৈতোন খুন্থোকলকত্রিঙৈ হায়বদি খুন্টগী মমাঙদা করম তৌরম্বগে হায়বস্থু লাইরিক অসি মুন্না নৈনরগা খঙবা ঙমই। মণিপুরদা লৈবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মী শিরগা খরনা ফুম্বা খরনা মৈ থাবা চৎনরি। শিরগা অশিবা মী মৈ থাবা অসি লৈবাক অসিদা চৎনরকপসি চাউরাক্লা খুন্টনা পোকত্রিঙৈদগীনি হায়-বস্থু লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মখাদা ইরিবা অসিনা প্রমাণ তৌরি।

"নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোন্না শেনবী শিদববু মৈরিগবরা মালেম মমায় কোয়এ, থৃয়া থৌবী মরাক চাম য়োংকী চৈশু মথৌকুমনা খুন্থিরকপদা চকপা কৈথোংহাও পাখংনা শীংচং লেংদা থোংনা প্রামেন তনখাই লৌবদা পাউ হংখিএ। চকপা কৈথোংহাও পাখংও মৈখু নোংলোন কাবা অসিদি করি মৈনো হায়থবদা নয়ুম চকপা হেমচেং ফুয়িকমৈ চেকাই কাকুপ মৈ চক্র তাংশোই মৈ ফুদিং নোংফাই মৈরা পাউহংববু হোয়দা ইয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোন-ও ইয়ুম চকপা হেমচেং ফুয়িকমৈ চক্র তাংশোই মৈ ফুদিং নোংফাই মৈবু নত্তে। চকপা খান-পোক লৈমা মহৌঙম্বী মপারি শাংফুরাবু খরা খুংয়োনখানা নোংমল্লে অতুগীবু অয়ুকচকপা মীয়িকমৈ হেমচেং মীরৌ মৈনে হায়না পাউতাক্লবদা লৈমুং পোইনাউতানা শাবি ইইত্ত লৈমা-ও মীয়িকলাই হেমচেং মীরৌলাই হৈরাং অশংলাই তাউজীং অমুন চকপা লাইবু কনানো হায়না থেংনা কোইনা চৎলমএ।"

পোইরৈতোন খুন্থোকলকপা অসিগী মমাঙদা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা মীনা মৈ লিংছুনা মৈ নিংথিনা শীজিন্নরম্মে হায়বা লাইরিক অসিদগী থঙই।

"মরিং খুনপীরোকও কৌবদি নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোন্না হেন্বা মতাইমাবু খুন্থিরকপদা মযুম লোইবী মরেমনা থাম্বী থৈবু লিংনা লৈঙামএ। মৈরিংও কৌববু পোইরৈ তাবু থিবনা মরিংও কৌএ।"

লাইরিক অসিদা লনতু মমিং করন্না কৌথিবগে হায়না লম্মিং-লোনগী রাস্থ য়ামনা য়াওই। মাত্থদি :—

"নোংপোক মাখনমাদি মযুম শেনবী কবোনা চামলৌ লাবু তোং-ও কৌএ। তোং লারাকশেংনা চীংখোং পোইরৈতোন্দা পীনঙামএ তোংশা-ও কৌএ।

×　　×　　×　　×　　×

নোংপোক মখনমাদি মযুম শেনবী কবোনা তেকপী মওকচাবু তোংঙামএ, ওকতোং-ও থোন্নৈএ।

হেন্বা মতাইমদি নযুরা চীংখোং পোইবৈতোন্না লাইজা ঈরানবদা চৈরৈ মন্নিনাফবু চোৎলবগী কোরৌ নোংশা মৈদা ফৌরমএ, নান-ফৌ-ও থোন্নৈএ।

×　　×　　×　　×　　×

লমলেন কৈথেন মানবী-ও কৌবদি নয়ুরা চীংখোং পোইরৈ-তোন্না লাংওল্লকপদা লমলেন মদাইমা অসিদি ইপোইরৈ থাওঙা কৈথেনবু করম মানবমো হায়না শোল্লমএ, অদু নোংগীবু লমলেন কৈথেন মানবী-ও থোন্নৈএ। লমলেন থৌহু নুংমায়চাম কৌবদি নয়ুরা চীংখোং পোইবৈতোন্না লাংওল্লকপদা থৌহু নুং মমায় চাম্বৰু লৈরমএ, লমলেন নুংমায় চাম-ও কৌএ।" —অসিনচিংবা

# অশাংবম লাইবা—কংলা হৌবা

খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দীদা অশাংবম লাইবা পোকখি। মঙাক অসি মৈদিংঙু নাউফংবগী হাক্তক্তা লৈরম্বা মাযচৌ ( পণ্ডিত ) অমনি। কংলা করম্না শাগনি, কংলাগী উখোঙগী উথুন খুত্থুপ কয়া লুগনি, মথক কুপ্পবা ইনা কদাইদগী লৌগনি, ঙবা হুংদাংগী রা করম্বা মফমদগী লৌগনি, কংলা মরাক মম্নুং কয়া ওইগনি কংলাগী পবিং হুনবদা করি লাইশোন শোনগ'ন হাযবনচিংবা পুন্নমক অ'স মায়চৌ অসিনা তাকলম্বনি।

মৈতৈ নিংথৌ নাউফংবনা পানবা মতমদা ( খৃঃ ৪২৮—৫১৮ ) নোংচুপলোমদগী * পাংঙন গুরু অমা ম'ণপুরদা লাকলম্মী। পাংঙন গুরু অদুবু নিংথৌনা লুনা তৌদুনা নিংথৌসু লৈবাক্কী মী অয়াম্বসু মাগী রাযেন ইন্না চংদুনা লাইনীং লমচৎ লানশিল্লকলে।

---

* পাঙন—হৌজিক কালদা পাংঙন হায়বগা মণিপুরদা মুসলমান ধর্ম চৎপা মীবু খঙনৈ। মক্তম অদুদা হায়রিবা পাংঙন অসিদি মুসলমান নত্তে। মরমদি মণিপুরদা মৈদিংঙু নাউফংবনা পানবা মতম ( খৃঃ ৪২৮—৫১৮ ) অসিদদি মুসলমান ধর্ম শন্দোকখিদ্রে, মুসলমান ধর্ম শন্দোকপা হজরত মহম্মদ পোকখিদ্রি। অদুবা মৈতৈ সাহিত্যদা পাংঙন হায়রবদি বাঙ্গালা লৈবাক-লোমদগী লাকপা মীবু খঙনে। সংস্কৃত অমদি বাঙ্গালা লোনবু মৈতৈগী অরিবা সাহিত্যদা পাংঙল লোল কৌই। খুদমদি—বাঙ্গালা লৈবাক্কী ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা গঙ্গাদাস সেন্না ইবা ছাপংবতকী অশ্বমেধ পর্ব্ব মৈতৈলোন্দা শকাব্দা ১৭২৪ হিযাঙ্গৈ থাগী তবাঙমদোইনি পানবা শগোলশেন মুমিংতা মৈতৈলোন্দা ইরোকখ। লাইরিক অসিদা "মহাভারত অথোইবা অসির মবম পাংঙল লালোন ওবদগী পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপও" হায়না ইরি। মাসদা শীজিন্নরিবা পাংঙল হায়বা রাহৈ অসি মুসলমানবু নত্তে বাঙ্গালা লোনবু হায়বনি।

পাংঙন গুরু অসিনা হায়বা ইনবদগী লৈবাক অসিগী চৎনরোল, লাইগী থবক থানা কয়াদা অশেং অমাং থঙনরকত্রে। শিরগা মৈদা পোৎলোইবা হৌনদে হায়দুনা শাংফুম ফুমলে। মাগী হাক্তক্তা নামুং শাম্মু শেংহল্লে।

লহান নোং মাওরৈ মশাবিগা খুনথাম মশানৌগা অমীমানা কংলৈ লমদাইবদা শামুক্তা নোংগৌবীগা মুকশনগা অতুম্মাবু নামুংশা * কৌএ।"

মৈদিংগু নাউফংবগী কংলা য়ুমজাও অমা পাংঙন গুরু অসিনা পরিং হুন্দুনা শাবদা পরিং উথুন লাল্লে। কনাগুম্বা মী অমত্তনা পরিং উথুন লংল্লে হায়দ্রবদা নোংমা অশাংবম লাইবা কৌবা মায়চৌ অসিনা নিংথৌগী য়াইফনবা লৈবাক প্রজা ময়ামগী মমাঙদা "হে লাইয়িংথৌ (মৈতৈ নিংথৌ) হন্দক কংলা য়ুমজাউ হৌবা অসিদি পরিং উথুন শোয়রে, যাত্রা উহৌ লাল্লে নবুথৌগী (পাখংবগী) থীগাঙ শোকলে হায়রে। নিংথৌনা পাংঙন গুরু অতুবু কৌখৎতুনা গুরু নহাক্না হৌবা কংলা অসিদি পরিং কারন শোয়রে হায়নরে করমনা শেংশিগে হায়রবদা পাংঙন গুরু অতুনা মপূকনীংদা অশাউবগা লোয়-ননা গুরু লাইবগী মমাঙদা নিংথৌদা হংগৎখি। মীগী মরা তাত্নুনা সনা পূকনীং চিংনবিগম্মু লাল্লি হায়বসি কনানা হায়বনো? লাল্লি হায়বা খুদম অমত্তা উহল্লো। অতুদি নত্তনা লৈকাই ফৌগুখোন্না খুৎ পোকপা, হুংশা মনিলদনা নমপোকপা, নাহানা মাইবা শাবা মং থনবা থোক্কনি। পাংঙন গুরু অতুনা হায়রিবতুগা গুরু লাইবনা হায়বতুগা রাংগু অনী অতু ঈশিংগা থাউগা য়াম্লবগুমলে, লৌ মপু য়োনা তানশা যুমদাংবনা কৈনাবা, মৈহৌবনা পেনা থোংবা, বামোন নত্তনা লুগুন থাংবা, লৈপুংনা শল শাবা মো থোংদবা অতুগুম্ববু নিংথৌনাচিংবা লৈবাক মীয়াম অতুদা অঙাং চহী তরাহুমদোইদা ঙাই-রিবা গুরু লাইবদা হংও হায়না পাংঙন গুরু অতুনা হায়রবদা মাগী

নামুংশা— শলগা, নোংগৌবীগা, মুকশলগবু নামুংশা কৌই।

ঋা অহু নিংথৌসু প্রজাশিংসু য়ানিংদরে। নিংথৌ নাউফংবনা হায়খি। অঙাং নহাক্না ঐগী শঙ্গায় কংলা চৌবা শোম্নরে হায়ম্নিবসিবু মঙনা খঙহুনা হায়রিবরা মত্রগা লাই কনানা হায়বনো? অঙাং নহাক্পু করি লৈকাইদা লৈবনো নমিংনা করি কৌবগে হংলবদা গুরু লাইবনা খুমখি। ঐদি মবুধো পাখ বগী থৌজাম্না লৈপাক মরা চেৎনবা পোক্পনি ইমিংদি লাইবা কৌই, অশাংবম মচানি। ঐনা হায়বা ঋা অসি থাজত্রবদি করি খুদম উংলু হায়বগে হায়রিঙৈদা, ঈনা কংলা উথুন পুম্নমক পেরে কাপ্পগুম কাপথৎলক্লে। মাহু উবদা নিংথৌসু লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্সু ইওক গুকলে। নিংথৌনা হে লাইবা নঙনা হায়বা ঐ য়ারে হৌজিক্তি পরিং লাংশং অমুক হন্দূনা হৌবিরো হায়জরবদা লাইবনা খুমখি। ঐবু শেম্মু হায়রবদি যাত্রা উনচিংবা শঙ্গায়গী য়ুম্বী অয়াম্বা ফুক্তোক্তুনা লোক্তাক্তা থাদরুগদবনি। চীং মমিং নাইবশিংদা হৌরিবা উ মশক মমিং নাইবশিং লৌরুহুনা উরেপ চারা ওইগদবনি। হান্না লৌরুগদবা যাত্রা ওইগদবদি কৌত্রুদগী হায়খোকনে। যাত্রা পাগদবদি চাংখৈদগী চীংথাঙ উপাম্লে। যাত্রা মথংদি ঋাংত্রেন্দগী উনা খিনগনি। মাহুগী উপাদি পিশুমদা হৌবা ভুমিৎলা উনিংথৌনা খিনগনি। মথং উ অমদি লাংজিংদগী লাংনা য়ুংগনি, মাহুগা পাগদবদি চীংথাঙদগী তাইমরেনা পাগদবনে। উখোকতেন্দি হৈবোক্তগী উনা ওইগদবনি. খাঙলবুদি থেবু চীংদগী উনা ওইগদবনি। উরা-হুমদাংদি থাঙ্গ-কবাংগী য়ানা ওইগদবনি, ই কুপনবন্দি লংমাইজিংদগী চরোংনা ওইগনি, পয়া পুন্নবদি য়াবগাইদগী য়ানা ওইগনি, সনা য়ুম্বীদি থাংজিংদগী উনা ওইগনি, খাঙেন্দি লাঙ্গোন্দগী উনা ওইগনি। মায়গৈ মরিমক্তি লৈকাই মরিদগী উনা ওইগদবনি। অসুম্না হায়রবদা নিংথৌনা হায়খি, লাইবা নঙনা থোকপা তৌরো হায়রবদা গুরু লাইবনা করিমতা য়াবিগন্থু নবুধো পাখংবনা শোয়দনা থৌজানবিগনি। অহুগা নবুধৌগী ঈ হাদোক্লিবা অসিদি ইথন্দনা ঙম্মোই। ঐগী ইপাং অমা লৈরি। আরাম্বম হোংবগী ময়ুমদা য়োক্লিবা মচৈ

লাংবা মরাইবক তাঙবা মথোঙ মরিস্সু তাঙবা মবুক লাংবা পুকচাউ কৌবা ( ওক ) অমা লৈবনে। মাবু কৌকও হায়রবদা মৈদিংঙু নাউফংবনা নিথৌ শেনবা নিপা তরেৎথক য়ামনা থুনা শীথিহ্নুনা আরাম্বম হোংবা হঞ্জবদা নিংথৌগী সনা য়াথং হায়রম্লুরে। নিংথৌগী য়াথং তাবদা হোংবনা ঐদি পুকচাউ অসি ম্লুংবান ( লুরাংগী ) ইপু লাইদা কৎহুনা পোকলেন থোনিনগে হনবনি অহুবু নিংথৌনা নিরবনিনা পিদ্রবস্সু থরায় হাৎথিবস্সু য়াই হায়হুনা হোংবা মশামক য়াওনা ওকশঙ অহুদগী পুকচাউবু হোইদোকলুববু "থিংলো মথিনাই ওকলেন মরাও হৌবমলবগী আরাম্বম হোংবনচংনা নিথৌ শেনবা তরেৎমকস্সু থরায মিরেন পাইনা" চৎথিহুনা নিথৌদা হ গৎলুরে। নিংথৌনা গুরু লাইবদা নহাক্কী নপাং ওইনবা পুকচাউ কৌহল্লবদি লাকপিদ্রে হৌজিক কবম তৌসিগে শায়রবদা গুরু লাইবনা মহাক্কী মশক উদহুনা তৌবনি মহাক চৎহুনা কৌকগে হাযহুনা আরাম্বম পাম্বগা লোয়ননা চৎগ্রে। গুরু লাইবনা লা লাতোন অমদা চেঙবুমনে * তিথৌ মপোপ তরামণ্ডানে কোনযাইনে ( সনা লুপা ) হাপতুনা পুকচাউগী মমাঙদা থাকবে অহুগা হায়খি—"হে পুবচাউ ও উবিঙানা পোকলকপবু লাইরেন নাউফংবগীদমক পোকলকপনে। পুকনীং তপনা নীংশিংও" হায়রবদা পুকচাউ থাবোনবাদ লাইবা উবহুনা ওক মকোন অহুদগী থোকলকুনা লাইবগা হোংবগা অনীমক্কা লোয়ননা সনা কোম্লুংলোমদা লাকপা উরবদা নিংথৌ নাউফবদি য়ামনা হরাউবে। গুরু লাইবনা নিংথৌদা হ য়খি হৌজিক মতম য়াৎলি, পুবচাউ অসিগী মতম য়াৎলি ওকশঙ শাহুনা থমাথসি লুমিৎ তারবা মতুংদা অহিং নোয়াই মতমদা নবুধৌগ লেবেক মহাঙ মচুম অধাম্বা শোদোকখিগদবনি হায়হুনা ওকশঙ শাহুনা থমখি। কংলা হৌবা লাইবিক্কা ইরি :—

* চেঙবুম হায়রিবসি কংলা হৌবা কৌবা লাইবিক্কা ইবনি অহুগা শাগোক লমলেন্দদি "চেঙকুপ থরা" হায়না ইবা থেংনৈ।

"পুকচাউ অ'সিগী মতম য়াংবসি ওকশঙ লৈনা শানা থমখিসে, খুরায় রাইরংবনা লৈথরক্লবা, রা'থৈ কৈতুবনা তুরকলবা থাই হরাইবনা লৈথবক্লবা য়াইস্কুল য়াইচাবনা চাশিনখিরবদা নোংয়ায় মতমদা ঐ'গোম অহুম্মানে নিংথৌ নওস্তুঙ য়াওনা নবুথৌগী মনেক মহাউ মচু। অথাম্বনু হান্না শেংতোকখিগনি হায়না পুকচাউবু ওকশঙ শাহনা থমলে। অহুগা হুমিং মতম চারবদা পুকচাউ থোকলে। হোংবনা ঙাকলে।"

অ'হি' নোযাম মতমদা পুকচাউবু ওকশঙদগী থাদোকলে। আরাম্বম হোংবনা পুকচাউবু ঙাকলে। নিংথৌ নাউফংবগা গুরু লাইবগা অনীমক্তি খা অরাং লেপলে। পুকচাউনা 'থিংলৌ মথিনাই ওকলেন মবাঙ হোনা উথুন খুদিগী পেরেগী মতাগুম কাপখৎলিবা ঈ খিবিকপু লেকথোক্লুনা লৈতেম মান্ননবা শেমলে। অহুগী মতুংদা গুরু লাইবনা উরেন রায় তরেৎ শুববু লৈচঙ খুহুপ মাপল ফঙ্গা থাজি যাত্রাবেন অহানবদা উ হৌরে। অহুগা কলা অমা হনা শাখি। "মতৌ অস্তুমনা গুরু লাইবনা শেম্বিহুনা লৈপাক নংগ-দববু স্থুংঙাইরে।"

গুরু লাইবনা তোরম্বা কলালোন্দা ইবদগী খঙবদি কলা শাবগী রায়নীং লমশিং খুহুপ লোবদি ।মৎ নাহা অমুবা অহুগী মফে কুন্থ না খুহুপ অমা ওইগনি। খুহুপ মরি মথায়না উথুন ওইগনি, উথুন লৈচঙদি খুহুপ তরেৎ, ময়াম কাদি খুহুপ তবানীথোই কা অনী অমদি খুহুপ নীপান নীপান, কলা মফেদা খুহুপ কুনহুমদে ই, মথুং খুহুপ কুন্থানিথোই, যুম্নীদি মশক নাইবা নীপান্নি। অমনা রাত্রেন্নে, অমনা কৌক্রনে, অমনা মার্জিংনে, অমনা অতিযা শিদবনে, অমনা অতিংকোক শিদবনে, অমনা কোঞ্জিন তিংথোকপনে, অমনা অশীবনে। নোংপোক য়েংথংবদি অতিয়ানে, ওয়থংবদি অতিংকোকনে; নোংচুপ

---

থুরায় রাইরংবনা ··· ·· ····· য়াইস্কুল য়াইচাবনা চাশিনখিরবদা—হুমিং ময়ুম চঙথবদা, হুমিং তারগা।

থুম্বা য়েংথংবদি অশীবনে, ওয়থংবদি কোঞ্জিন তিংথোকপনে ; নোং-পোক থা চিথেক্তি য়াংব্রেম্নে ; থা নোংচুপ চিথেক্তি থ জিংনে, অৱাং নোংচুপ চিথেক্তি কৌক্রনে, অৱাং নোংপোক চিথেক্তি মাজি নে। উথুন্দা সনা মুপা কোনয়াই হৈ লৈ হাপতুনা মশক নাইবা লাই শিং অহুগী ভোগান ভোগানবা মিংথৈ * শোনগনি অহুগা মুম্বী অয়াম্বা অতৈগীদি মনিং লৈতে। পরিং থাবদসু লাইমিং পাইশোন শোনগনি।



* মশক নাইবা লাইশিংগী অমসুং পরিং থাবগী লাইমিং লাইশোন, যাত্রা হুনবদা চঙ্গদবা পোৎলমনচিংবা অকুপ্পা মরোল্দি কংলালোন নত্রগা কংলা হোবা হায়বা লাইরিক্তগী থঙ্গনি।

নোংপোক থা চিথেক—মৈরম। থা নোংচুপ চিথেক—মোইরাং লাইজি। অৱাং নোংচুপ চিথেক—কৌক্র লাইজি। অৱাং নোংপোক চিথেক—চীংথৈ।

# পাঙ্থোইবী খোঙ্গুন

**চাউরাক্লা পাঙ্থোইবীগী মতম লেপ্পা :—**

পাঙ্থোইবী অসি মীরা লাইরা হায়বগী মত্তাংদা থল্লবা তারবদি মহাক অসি লাইগী শক্তি চঙবী লাইগী শায়োন অমা ওইরবস্থু মী অমা ওইনা লৈরম্বগী খূদম কয়ামরুম লাইরিক অসিদগী ফংই।

১। লাইরিক অসিদা পাঙ্থোইবীবু রাংঙমলোন লাইরেন ক্লজেং ঙানবা চম্থু হায়রিবসিনা তাকপদি মহাক অসি নিংথৌজা শলাইদা পোকপী নিংথেম ময়ুমী নিংঙোন্নি হায়বনি।

২। পাঙ্থোইবী অসি অহল লমম্না হায়না খোংনরপা থাবা শোকচোনবগী মচা তরংখোইহুচাদা মমা মপানা লুহোংহনা থাজে।

৩। খাবগী নিংথৌ মচা তরংখোইহুচাগী হায়ড্রিবৈদা পাঙ্থোইবীবু নিংথৌ শাপাইবগীদমক হায়খি। ঐখোয়না অরিবা লাইরিক কয়াদা নিংথৌ শাপ্পাইবগী রা ইবা থেংনৈ। মহাক অসি লাংবা চক্তা পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী মমুংদা অমনি।

থিরেন লায়াৎ কৌবা লাইরিক্কুগী মথাদা নিংথৌ শাপাইবগী পারী পুরী পীরি :—

**লাংবচক্কী নিংথৌ—**

লাইয়িংথৌ থানা চাওবা
( নোংলোন লৈমা নোংথাইশু )
|
লৈমুং তাংকরু শনলেনবা
( লাইসনা হাপী )

---

স্নেংগদবা :—অহানবা ব্রেকেট মমুংদা ইরিবশিং অসিনা মথক্তা ইরিবা অতুপী নূপী অত্তগা মথাদা ইরিবা অতুগীনা মমানি।

লৈহুং তাংকরু শনশেনবা
( লাইসনা হাপী )
|
মুরা নিংথৌ অপানবা
( উনা লাংবী )
|
চীংয়াই চীংমু নিংথৌপা
( খুন্নিং চঙবী উনা লাংবী )
|
মিকোনহন
( লম্মাইহনবী )
|
শাকবপা
( তাম্হোং খুবী )
|
নিংথৌ রালককপা | রানকাপা
( পিতোংঙা )
|
ককসুবা
( শেনবুং ফাবী )
|
তোল্লোংবা
( ঙা সাপী )
|
পিত্তি কোই
( তাম্হোং পুংমাই চনু )
|
লামপীচা
( উরেক চনু )
|
নিংথৌ শাপাইবা

থিরেন লায়াংতগী খঙবদি নিংথৌ শাপাইবা অসি লাংবচক্কা পাল্লমই। অদুনদি লাংবচক্কা পাল্লম্বা নিংথৌ শাপাইবনা পান্থোইবীবু লৌগে হায়রমই হায়না পান্থোইবী খোংঙুল কৌবা লাইরিক অসিদা ইরিবনিনা পান্থোইবী অসি লাংবচক্কা লৈরম্বা তারে।

পান্থোইবীগী মকুবোক খাবা শোকচোনবা অসিসু "কংলৈ লৈপাক মাপা" হায়বদি কংলাগী নিংথৌনি হায়না ইবি। ইম্ফাল কংলৈ অসিদা খাবগী খূদম কযামকম উবা ফংই। শক্তেনথোং অসিমক অরিবা লাইরিক অয়াম্বদা খাবা শনশেনথোং হায়না ইবা থেংনৈ। অদুগা কংলাগী মনাক অকোয়বা অসিদা লৈবা মফম কয়ামুক পানথোইবীগা মরী লৈননা মমিং খোনখিবগী রা থেংনৈ, মাদুদি ঃ— ফিগুথোং, কোংঙাপাৎ অসিনচিংবা।

খাবা শোকচোনবনা কংলাদা পাল্লম্বা অসিদি খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদা (খৃষ্টাব্দ ৩৩ দা) ফম্বাল কাথি হায়নরিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙদনি। থাংজিং চা গোইবা অমদি চকপা খুন্দা খুম্থোকনচিংবা লাইরিক্তা নোংদা লাইরেন পাখংবগা খাবা নোংজেনবগা লান শোক্লখিবা, অমসু খাবা নোংজেনবনা ঙমদুনা পাখংবনা চেনখিবা মমৈদা নোংদা লাইরেন্না খাবা নোংজেনববু ঙমদুনা খাবগী কাঙবু চাইথাইখিবগী রা কযা থেংনৈ।

"খাপা লৈথোঙ কাযরে। য়াংপা মখৈ ফংনা ভুমহল্লপতা খাপা মরূপ অমতি অঙোপা পুলৈরোম্পতা চেনশিনখিরে। খাপা মরূপ অমতি তাংখুন মচিপপু ওইখিবে। খাপা মরূপ অমত্তি নোংচুপলম চেনখিতুনা কপুই মুংনাং ওইখিবে। খাপা মচেং অমতি মখারম চেনখিতুনা মহৌ লোনভাই ওইখিরে। খাপা মচেং অমত্তি অরাংলমতা চেনখিপতা খাপা উল্লেন ওইখিরে। খাপা নোংঙানপতি লাইযি থোকি (মৈতৈ নিংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবগী) ফানখোংতা চেনশিনতুনা কনপিরে।"

চকপা খুন্দা খুম্থোক

থাবা শলাইনা কংলৈদা পাল্লম্বদগী নোংদা লাইরেন পাখংবনা থাবা শলাই চাইথাইখিবা অসিনদি থাবা কাণ্ডবুমা পাল্লম্বসি নোংদা লাইরেনগী মথাও হায়বদি খুষ্টনা পোকত্রিভৈ মমাওদনি হায়বসি খণ্ড-রে। থিরেল লায়াংতগী খণ্ডবনা পাম্থোইবীবু লৌগে হায়রমইবা ঙিংথৌ শাপাইবা অসি লাংবচক্কা পাল্লমই হায়রি। অতুনদি পান-থোইবীগী মতম অসি খুষ্টগী মমাও লাংবচক্কুনি।

পাম্থোইবী খোঙ্গুল হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্কুগী হৌজিক চৎনরিবা বাঙ্গালা ময়েক্কা মথামনা পাবদা খুদোং চানবা হায়রুনা ওঝা পণ্ডিত অচৌবা শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, মোইরাং নিং-থৌনা সম্পাদন তৌরুনা ইংশোক ১৯৬৩ ডিসেম্বর থাদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙত্রে। সম্পাদন তৌবিরিবা ওঝা পণ্ডিত অচৌবনা পরিষদনা ফোঙলিবা লাইরিক অতুদা রামাঙ য়ানবা রাইহে থরা অদুদা হায়বদি লাইরিক অসি খুষ্টাব্দ ৭৬৩ দা কম্বাল কাখিবা মৈতেত্তুঙ খোঙতেকচা যোয়রেনবগী মতমদা ইখিরম্রি। লাইরিক অসি ইরিবা "পণ্ডিত অসিনা পানথোইবী খোঙ্গুলদা রস য়াওদবা, কংলবা বিজ্ঞানগি রাবু রসনা থরায ওইবা ফজবা সাহিত্য অমা অইনা উৎতুনা মহাক্কি মহৈগী মশক তাকপগা লোয়ননা খুষ্টগী মীপান শুবা শতাব্দীদা মৈতৈ সাহিত্যনা করম্বা থাক্তা লৈবগে হায়বা ফজনা উৎলি। মরম অ'সনা ঐথোয়না পণ্ডিত অসিবু সাহিত্য অমসুঙ বিজ্ঞান অনীমক্তা নিঙথিনা হৈরবা পণ্ডিত অমনি হায়বদা শুমই।"

অরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী মশীং থারকপদা পাম্থোইবী খোঙ্গুল হায়বা লাইরিক অসি মমিং পন্দবা যাদবা লাইরিক অমনি। মাসি মণিপুরীগী অরিবা সাহিত্যগী মঙ্গ'দা থাক রাংনা লৈবা লাইরিক অমনি হায়বদা হায়নবা থোকলোই। মাসিদা শীজিন্নরিবা লোন্দা পুদা অসি অরিবা লোন্দানা নমই। মৈতৈরোন অরিবা খুঙ্গং লোনগী রাইহে রাতা থরা নৈনদবা মীনা লাইরিক অসি পাবদা অর্থ খণ্ডবদা য়াম্না থোকই। অতুগীসু মথক্তা মৈতৈরোন অরিবদা ইবা লাইরিক

খরা হান্না নৈনরগা পাব্রবদি অপাবা মীনা ঈরার লায়না ভাব তাবা খরা রানা খোক্কনি। মৈতৈগী লাইরিক—লাইওন লাইচৎ, লৈথক লৈখারোন, খাবরোন, নোংমাইজিং চীঙ্গোইবা, নোংমাইজিং চীংগোই-রোন, লাঙ্গোন চীংগোইবা, খোঙভাকলোন, কংলৈ লায়াৎ, থিরেন আয়াৎনচিংবা লাইরিক ময়াম অসি নৈনরগা পারবদি লাইরিক অসি পাবদা ভাব খরা হেন্না তাগনি।

লাইরিক অসি পাবদা পান্থোইবী হায়বসি মীরা লাইরা হায়বগী রাকম অমা নৈনদবা য়াদবা মতাং অমা লাকই। লাইওন লাইচৎ হায়বা লাইরিক অদু পারুরগা পান্থোইবী অসি নোংথাঙ লৈমগী শাইওন্নি হায়বা খঙই। লাইরিক অসি পাবদা নোংথাঙ লৈমগী লাইমিং লাইচৎ মহাক্কী শায়োন ময়াম অদু খঙবা অমসুং নৈনবা ঙাম্মে।

## লাইওন লাইচৎতা ইরিঃ -

"তাইবং পানবগী মপা মমা অনীমকপু ওইরিবী র লৈমরেন শিদবীনা মহাক্কী লাইখুরোম্বানে নোংথাঙ লৈমনে অনীমকপু তাঙ খোকএ; মহাক্কা থানা লাই অহুম শুরে। × × ×
× × × × ×
নোংথাঙ লৈমগী লাইমিং লাইচৎতি— পান্থোইবী, তাম্থোঙ লৈমা, লেমথোঙ লৈমা, লমতেং লৈমা, হৈনৌপোক লৈমা, চংনিং লৈমা, নুংগোইবী, কোলোয় লৈমা, থুম লৈমা, ভারৈমা, থারৈমা, গৌওইবী, য়োং লৈমা, রাঙবৈ শিনহৈবী, কোন লৈমা, খাইপা নিংথৌ চনু, মোইনু চনু, পীথেং লৈমা, লাইরা লৈমা লাইশন থানবী, খাবী লুকোই চনু, লীকলাবীচা, য়াইবী লৈমা, খোঙাক লৈমা, সীতা দুপী, চরাং লৈমা, পীথাইবা, খোংদ্রাইবী, শরীক লৈমা, খম্বা য়াংদৈ, নুংখোং নুংলাউবী, পূকশ্রী লৈমা" অসিনচিংবা।

পান্থোইবী খোঙ্গুল কৌবা লাইরিক অসি পারগা মণিপুরদা অমাঙ্ঙদা চহী লীশিং অনীগী মমাঙদা লুহোংবা মুমক্কে পানবদা

মতম অতুগী সমাজদা করমনা চংনরম্বগে হায়বা খঙবা ওমই। মতুং মতম ওইরক্লকহনা থাজ য়োঙবা য়ারকলবদা নিংঙোনাশিং অতুদা মখোয়বু লৌগে হায়রিবা অতুগী মশক মওং করম তৌই করম্বা মীনো মাঙেন্দা লৈবা য়াবরা হায়বা মপূকনীং খঙদোক্লবা হোংনৈ অহল লমন মশেন হায়না খোংনহনা অহন মশেন য়ানরগা অমস্মুং লৈগদৌরিবা নূপীগী মরাম্ থারগা নূপী থাজনরম্মা হায়বসি খঙবা ওমই। নূপী হায়বা চৎপদা নূপী মখুমদা নিপা মখুমগী অহল লমনগী মী ওইনা ভোবা অমনা হান্না চৎতুনা নূপা মযূমা। মোং হান্না লৌথোকনৈ অতুগা নূপী হায়বা লাকপদা হৈবা পুহনা চংনবসি থায়নদগী চংনরে হায়বনি লাইরিক অসিনা ময়েক লংনা তাকই। রাংঙমলোন পানথোইবীবু নিংথৌ শাপাইবগী নূপী ওইনা থায়ক হাগনা মনাই লৈচোন হাওরাম্বদা হায়খিবা অমস্মু মঙাক্লা হায়কবা অহু মথাদা উৎলি।

> “তয়ম লৈচোল হাওরাপা নঙপু লাউ-ও, নৈ নাঙ খুত্তা শু, তাউজৌং নাক্তা যেপ, খোইপু খোংয়োংশা, হৈকু পেংতম শেমনা তম্পা রাংঙমলোন পান্থোইনা তুগী ঙা যেক চম্বু মপাঙ তুবী অঙনবা অহু লাইরেন লেম্বা পাচা থৌথিংদবীবু লৈয়ে হায়এ তয়ম নঙনা পাচা থৌথিংলু শেনকু নানমলু-ও।

( অর্থ :— তয়ুম লৈচোন হাওরাবা নঙ অ'সদা লাউ ( রা হায়গে )—তুবী অঙলনা লাইবেন অৱেম্বা। চম্ তম্ফা রাংঙমলোন পান্থোইবী হায়ন কৌবী অহল লমম্বা থাজ লেঞ্জাদ্রবী অমা লৈ হায়না তায়। ( নূপী হায়বা চংনবা পুবা হৌন। ) হৈরা পুহনা নহাকনা কাগোক পান্দুনা থাম্ব শ্রেণী হায়কচো। )

× × × × × ×

ইমিঙ কাংথোন তরেৎ থা ইমাও কাংথোন তরেৎ থা, ঙানোয় খোংমা তৈ, ঙাতেন খোংমা শেমনা ঙাইখমঙামকে। য়াংলৌ লমদাং শাংদা

---

ঙাইখমঙামকে—ঙাইহনা লৈবমগে। য়াংলৌ লমদাংশাংদা—লম্বী লমশাংদা।

চৈরৈ ফিঙৌ খন, চামলৌ লমকারোই লোইমোম ফৌ কবোক তরা মায়পানবীবু ফামনা হুল, শীংচেপ মৈরা হাইচাউ থান্না থাঙলেন যাউরোং ফান্না লমওক ঙামগে হাযক ঙ হ'য়না থৌশীখয়ে।”

( অর্থ—মহাক্কী দমক মনিঙ কদা কাথোন তরেৎ, মথাঙ কান্দা কাংথোন তরেৎ থাগে, থানেংঘ য়েক্লবা থো, অমা, ঙাতেন যোক্লবা থো অমস্তু শেমহুনা ঙাইবনগে। মহাকনা লাক্কদবা লম্বীদা ফি অঙৌবনা থাকল খল্লগ ক্ষ।দা হাম্না ফৌদগী পোকপা কবোক অমস্তুং চেঙ মচ না লম্বীদা চা হুনা দেউটি মৈবা চাউনা থান্দুনা থাঙশাং য়াউরোং পাযনা লম্বীদা ঙকনাগে হায়ক হান্নবা পাথোন শীথি।)

নিংথৌ শাপাইবগী ম াই অহ্মনা রাডন্‌লান পান্থোইবীবু মবুংঙোগী দমক কৈশি থৈাথ লা পানন। শেম্বদ পান্থোইবীনা নিংথৌ শাপাইবদা মঙাকনা শৈনদা মতাক চাদে হযনা (মহাকনা শাপাইবদগী হেল্লি হনদনা) যাদি অহ্মনা কংলৈগী নিংথৌ থাবা শোকচোনবী মচা লো াা ত ে, ই ি তীন ক শাবদবন্দি লুহোংখি।

হৌজক মণিপুদা চৎলিংবা নূপী মযুমদ লুহো হুনা লুহোংঙিবা নূপী বন্য। অহু স ব।ঙলো ( শোয়নানা সম্প্রাদান লোইরগা নিপা মযুমদা থিল্লকপদা নিমা মযুমগী কোন্থাং চঙলমদাইদা দেউটি ( মৈ ) ওকপা হায়হুনা নিপা অহনবা মৈবা পনবগা লাকইবা নূপী অহুবু দেউটি মৈ ওকপা অমস্তু কবোক অফাবনাচংবা চাইথোকপা চৎনবি। নূপী ( কন্যা ) অহুনা কোন্থোং লানথিল্লক্লগা নিপাগী ( ববগী ) মমা ( লুহোংলকইবা নূপী অহুগী মনেম্পোকু ) অহুনা লোযনবা নূপী খবগা লোয়ননা মমৌ ওকপা থোবক্লগা মানা ইল্লিবা ফি অহুনা কোন্দুনা মমৌ নূপীবু ইমুংদা পুশিন্নবিগা অহুগা নূপী থিল্লকপা মতমদা নিপা মযুমদা লুহোংবা লাকইবা মী মযাম অহুবু পীজ পীথক তৌবা

চৈরৈ ফিঙৌ—ফি অঙৌবা। চামলৌ না। লোইমোম ফৌ। তরা মায়পানবী—চেঙ মচা। শীংচেপ মৈবা হাইচাউ থান্না—দেউটি মৈরা থান্দুনা। ফান্না—পাযহুনা।

চৎনব্রিবা অসি হৌজিক্কগী চহী লীশীং অনীগী মমাঙদগীনা হৌজিক ফাওবা লৈবাক অসিদা চৎনরক্লি হায়বসি লাইরিক অসি পায়রবা খঙই।

"খাপা ময়ুমনাক য়াংপা মশাইকোন্দা তম্পা লাইপু লাংনা রাইথুংলরপতা খাপা হোইতোনকোকপম নিংঙোনপী মমুস্তেকআনা তম্পা মহুইরোনপু শীংচেপ মৈরা হাইচৌ থান্না লমওকঙাময়ে। চামলৌ লমকারোই পশোং ফিঙৌ থানা কপোক ফামনা হুল খাপা পুমনা তিন শমু খাংচপ্পনা লমওকঙাম্মে। মমান নিংথৌ খাপা শোকচোনপা কংলৈ লৈপাক মাপানা শারেন শানৈ ঙমতা রাংলৈ য়ুনৈ ঙমতরপকি তরা মায়খঙনপপু ঙমতরপকি ঙমক খাপা তাংচা ঈকাইথি য়াংপা শেনকোয়লকঙমলপতা তম্পা রাংঙমলোম্না মপন পুংময়োনকি লল উল্লকপা তরা চা-থোপমা শারেন রাললোংমা রাংলৈ খুমলোংমাপু মায়খঙনখিয়ে। তরা চাকযেনপসুং চাকপোন ময়েং তাতানা চাক লেম্মে। চাম-লৌ লুকমাসুং লেমলৌএ। তরা চাকনীং খাকনা অনৌপা চাকশৌরকএ, শারেন শানিঙখাকনা শাশৌরকএ। রাংলৈ য়ুনীং খাকনা য়ুশৌরকএ। অতু নোংকিপু তমপা রাংঙমলোন পান-থোইপী তরা চাশৌপুং রাংলৈ য়ুশৌ পুং-ঙ তৌনা কৌএ।"

---

লাইপু লাংনা রাইথুংলরপতা—মায়থোং মকা লামনা থুংলববদা। মহুইরোন—মমৌ নুপী। শীংচেপ মৈবা হাইচৌ থান্না লমওকঙাময়ে—দেউটি (মৈরা) থান্দুনা ওকলম্মে। চামলৌ—লা। পশোং ফিঙৌ থানা—ফি অঙৌবা থাদুনা। মমান—মকু। কংলৈ লৈপাক মপা—কংলাগী নিংথৌ। রাংলৈ—য়ু। তরা—চাক।
শারেন রাললোং—শা থোংলবা উয়ান। রাংলৈ খুমলোং—য়ু হাপলগা পায়দুনা ময়ামদা য়েন্নবা লৈপাকনা শাবা পাত্র। লেমলৌএ—লেমহৌএ। তরা চাকনীংথাক্—চাক অরেম্বা। য়ুনীংখাক—ময়ামদা য়েনথুগা মনীং লেমহৌবা য়ু অরেম্বা।

লাইরিক অসিদা লাই হরাউবগী মরম শুগায়না ইরি। লাই হরাউবা হায়বসি লম অসিদা চৎনবক্তপসি ইতিহাস ইনরকলিবসিগী মমাঙদগী হৌরকলবনি হায়বা লাইরিক অসি উরগা খঙনি। পানথোইবীনা খাবগী মযুমদগী চৎখিহনা নোংপোক নিংথোগীদা লৈরে হায়বা তাহুনা মনেমবোক মম্ব তেকআনা নোংমাইজিং চীং তান্না মমো নুংগীগী খোঙ্গুল লীবা লাকখি অমসুং পান্থোইবীগা নোংপোক নিংথোগা অনী অসিদি অচম্বা মী নত্তে লাইনি হায়বা খঙখি। মহাকনা (মম্ব তেকআনা) হায়জহুনা নোংপোক নিংথোগা পানথোইবীগবু খাবগী মযুমদা কৌথহনা চাকলোন কৎহুনা লাইনি হায়না খুরুমখি অমসুং খাবগীদা নোংপোক নিংথৌ পানথোইবীগী খুবম য়াহুনা লাইশঙ শাহনা লাংখি :—

"খাপা লৈবেনহনকা মকুমপী তেকআ নিংঙোনপী অনীমানা তম্পা মতৈ মনাচকি মমাঙ শংশংপতা শমু মথুৎ লোন য়াথং শীংলেন লৈথোরনা হে খোইমোম লাইয়িংথৌ অতোপা কোরৌ খোচোম্পা কোবৌ ইলোথৌ-ও তম্পা নশানৌ ভুপী চৌংলাই লৈমা লাইরেন কচেং ঙানপা চন্থ রাংপা ইকাসাতা-ও নমান ইথং ইরুমপা লংচা রাবৈ চেনপপু নোংথি মাইরোই চনপিকুনো। নতাইরেম খাপা লাতক্লা য়াংপা লাংফেন্নরা খাপা মাঙথানা য়াংপা তুইন নোংকি লৌশিং ফকমাংনপপু রাওইকুনো। নপন কলৈ পুমযোন অসিপু রাওম তুকুমপপু পুংথাং নিক্তপা পোইবৈ তেংনৌ চিতই নইতনা রাঙম চারি কুই পোইরৈ খোংতোন শাপা থৌতু লেপনা য়ুংপপু লন কুপিরম্মো। নতাইরেম খাপা ইরানয়ায়সু লৌরু চাউপোকপা শীংচা কোনথিনপা উরুন রাহোংপা তয়ম নাই শীপা কাওরেন শল লোইপা য়ুমখু মনিন নাই য়ুমলেন মরাঙ হৌবরু লনকুপি ও। তম্পা নঙকি চৈবৈ পানামন শীলেন চিন্নথক লৈরাং থেৎনমন শমলাং চোইকেনপা তাংচা শমতোংমা অসিপু য়োয়পু নহাকশংকুম, থৌচান লনকু চঙপীরা-ও। তম্পা নহাক

শংশং লৈপকুম চীংঙু লাইফম যানা পুকমনকে পোইরৈ লৈপাক ঙাকপি-ও হায়না কাওপী চিঙ্গালুক মালেম থৌরৈ লৈকা পায়না পুকমলপতা অঙোপা কেবৌ খোংচোম্পনা খাপা লৈথোন খাচংবাকী চীংঙু পূকনী. হরাউথোই নোংপোক মশক উৎ তম্পা ওযরম প'ল্লোইননা তাচা ফিল্লা খৌযেৎনা কোকলাং থ'পা ঙংকোইনা মাযকৈ যিশেৎননা তুমিৎ লথা মঙানকুম পোইরৈ লৈপাক ঙান্না চীংঙু সনা মযাঙং থৌচান লনক্ হৈপনা লাংপন খোইমু খোন্তাননা পোইরৈ পুংখাং নাকতনা চাবিকুইপা রাংঙম পাংশোই নীক্তনা খোংতোন শাংপপু লনকুবপতা খাপা মত্তু চুং উনপী খোয়মৈ তানা পুকংচবৌএ হাযতপবা ?"

অবিবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী মতু দ' মসি লাই হরাউবগী মরমদ'দি কনা কনাগুম্বনা অমগা অমগা য়েৎনবকপদা পান্থোইবী খোঙ্গুন্দা করি হায়বি হায়না য়েংনবা ( শেথেলিতি ওইবা ) লাইরিক অম'নি। মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্তি সিংহ কে, সি এস, আই, গী সনা হাক্তক্তা লাই হরাউবগী য়েৎনবকপদা শোক ১৮৭৪ দা পান্থোইবী খোঙ্গুন্দা করি হায়না ইবিবগে হায়না য়েংনরগা অচুম অরান লেপনখি হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙই। *

---

* থাংজম চাউবনা চৈথাবা কুম শক ১৭৯৬ হওথ ' ০ নিলংমাইজংদা চৈরাপকী শ্রীমচা হবুংঙো যুবশাজনচি'।। অহুন অথৌ ম'শবা শহেন পেনা খোংবা লোয়শঙনা লাই থাইনবা মমবু গু' দম লাইরেম্মদ পান্থোইবাগী লাইচং তর' খোংস্থুচাগী ম ন'ন, ০৮ সেকবা দ থ র লৈ'ানগী মতুনে অহুনা তাউবু খোক তাবা থুবাইজনাগী যাইনে বন াগ দ অসননে হায়না খুমএ, অহুদা বিচার তৌনবদা ডম্রন্তনা শ্রীযুৎ সন মাহ্তদা পা'শা'বা খোঙ্গন লাই'রক ফাকতুনা বিচার তৌনবদা তুইদোন লাংবেম্ম'দ ত'ন গ স্থুচাগী মতু পান্থোইবাগী লাইচং ওই- রমএ। লাইরিক পূন্নম'স্ম প'গো া গী লাইচং ওইবম্মে। অ'সনা মতু তেক- আগা থাবা লৈবেনগা অনীম'দ ত' বু খো ক্ত সৈবা লাইনে হায়না থাবিথিয়ে। শ্রীযুৎ সনা যাব' মাইবা প'শু'না হায়না চুমগ পেনা খো'বা লায়শঙনা হায়বা লাল্লে হাযহুনা চৈবাপ্পা পী'শাকতুনা পেনা খো'ব লোয়শঙগী লাইতোনজমচা শঙলাকপনচি'না। হজ্জা ' দ পূন্ন'ক ০ ন ন'থোকাবদা তুমিৎ ৫ নি কৈদা শুমএ।"

— চৈথাবোন কুম্বাবা লাঃ ৪২৪

## ১১—১২ শুবা শতাব্দীগী লাইরিক—

# লোইয়ুম্বা শিনয়েন—ৱায়েন পথাপ

মণিপুরগী ৱায়েন পথাপ সৈঙাকলোনগী মরমদা ইবা লাই-রিকশিংগী মনুংদা লোইয়ুম্বা শিনয়েন হায়বসি শীথাবা য়াবা লাইরিক অমনি। মাসি খৃষ্টগী তরানীথোই শুবা শতাব্দীগী অহানবা হৌগৎলকপা মতমগীনি। লাইরিক অসি পারগা ঐখোয়-না লোইয়ুম্বা মহারাজগী সনা হুক্রক (খৃঃ ১০৭৪—১১১২) অসিদ ৱায়েন পথাপকী মরমদা যামনা চঙখোন্না ইবা লাইরিক লৈবে হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমই। কনাগুম্বা মী অমনা নত্রগা মী থবনা কবিগুম্বা কাববাব (শিনফম) অমা তৌবদা থরা কান্নরে হায়দুনা মী অতোপ্পা অতৈনসু মাগোয় মাখোয়গী মশিল থাদোক-তুনা হৌজিক কান্নবে হায়বিবা কাববার অদুদা মাখোয় ময়াম হুপ-চিল্লক্রবদি মখোয় মখোয়না হাপ্না তৌরম্মবা হৈনবাম্মবা থবক অদু মতম থরা লৈরগদি মাদুনা পূক। চঙদবা অমদদ তৌখিদবদগী কারবার অদু শিথরকই। অমুনা মা মাগী মশিল মথৌ মশক নাইনা তোঙান তোঙান থাইদোকপা (division of labour) অসি তৌদবা য়াদবা অমনি। মী মাগী মথৌ তোপনা তোপনা পীরবদি থবকশিং অদু তৌবদসু তোরবা মা শং অদুনা থবক অদু তৌবদা থুৎলোয়না থোকনা থবক অদু তৌবদসু মচু তাবা হেনগান হায়রবসি মৈতৈ নিথৌ লোইয়ুম্বনা য়াম্মন মুন্না খঙলমখি। সন হাক্রক অসিদা লৈরম্বা মাশিংনা মাগী মাগী তোফম থোকপা মশিল মথৌ মশক খঙনা তৌনরম্মী। শাগৈ শাগৈগীসু তৌফম থোকপা মশিল লৈ-নরম্মী। যুমনাক শাগৈ অমগী মীনা শৃগদবা মশিল মথৌ অদু অতোপ্পা যুমনাক অমগী মী অমনা তৌনদে হায়বসি লাইরিক অসি পারগা খঙবা ঙম্মি।

মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবনা খৃঃ ১০৭৪ দা সনাগী কৈরাক কাখ্রবদা (শিন্নবদা) মজা ইবুঙো লোইয়ুম্বনা মৈতৈগী সনা ফম্বাল কাখি। নিংথৌ অসিনা মাগী মথক্তা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবা (খৃঃ ৪২৮ – ৫১৮), শমৈরাং (খৃঃ ৫১৮—৫৬৮), উরা কোন্থৌবা (খৃঃ ৫৬৮ – ৬১৮) অমসুং নাউথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩ – ৭৬৩) অসিনচিংবা মবুধৌশিংনা পাল্লিৰৈদা চৎলম্বা লৈবাক্কী চৎনরোল রায়েন পথাপ ময়াম অমু য়ামনা কুপনা নৈনমুনা খওলম্মী। লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবা হাযদুনা খৃষ্টাব্দ ১১১০ দা লাইযিংথৌ লোইযুম্বনা লৈবাক অসি লুপ (পানা) তরুক থোকনা থায়দুনা ফমদো ফমলুপ হাপখি। লুপশিং অদুগী মমিংদি :—১। অহৌবা লুপতি লুপলেন লুপ, ২। নোংমাই লুপতি খাচালুপ, ৩। অকোং লুপতি কোংচা লুপ, ৪। খুরায় লুপতি লুপখুবা লুপ, ৫। লৈচোন লাকপা তোম্লোং খোম্বনা লুপমা চিংএ চিংচারূপ, ৬। খুবায় রাৎলে লুপমা রাৎলে খাইচনখি, খাইচরূপ। অমুমনা লুপ (পানা) তরুক থোকনা খায়খি।

নিংথৌ লোইযুম্বনা মাগী প্রজাশিংনা মাগী মাগী মশিন মশক খঙনা তৌনবা হাযদুনা মৈতৈগী তোঙান তোঙানবা যুমনাকশিংগী মাগী মাগী মশিন অমমম তোপনা তোপনা যেন্নম্মী, অমনা অমগী তৌফম থোকপা শিন্দা লামশনবা যাখদে। উম লাইশিংগী লাই তৌলগী থবক তৌনবগীদমক মাইবা মাইবাগী মশিল, তীন্নাৎ লাইরাৎকী মশিল যেন্থোবাখি। লোইযুম্বা মহারাজনা খৃষ্টাব্দ ১১১০ দা লাংশওদা ফমদুনা য়েনথোকাখবা মশিল অসি ইবা লাইরিকপু মৈদিংঙু অসিগী কোল্লোয় মিংলেন মতু ইন্না লোইয়ুম্বা শিনয়েন হায়না কৌই।৮

ভারত্তা শীংথানরবা কাশ্মীরগী রাজ তরঙ্গিণী * হায়বা লাইরিক অদু কলহলানা খৃষ্টাব্দ ১১৪৯—৫০ দা ইখিবনি। মণিপুরগী

* Among the local chronicles the most famous is the Rajtarangini It is a history of Kashmir, written through out

লোইয়ুম্বা শিলয়েন হায়বা অসিনা কাশ্মীরগী রাজ তরঙ্গিনী ইবদগী চহী ৩৯ হাল্লি।

কুমশীং ১০৩২ (খৃঃ ১১১০) দা লোইয়ুম্বা নিংথৌনা লাংশঙদা ফমদুনা য়ুমনাক মশিল য়েনখিবা লোইয়ুম্বা শিনয়েন কৌবা লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না খৃষ্টগী তরামাথোই তরানীথোইশুবা শতাব্দী অসিদা মণিপুরদা চৎনরম্বা মৈতৈনা শাবা ফি তোঙান তোঙানবা জাৎ কুম্থ্রা মরি মঙারোমদগী তাদনা লৈরম্মী হায়বা খঙই। মতম অসিদা লৈরবা ফিগী জাৎতি (design) ১। মুংফি ২। চিনফি ৩। লাইফি ৪। রানা কদংফি ৫। লাইফি তোংকাপ ৬। ফিরেন ৭। লংদোমফি ৮। য়ারোংফি ৯। চামিফি ১০। তোংকাপফি ১১। শারোংফি ১২। লৈরুম ১৩। দোলাইকুপাফ ১৪। দোলাই থানাফি ১৫ কৈরোইফি ১৬। হৈকোয়াফ ১৭। শীংখনফি ১৮। লাইয়েকফি ১৯। পুরুমফি ২০। ফাগংফি ২১। তরাউফি ২২। পৃমথিৎফি ২৩। ফিমুয়েক পাংয়োংফি ২৪। নোংফি ২৫। থুম্লুং মুশুমফি ২৬। থুম্লুং চুমথনফি ২৭। চৌংথোঙফি ফিমু ২৮। ফিমু লানফি ২৯। থুম্লুং মাথংফ ৩০ কবোফি ফিঙাও ৩১। শঙমু লা মুফি ৩২। শাঙ্গ অসিনাচবা।

চরৈ ফিশাবা, নাউতম ফিশাবা, য়াংলু ফিশাবা, হৈস্ত নাহা ফিশাবা, খোয়রিয়ান ফিশাবা মখোয় মঙনা নিংথৌফি শাই।

খুদমদি :—

"থিঙ্গুজম নঙদি মুংফি শাউ।
নিংথৌজম নঙদি চিনফি শাউ।
লাইরেম্লাকপম নঙদি লাইফি শাউ।
কস্তুরাম নঙদি রানা কদংফি শাউ।"

—অসিনচিংবা

in verse, written by Kalhana in A. D. 1149 - 50."— The History and culture of the Indian People Vol 3—the Vedic Age Page 49—*by R. C. Majumdar*

লাইহরৌবগী অসিদগী এথোয়না লং শংবা মমনাক মমিং অমা অতুগা শগদবা মচু মমেন অতুসু থংবা ওমই। মতম অসিদা শংও-মরম্বা মচুদি— ১। লৈরেন খোইবাক লৈ ২। চীংশাং মুম্বম লৈ ৩। উরৈরোম মকোং মৈরি মানবা ৪। লোয়রং থাউচু লৈ ৫। হীগোক নানৌ লৈ ৬। কুমলং কুম্বাক্লৈ ৭। চীংয়া নাপু লৈ তাউজীং হৈতাউ লৈ ৮। রানা কাদং মানবা শংলেন য়াইচু লং।

খুদমদি :—

"লৈ শংবম অকাওজম্বম নওদি লৈরেন খোইবাক লৈবু শংও।
লং শংবম চিংখ্রাম্বম নওদি চী শাং মুম্বম লৈবু শংও।
লংশংবম ইরোমপম নওদি তল্লা উরৈরোম মকোং মৈরি
মানববু শংও।" অসিনচিংবা।

লোইয়ুম্বা শিনয়েন্দা ইরিবা মুখনাক শাগে অসি অসিনা লাই মমিং অসি অসি কৌবা শগদবনি হয়না ইরি। মাসিদগী এথোয়না খৃষ্টগী তরামাথোই তরানীথোইশুবা শতাব্দীগী অতুরাই অংসুং মাতুগী মমাওদা মৈতৈনা লাংনরম্বা লাই মরু ওইবশিং অতু করি করিনো হায়বা থংই। মতম অতুদা লম অসিগী মীনা লংংলম্বা অমসুং নীং-লম্বা লাইদি—মৈরৈমা, খমলাংবা, ঈথৈ, সোরারেন লম্মাবী, ফৌ-ওইবী, পুরোইলৈমা, মরাউ লৈমা, পান্থোইবী, পেতঙগা, হোইতোন লাইরেম্মা, লাইখুরেম্বী, হুইমু লৈমা, লৈনাউতাবী, নুংথেল্লৈমা, শৌবোন লাইরেম্মা, অরাংবা, লাইয়িংথৌ হনবা, পুথিবা, পুরৈরোম্বা, তোল্লোংবা, থোঙগাক, চীংগোন নিংথৌ, য়াওরৈবী, কৌবরেন, চখাবা, থুমিৎ লৈমা, কৌব্রু, মার্জিং, মোইরাং ফকতোম অরিবা, হোঙনেম-য়োয় খুল্লাউ, চাংঙা লৈমা, হীয়াংথাং লাইরেম্মা, য়ুমজাউ লাইরেম্মা অসিনচিংবনি। খুদমদি :—

"হৈরোম নওদি মৈরৈমা শংও,
ইরোম নওদি খমলাংবা শংও,
× × × ×

সোইরেনশংবম নওদি সোবারেন শণ্ডও,
শরাংথেম লৈশাংথেম অনীমা নখোয়দি লম্মাবী শণ্ডও,
সবোংখাইবম নওদি ফৌওইবী শণ্ডও।

লাঙগোন চীং, নোংমাইজিং চীং, চীংঙা, হৈবোক্লচিংবা চীংশিং অসি কনা কনানা শংগদগে হায়বা অত্তয় লাইরিক অসিদা ইরি। মাহুদি :—

"তেকচম নওদি লাঙ্গোন শণ্ডও
ল মাই নুম্মংং নওদি লংমইজি শণ্ডও
চীংঙাথংবম নওদি চীংঙা শণ্ডও"

অসিনচিংবা।

মাইবংশিংগী মশিনস্থ তোপনা তোপনা যেনখোক্লম্মী। নিংথৌগী ফম্বাল কাবা, নিংথৌগী মচা পে কপা কংসা পাউতাকপা সোরারেন লাউদ তোইংজমা শদ উচি খোবা ১.ংবিয়া অদিস্থ লাইমুম্বা মহারাজনা শাগেগী শিন যেনথে কপদ যাশবি। মাহুদি :—

"তো বিজম নওদ থরাউচি খোও।"

মণিপুরদা অহৈবমনা মতম অসিদা কোল্লিক পুথম নাত্তিনচিংবা হৈবস্থ নিথিনা হৈবে হায়বসিস্থ লাইরিক অসিনা তাকই।

মহুদি :—"অহৈবম নওদি পুথম নাত্ত হৈও।" শেনবুং শেনমন শাবা মীস্থ মতম অসিদা লৈরে হায়বা খঙিঙ।

ফি শুবা, শম কোকপা অংসনা মী অসি অংসনা তৌপদবনি হায়স্থ উংলি।

---

থরাউচি—মাংসি চীম্ন কাগ্ডনা খোংনবা পেংবনা শাংনি চাউরাকনা থুবোম অমরোম শাবা যাং। 'শঙ্গ মও হাক্টরপ মাল্লি। হৌজিকস্থ মৈতৈ নিংথৌগী মচা নিপা পোকপদা সোবারেনদা পাত্ত তাকপদা শীজিন্নৈ। সনা কোন্নগী পাগুক লোয়শঙদদি হৌজিকস্থ লৈরি। সোবারেন লাউবদা শীজিন্নবা বাহৈদি : থাকপা নিংথো সোবারেন নম্ পোংহনবা তাইবং সোরারেনগী মচা নিপা অমা পোকলে অসিনচিংবা।

খুৎশু খুৎলাই থাও ভা, লীকুং তেন, লোওনচিংবা শাগদবা মী কাওলুপসু তোপ্পা তোপ্পা তাকই। শা লানগী লান হোইগদবা শামি কৌগদবা, শাফা ৎানফা ঈশৈ শক্কদবা মীসু তোপ্পা তোপ্পা লৈ।

করম্বা মখলগী মাইবা মাইবীনা করি লাই লাৎকনি হায়বসু তাকই। মাহুদি :—

'থিংনোং চাউরোং মাইবা নওদি লাইয়িংথৌ হনবা লাৎও।
অপক অমাইবা নওদি মোংবহনবা লাৎও।'
চকোইরা মাইবা নওদি খমলাংবা লাৎও।
কৌবা মীরোম্বা মাইবা নওদি কৌবরেন লাৎও।
লাংমাই অমাইবা নওদি চখ'বা লাৎও।
থোংনাং কাইবিয়াং মাইবা নওদি মুরা নিংথৌ লাৎও।
খয়োয় কবিয়া মাইবা নওদি মাঙ্গিং লাৎও।
লোযম শঙ্গাই অমাইবা নওদি কৌক্রু লাৎও
কিযাম নওদি কিয়াম লাই লাৎও।
লম্পূচম নওদি কিয়াম লাই লাৎও।"

আসনচিংবা

য়াকৈরোন শক্কদবা যুমনাকসু য'ওরি। মাসিদগী ঐখোয়না খড-ব'দি লাই হরাউবদা লাই যাকৈবা, নিংথৌগী ফম্মাং চওহনা য়াকাইরোল শকপা অসি মমাঙৈদগী চৎনরক্লে।

"অসেম ঙাখাখোই নওদি য়'কৈ ঈশৈ শকও।

চুপ শাবা, কোনযাই হুনবা * শনা লমওক খোইজু লমওক নচিংবা শক শেংনগদবা মীসু মশক নাইনা তেপ্পা লৈ।

* কোনয়াই হুনবা—সনা লুপা নাইদা কংপ'ন। কোনয়াই হুনবদা মাইবা মাইবীনা শীজিন্নবিবা মবোন অসিদগী ঐখোযনা খঙবদি মতম অমদা ইতিহাসনা লাম্বা কংবগী মমাংদা মণিপুর অসি শরুক কয়ামুক থোকনা থায়দোকলম্মী। মবম'দ কোনয়াই হুনবদা লম লমগী থেন্নবা ৱাহৈ তোপ তোপ্পা লৈ। মাতুদি ইম্ফালদা কোনয়াই হুনবদা হৌ কংলৈবু লম্মহল্লে।

হায়। শুগ্ন্দা, মোইরাংদা, লম্মাংদোংদা কোনয়াই হুনবা তারবদি ইম্ফালদা শীজিন্নরিবা ব্রাহে "হৌ কংলৈ" হায়বসি হায়নদে। অহুনা কোনয়াই হুনবদা শীজিন্নবা ব্রাহেদা থঙবদি—ইম্ফালদা কংলৈ, ইম্ফালগী অৱাং মায়কৈদা থাঙৱাই, নোংপোক মায়কৈদা ৱায়রং, নোংমাইজিং চীংগী ৱাংমা মথৈ শেল্লোই, লিলোংদগী থৌবাল ফাওবা মথৈ লাংলোই, হীয়াংথাংদগী ফৌগাকচাউ ফাওবদা লানলোই, অরোংদগী শুগ্ন্ ফাওবা থৱৈ, শুগ্ন্ মথা মথৈ লেমলৈ, ওয়নামদগী নিংথৌখোং ফাওবা খুরোই; লাইরেন শজিকুগী ইবেংবম ফাওবা লোনলোই, মোইরাংদা ঙাংঙোই মক্রগা কেগৈ অসিনচিংবা।

।।ইশঙ মহুংদা কোনয়াই হুনবদি—হৌ চীংঙুবা লাইকোন্থং মোংবা মুমদাংশীং হৌ ( লম অহুপী মিং হায়বদি কংলৈ, খুরোইনচিংবা ) লম্মহল্লো হায়না হুনগনি।

কবোদা "শেনবী" ময়াংদা "থোংনাং" হায়গনি।

খৃষ্টগী ১৬ শুবা শতাব্দীগী—

## নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা

মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং ছায়বসি খৃ: ৬৬৩ দা ফম্বাল কাখি। * নিংথৌ ওইরক্লবগী মমিং হোংনেমযোই খুম্বাউ কৌরম্মী। মপাবুং মৈঙ্গিংঙু, উরা কোন্থৌবনা পাম্লিবৈদা (খৃ: ৫৬৮—৬৫৮) হোংনেম-য়োই খুম্বাউনা শেল্লোয় লংমাইদা (নোংমাইজিং চীংদা) অচোং য়ুমলেনবম নিংঙোন পীতওওবা লৌথুনা নূপী মযূমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবদগী শেল্লোয় লংমাই মচাশিংনা মৈতৈ নিংথৌ উবাকোন্থৌববু ফুংঙাইতবা মলোমদগী মচানিপা হোংনেমযোই খুম্বাউবু হাৎলগা লমন খুমগে চায়না অহিংদা লংমাই পীতওওবগী মযূমদা থাও তা কাওদেন পায়থুনা কোয়শিল্লরবদা পীতওওবগী পাইরক্কী লৌশিংনা মপুরোইবগী মথায কল্লগা মপুবোইবা হোংনেমযোই খুম্বাউবু মখারোম্মদা খুমন লৈবাক য়ৌনবা চেলহনখি খুমন্দা শাইদাথুনা লৈরিবৈদা হোং-নেমযোয় খুম্বাউনা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী মচা নূপী খয়োইরোন কৈরুং হাংবীগ' মোইরাং নিংথৌ সনা বাথাগী মচা নূপী ইরাংলোন লৈমা নামুন চাউবীগা অনী লৌথুনা লৈখি। মপাবুং উরা কোন্থৌবনা অহল ওইশিল্লকলবদা মকু খুমন নিংথৌনা তাকথুনা মহাক্কপু মতু মচাশিংগা লোযননা লুরাং মকুবী চীংদা পামং খুন্দা লাকথুনা হোং-নেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবদগী মৈতৈগী চৎনরোল অমসুং নিংথৌ অমনা

---

* "শকাব্দ ৫৮৫ দা নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইএ।"—চৈথারোল কুম্বাবা।
ও নোংমাইজিং চীং—ইম্ফালগী নোংপোক্তা লৈবা সমুদ্র ঈমায়দগী ফুট ৫১০৩ য়াংবা চীং অমা।

খয়োইরোন—খুমন নিংঙোন। ইরাংলোন — মোইরাং (অরিবা) য়েক ওইবা য়ুমনাকী চনু।

করি করি খঙবা য়াবগে হায়বতু ঙমখি। মহাকনা জুরাংদা শাই-দাংতনা লৈরিবৈদা মপা ইবুংঙো মৈদিংঙু উরা কোম্ফোবা শিরতুনা মমানা মী থারকুনা মহাকপু কৌহল্লরগা মৈতৈ নিংথৌ ওইহনখি। নিংথৌ ওইরবদা মহাক্না হান্না লৌরম্বা, শেল্লোয় লংমাই মচাশিংনা মহাকপু হাৎকদৌরবদগী মথ্বায় কনবিখিবা লংমাই পীতভঙানা মৈতৈগী শনা কোম্বুংদা লাকপদা খুনন নিংথৌগী মচা নৃপী খয়োইরোন কৈকুং হাংবীনা নিংথৌগী ওয়দা কমতুনা লৈবিবৈদা নাউথিংখোংনা পীতভঙাবু মহাক্কী মথ্বায় কনপ্রবী মমা শকপীনি, মাগী য়েৎলোমদা কম্মো হায়-কবদগী পীতভঙানা মথ্বায মুংঙাইতহনা য়ুমজাউ লাইরেম্মা ওইপ্রগে হায়তুনা সসার থাদোকাখ (শিখি)।

লাইরিক অসি কনানা কবম্বা চহীদা ইখিবগে হায়বসি ভশেংনা খঙদে। অতুম্দি ওইরগা মাসি চাউরাক্না খুন্টগী চহী তরাতক্লক শুবা শতাব্দীদা ইবনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়রোই। মরমদি লাইরিক অসিদা য়াওবিবা লোন্দা পুদা অমদি শীজিন্নরিবা য়াহৈ রাতানা তশেংনা তাকদি। লাইরিক অসিদা হোংনেমযোই খুঞ্জাউনা নোংমাইজিং চাংদগী মখা পা না খুনন য়ৌনবা চৎপা লম্বী তাকপদা ইরি—

"লমলেন শেল্লায় মদাইমা মৈদিংঙু কিয়াম্বা মপারি পোম্বৈর নিংথৌহনবনা লাংগোই খুনান থাবা চী বু শেল্লোয় চীংমৈ শমথখিয়ে।

× × × × ×

নোংয়ায় লৈকোয়পুংবু ইন্দানগে হায়না অচেন খংলে হৌথখিরে। লমলেন মদাইমা ফুনান তেলহৈবা মচীংজিনবু নাইতননা ঙানপ চাজন-রাই খাংলা য়োরুম লম লমলেন পোংহৈথা উকপ লমচুংশিবু

---

মৈদিংঙু কিয়াম্বা—মৈদিংঙ নিংথৌ খোম্বগী মচানি। মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭ তা কম্বাল কারগা ইং কুমজা ১৫০৮ ফাওবা পানখি।
ফুনান তেলহৈবা মচীংজিন—ফুনান চীং

লাইতনা লিনরাই ঊমৈ শমথখিরে। মৈদিংঙু চলাম্বা সাংলোই লম-ভাইরাই লময়েন লিলোং শাকো পাংপু ঙমলোন নাতেননা নোংয়ায় অমশাং ইম্না ভুয়েন শাঙেঙকপবু নাম্লোইদু অহোঙবী ভূসাকোন ভাংলোই য়োয়মোংবা ভূজেংকোন লম্লেন মদাইনা য়োইহৈ খয়োইরোন য়েমচেং চকপা ঙম্বী পনম কাইথাকম, নোংয়ায় অমন শিঙক লমবু নাতেনা য়িমমিং চানলো জৌঙাকপন্দা উরা পোং মজুবু খোইয়া লাপুক্লা লম, পোইরৈ মৈতৈলোন কোনস্মচা কিনগোইগী পুচেং শাংরগা তনবা অনীমকনা চীংচবোই লানগা মাঙনরাই মেনা তনবা শিঙইরম নোইদু মানবী শিঙই রাইববু ছেনখিরে। × ×

লাইরক অসি মৈতৈগী অরিবা লোন্দা ইবনি। মমাঙেঙগী মৈতৈরোন্ন অরিবগী রাহৈ রাতা মরিক চুমনা রাহৈ নাতৈ চানা ফুন্না ই। রাহৈ খুদিংমক্কী অর্থ খঙবা রাংলবসু মাসি পাবদা মৈতৈ সাহিত্যগী নিংখিজবা ঐখোয়না ইরায লায়না শেমজিন্দুনা হায়বদা য়োকলোইদবা ফজবা সাহিত্যগী ওইবা রাহৈ রাতা য়ামনা য়াওই শেল্লোয় লংমাই মচাশংনা হোঙনেমবোই খুঙ্গাউবু হাংকদবগী মখুত্তা চৈ পায়হুনা, কনা অমনা শূক পায়হুনা খরনা তা খোঁশাহুনা অমসু থাঙ হাইহুনা পীতওঙাগী য়ুম অহু কোযশিল্লো হাযরকপা মতাং অহুদা শীজিন্নরা রাহৈ রাতা—"চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙদেন শূ শূক্লমু লোংখো না, ভিমেন ঙানোয় চো থাঙলেন খেরাং থাং" অসি নচিংবদা ফজরবা সাহিত্যিক ওইবা লোন্দাদা ই। পীতওঙানা শেল্লোয় লংমাইগী মবুং মৌপা ময়াম অহুদা নখোযনা মপাবুং নিংথৌগী লম-মচা নিপা হোংনেময়োয খুঙ্গাউ হাংলগা লমন খুঁযগনি হায়রিব অহুগা শেল্লোয় লংমাইগী মী ময়াম কৌবা ঈরোং খোংদা মৈতৈ

---

মৈদিংঙু চলাম্বা— মৈদিংঙু নিংথৌ খোম্বগী মচা ইবুংঙো শানোংবা লাক খোম্বনা হাংচোংঙম্বী পায়হুনা চলাম্বা পোকই। মৈদিংঙু চলাম্বনা মৈত্রবাক খৃষ্টাব্দ ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ ফাওবা পানখি।

লিনরাই ঊমৈ শমথখিয়ে— ঈরিন ভুরেন মতুংইন্না শমথখিয়ে।

নিংথৌ উরা কোন্থৌবনা হাংখি হায়রিবা আসবু মনিং মথা তুম্বা লৈবাক অমগী লমদা কাওহনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী মীনা লান চৎপ। তারবদি খোয় অসিগুম্বা লান অমা নখোয়গী লম অহুদা ফাওহনা চৎপা তারে হায়না হান্নবা হায়নহনা লৈবাক অনীহু য়ান্নরগী রা অমা চঙফম থোকই। অতুদি নত্তনা মীগী লমদা মপু তাক্লনা তুরানবা লমচৎ চৎহুনা নমহনা চৎলুরবদি মীনা মপাক্লপু কনবা হেক্লম্মবদি হাংলকফম থোকপনি অহনা নখোয় শেল্লোয় লংমাইন্না হাওকপ চীংশাং খুনফম ভাংজেদা লান চৎপদা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবদা তাক্লনা মৈতৈগী লমদা ফাওহনা চৎলুবহু নখোয়না লাল্লি অচুম্বা নত্তে হায়বা ভাব অহু

> "লাইরেন মপা মৈদিংগু উরা কোন্থৌবনা কৌবা ষ্টরোং খোম্বা শেল্লোয় লানয়ান থা লংমাই লানগা মাগুহন্নে হায়বা অসিবু শেল্লোয় পুন্না হুপনা লংমাই লানচৎ রাবু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে।"
>
> নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ১৬

মাসিনা শোংদোকই অমসুং পীতৎগী মবুদ্ধি মবৌশিং পাই-রক্কী লৌশিং অসুপ লৈ হায়বা গুহল্লি। তাঙ্গা চাত্রহুনা মতৈ মন্নাউ কায়নবা তারবদা সুংশি পরৈ তৎনদনবা পীতগুভানা মপুরোইবগী "শুঙদিং মনিংথমবু পুসুং কিশি থোকপিখি। চরৈ মফুরিৎপু পুসুং হৈক হুকপিখি" হায়বসিনা মতম কুইনগী কাউনদনবা খুদম থম্ন-খিবা তাকই।

খৃষ্টগী তরূক অমসুং তরেৎশুবা শতাব্দীদা মনিপুর অসি অপিক অপিকপা লৈবাক মচা মচা কয়। মনিং মথা তমনা পাম্নরম্মী হায়-বসি লাইরিক অসিনা তাকই। খুদম ওইনা হায়রবদা মতম অহুদা

শঙদিং—কি। মনিংথম—মহাক্কী নিংথম। পুসুং কিশি থোকপিখি—কিশি কিবা লৌথোকখি। চরৈ মফু রৎপু—মহাকনা লিংনবা ফুরিৎ অহুগী। পুসুং হৈক হুকপিখি—হৈক (কুহাম) পানশিনখিখি।

মৈতৈ, খুমন, মোইরাং, শেল্লোয় লংমাই, লুরাং অসিনচিংবা কাঙ-লুপশিং অসি মনিং মখা তন্না অমনা অমগী মখা পোন্নদনা লৈরম্মী। লৈবাকশিং অসিগী নিংথৌশিং অসিসু অমগা অমগা চারোঁ মোরোঁ-নহুনা পাল্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবনা ইম্ফাল কলৈদা পানবা অসি খৃঃ ৫৬৮ দগী ৬৭৮ ফাওবনি। মহাকনা মৈতৈদা পাল্লি-ৱেদা খুন্দা পুনশি য়ুমোইবনা, মোইরাংদা পুরিকলাই সনা লাক-খ্রানা, লুরাংদা হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা পাল্লি হায়বসি থওই। মাসিমক্তসু ঐখোয়না ইতিহাসকী মগাক ওইনা মতম পুথোক-পদা লংলালংজিন খঙবা য়াই। হায়রিবা লমশিং অসিগী হায়বদি খুমন মোইরাং লুরাংগী নিংথৌরোন্দগীসু থিগৎলগা চাউরাক্লা মখোয় মখোয়গী মতম লেপ্পদা খরগী মথৈ কন্নগনি।

মোইরাংগী ৱারীদা চহীচা কয়াগী মমাঙৈওদগীনা হৌজিক ফাও-বদা পাখং লৈশাবী হন্তুবা হন্তুবী অয়াম্বনা মুংশি মুংওনগী ৱারী অমসুং পেনা অমদি খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক্তা মণিপুরগী মীপুম খুদিংনা খঙনরিবা খুয়োন হাওবা লাযরবগা য় ইথিং কোন্নুগা অনীগী মতম অহু হায়রিবা মতম অসিগীনি হায়বসি ঐখোয়না নাউথিখোং ফম্বল কাবা কৌবা লইরিক অসিগা মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুরগা লাইবিক অনী অসি পারগা খঙবা ঙম্মি। হায়রিবা মতম অসিদা খুয়োনগী ৱা হেংওবগী মতাং অসিনা তাকপদি মতম অহু-ৱাইদা বন মহোৎসব য়ামনা চাউনা তৌরম্বগী ৱা ফংই।

মোইরাং নিংথৌ সনা রাখানা খুমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইববু মোইরাংদা খুয়োনগী ৱা হোঙব, য়াওরো হায়না কৌরৈ হয়না লই-রিক অসিদা ইরি।

"মখিম নোংয়ায় পুংদা কোল্লোয় ভৈনা শানা যাংপোইরবদা লেইদাম মগুং ওই কুম্বা ময়াই কারবদা হাওরৈ নোংচুপপা পাংবা লমগী মখিম কেগে মনিংথৌ ভাংভোই সনা লাকখানা কেগে খুয়োন ৱাবু লাংলেন কোংয়াং ৱাহোঙৈঙদা নোংয়ায়

খুমন নিংথৌ অদোন পুখশি য়ুমোইববু অহোঙ কূম্মৈ চৎলকও রাংলৈ অয়াকপবু থিংবা লা ফাম্নখিরা-ও, হায়না অদোন পাইরৈ পাউ কৌরঙৈদা।"

নাউথিংথোং ফম্বাল কাবা ১০৮

অহুগা মোইবাং নিংথৌরোন লম্বুবদা হায়রিবনা মোইরাং নিংথৌ সনা লাকখা য়ামনা কন্না লাইপু শলাই খঙদনা নারবদা মমঙদা থাংজৌং কৌবা লাইনা খু'যানগী রা হোঙহ অহুগা মাগী অনাবা ফগনি হ য়রবে হ য়হুনা খুয়ো'ন খুন্দৌবী মচা নিপা খুয়োন হাওবা লাইববু থিবদা মহাক্তি পীতৎ পাতৎলহুনা চানিঙাই থকনিঙাই লৈত্রহুনা খুয়োন ঙৌবা শোয়দা চৎহুনা ঙা ফাহুনা অহুম লৈপ্রে হায়হুনা মহাকপু মোইরাংগী ফমনাই ফানাইবা অঙস্বশি না থিকহুনা খুযোন ঙৌবা শোযদগী কৌখৎলুরগা নিংথৌনা মফি মরোন শেৎনা ইন্নবা অমস্মুং চানা থক্লগা পীবিহুনা হাওবা লাইরগবু খুয়োনগী রা হোঙহনখি। পেনা অগদি খোংজোমপর্ব্বগী শৈশক্তা নৈশক্লরিবা মোই-রাংগী খুয়োন হাওবা লাইববগী মতাং অসি মোইরাংদা করম্না মতমদা থোকখিবগে হাযবসি লাইরিক অনী অসি থানহুনা পারবদি মতম চাউবাক্লা লেপ্পা যাবে অহুগা খুযোন হাওবা লাইরবা অসি মৈদিংঙু নাউথিংখো গা পৌমু নাউমু মতম অমত্তদা লৈমিন্নরম্বা মীনি হায়না লেপ্পা য়ারে।

"নমু খোইয়ম লাইয়িংথৌ কেগে শাৎমাবা থাংজৌং কোয়রেন লাই, মোইরাং কাসা লেন নামুংবনা খুয়োন লোকলৌরেম্বা কোয়াং মরাচাবু লাংলেন রাখোঙ শেংনা লোকলৌ শোই-নাউ থেমহনগে হায়বগী নমু নিংথৌ হেবু সনা লাকখাবু হুম্ন মমুং শংনা হুংনাং মনা লেকহুন্নবগা থাংঙা তোনবম নিথৌ

[—মবুথৌ। কেগে শাৎমাবা—মোইরাংগী অপোকপা লাই। কাসা লেন মুংবা—অথোইবা লাই। কোয়াং—রা। লাংলেন—রা।

খুয়োম লৈপাক মাবনা অহিং ঈশুং শোয়ায়মদা খোম্লেন মণ্ড-পাউ চেল্লরে। কেগে মে'ইরাং নিংথৌ হেবু সনা লাকখা-ও হয়্ নঙনা নম্নুংশং হুংনাং ননা লেকপা অসিবু খুয়োন লোক-লৌরেম্বা কোংয়াং মরাচা লাংলেন মনাউয়োকপু ভেকপী ওকখুরাইনা ঙারবা কাওবেন শন্না থেংলবগী লোকলৌ শোই-নৌ হুন্দরে। কোংযাং ক'লাংথাং লাংলেন মোইমিৎ থিৎ লোকলৌ থরোই থোং লাংলেন মপান তুমগে ভৌগুমলক্লে। খুয়োন লোকলৌরেম্বা মরানযাযস্থ যুনথ্ মনিন নাইদা য়ুমলেন মরাঙ হৌদনা মরান লোনযুমযায়বু খমখু অয়েং চল্লে। চানা ঈরুকৌ লোকলৌ পরৈ তৎলে। মরেম লৈককোকনা মরান অতোন তাববনে, খুয়ো'ন খুন্দৌবা মপারি হাওবা লায়রবস্থং মপন্না লা গোন্দবগী চরৈ অখিন তাম মাল্লৌ অশেৎ রাৎনা খমখু অয়েং চল্লবু লৈবনে। কো'য়াং অত্থবু রাথোঙ পেংনা লোকলৌ শোইনৌ থেমগল্লো। হয়্ নম্নুং চংনা হু'নাং ননা লেকলরোই হায়না খোম্লেন মণ্ডবাউ চেল্লরাগী কেগে লৈমাবা হেবু সনা লাকখানা মদাইরেম কেগে খুনফা থৌ তখুম নাই-ফ থৌ পূন্নমকপু পাউ কৌথৎলবগা রা'হংখিএ। তখুম কেগে খুনফাংথৌ ঙা'ঙোই নাইফংথৌশি'ও। কেগে ননিংথৌ এনা হয়্ ইনুংশং হুংনাং ইনারেকপা অসিবু ইন্ন থোইমোম লাই-য়িংথৌ থাংজীং লাই মরুনা খোমলেন মণ্ডপাউ চেল্লমলৈএ। খুয়োন লোকলৌবেম্বা কো যাং মরাচাবু, কাওরেন শন্না থেং, ভেকপী ওকনা ঙারে, খুয়োন খুন্দৌবা মপারি হাওবা লায়-রববু কো'য়াং শোইনাউ থেমনা লাংলেন রাথোঙ পেংহল্লো হায়রকএ। খুয়োন খুন্দৌবা মপারিবু থুনা পাউ কৌথৎলুও হায়রকএ। কেগে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফ'থৌশিংনা মানবী খুদপা মুকমু লৈভোন কৌন্না রাকচ্ছরকএ। কৈগে ই নিংথৌ ঙাংঙোই লৈমাবা ইবুংঙো তা-ও। নদাইরেম খুয়োন খুন্দৌবা

মপারি হাওবা লায়রবদি খুয়োন ভৌবা শোযদা ভীম্থোক লুভাই লেং খোইবা ইন্দায় মেন উমু তোপশোং থেমনা শোম্ন-রেন লমলেকখিয়ে। নদাইরেম হাওব, লায়রববু পাউ কৌহল্লুগে হায়না রাকৎলম্নবগা কেগে খুনফাংথৌশিংনা খুয়োন খুন্দোবা মপারিবু শোয়রেন লমলেকফম, খুয়োন ভৌবা শোয়দগী কেগে শমু খোঙনা য়াঙবশিংবু লৈনা শীনা পাউ কৌহল্লবদা কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবা সনা মখোঙখাদা রাইথুং-লরবদা নয় নিংথৌ কেগে লৈকোয়ফম্বনা মদাইরেম হাওবা লায়রবা চবৈ অয়িন ভাম্বা মাল্লৌ অশেৎ রাৎপবু চরৈ মশীং শুনা মাল্লৌ ফীরোয় হোংলবগা খুয়োন রাখোঙ পেংগে হায়বগী কেগে খুনফাংথৌশিংগা মযু কেগে লৈমাবা হেবু সনা য়াই-থোংহিংগা ঙাংঙোই পূমনা হৌ, খুযোন য়াংবা পাকনা তাইনা থাঙলেন নাপন হাই, কজেং য়োৎহক চন, তোকমু লৈতং কেন মালেম লৈকন তৌ, হেম্বা লাখোং তৌ, লোকলৌ শম্বন খানা লাংলেন রাখোঙ পেংলবদা কেগে লৈমাবা ইরাং পুরিক-লাই ঙাংঙোই পোংলেন হনবনা ইদাইরেম খুয়োন খুন্দোবা মপারি হাওবা লায়রবা নঙদি নযূম কোঙয়াং রারোন য়াম্বা অসিবু ভেকপী ওকনা ঙাহন্দা কাওরেন শম্না থেংহন্দা কোং-য়াং শোইনাউ থেম্না নাউয়োক-ও হায়না রাহমলবদা কেগে সনায়োই কোম্লুং অচনবদা হনরাইরকলে হাযদবর। ?"

মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা লাঃ ৩৮—৩৯

## খৃষ্টগী শতাব্দী ১৬, ১৭ শুবগী লাইরিক—

# খাগেম্বা য়ূমলেপ

খাগেম্বা য়ুমলেপ হ যবসি রারেং ওইনা ইবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিদা মী শেমখিবগী রাবী, গুরুগী মমি তম্না মী শাখি হায়রুনা মমিং গুরুমি কৌই। গুরুমিদগী শলাই ময়াম থোকখিবা, করম হায়না য়ুমনাক শাগে মমিং থোনখিবগে হায়বনচিংবা ই। ইরিবা লোন্দাদি ঐখোয় খ্বাইমা ভাঙনরিবা লোন্দাদা ইবনি। মথাদা লাইরিক অদুগী মতেক খরা উৎলি।

"তাইবঙপানবগী মপু গুরু মহাক্কী মশক তম্না (গুরু মশক মাম্না তমদুনা) কৈবাক্কী অতিয়া শিদবদু তাথোকলে। হে ইচা অহনবা-ও তাইবঙপানবা অসি পুবা ভম্নবা মী শেম্মো হায়রবদা অতিয় না হঙোই শলাই তরেৎ শেমলে। গুরুনা শেমলবরা হংলে। হোয়, শেমলে খুম্মে। গুরুনা য়েংলবদা ফত্তে হায়রে। অতিয়াদি ঈকাইরে। অদুগী মতুংদা য়োং শলাই তরেৎ শারে, য়েংবিরো হায়রবদা য়েংলে। অসিসুং যত্তে হায়রদুনা হঙোই শলাই তরেৎ-মকনা তম্পাক্তা, ঈশিংদা কুমতম কুমথাইহনখিয়ে। য়োং শলাই তরেৎতি চৌংমুং ঊমুংদা লৈহনখ্রে। অদুগী মতুদা হুমিৎ চয়োন তরেৎমা থা তরানীখোইমা গুরুগী মশাদগী পুথোকলে। অতিয়া গুরু শিদবা, অশীবা, কোঞ্জিন তিথোকপদু পুথোকুনা গুরুগী মমি তম্না শারে, গুরুমি কৌরে। গুরুমি মহাক্কী থম্মোয়দগী ভাম্না চোং-চোংথোকলকএ, ভানবা কৌএ। মরৈ অশাংবদগী শাংনা চোংথোক-লকএ, লৈশাংথেম কৌএ। লৈয়েংদগী শাংনা লাকএ শরাংথেম

---

হঙোই শলাই তরেৎ— ১। হঙোই কোন্দো ২। পোরোবী ৩। শেম্পাক ৪। তাংশাং ৫। পেংদা ৬। শোংয়া ৭। চায়া।

কৌএ। কোক লেনফুদগী রাংনা চোংথোকলকএ, লুরাং কৌএ। খুৎ য়েৎতগী চোংথোকলকএ খুমন কৌএ। খোরীদগী ঙৌনা চোং-থোকলকএ অঙৌবা অঙোম কৌএ। মিৎ য়েত্তগী নিংথনা চোং-থোকলকএ, নিংথিবা নিংথেম ময়ুম কৌএ। শিনুংদগী মরাং মরাংনা চোংথোকলকএ, মোইরাং কৌএ। গুরুমিগী মশা থুনগায়রে। শবাং লৈশাংথেমনা থোপ লৌএ। নিংথৌজানা শিনুং লৌএ। খুমন্না মচুম লৌএ। মোইরাংনা শিংলি লৌএ। ঙানবনা তোং লৌএ। লুরাংনা উন লৌএ। অঙোমনা কোক লৌএ। গুরুগী মশা খাইনরে হায়বগী শাথাই কৌএ।

× × × নিংথৌজা শলাইদগী হান্না য়েনবা হৌরকএ হায়বগী য়েনথোম কৌই। কৈথেন ঙাকই হায়বগী কৈথেন লাকপম কৌই। মনা য়ামনা হকনা চাউই হায়বগী নাহাকপম কৌই অসিনচিংবা।

---

শিনুং—হকচাং, কিগুনুং।

লাইরিক অসি লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মতমদা ইরম্বনি হাযবা ন "খাগেম্বা য়ুমলেপ" হায়রিবা মমিং অসিমক্তা তশেংনা তাকলি।

# নোংশাবা লাইহুই

মৈতৈরোন অরিবদা হৌরকফম নত্রগা মতিক মগুণ খণ্ডহনববু লাইহুই কৌই। অহুনদি নোংশাবা লাইহুই হায়বা লাইরিক অসি নোশাবা হায়বসি কনানো মাগী মতিক মগুণ করম তৌবগে হায়বা অহুগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। নোংশাবা হায়বসি লাই অমগী মিংনি। মণিপুরগী সনা কোন্নুংদা লাই অসি লাইশঙ শাহুনা লাংলি। ফুরা হায়না খঙনবা মাইবী কাঙলুপ অহুনা লাই নোংশাবগী থবক তৌই।

লাইরিক অসি কনানা করম্বা মতমদা ইখিবগে হায়বা তশেংনা খঙদে। অহুন্নদি ওইরগা মসি গুল্লবদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী হাক-থক্তা ইরম্বা য়াই। নত্রগা থেঙলবদা চরাইরোংবা মহারাজগী মতমদা ইবস্থ য়াই। লাইরিক অসিদা নিংথৌ অনী অসিগী মা ইবা থেংনৈ। অহুনদি লাইরিক অসি খৃষ্টগী তরাতরেৎ শুবদা ইবা লাইরিক ওই-গনি। মাসি মারেংদা ইবনি; লোন্দাদি অরিবনি।

## নোংশাবা কনানো করম্বা লাইনো ?

গুরু শিদবনা মচা নিপা অশীবা (সনামহী), অতিয়া শিদবা (নোংশাবা) অমসুং কোঞ্জিন তুথোকেপা (কোঞ্জিন তিংথোকপা) অহুমদা কোরৌ নোংখোঙ কোয়নৌ, হান্না থুংলবদা সনা কম্বাল পীগে হায়খি। অশীবগা অতিয়া শিদবগা (নোংশাবগা) অনীদি

---

* মাইবী অসি—১। ফুরা ২। নোংমাই ৩। শঙলেন হায়না মথল অহুম থোক্না থায়। ফুরানা লাই নোংশাবগী থবক তৌই, নোংমাইনা য়ুমজাও লাই-রেম্মগী থবক পুই অহুগা শঙলেন্না পাথংবগী তৌই।

অতিয়া শিদবা হায়বসি নোংশাববুনি। হৌজিক কাওবা নোংশাবা হায়বা লাই অসিবু গুরু নোংশাবা হায়না সনা কোন্নুংদা লাংনব্রি।

নোংথৌ মখোঙ কোয়বা চংখরে। অতুগা মচানিপা অতোনবা কোন-জিন তিংথোকপদি লৈহৌরে। গুরুনা অতোনবা নওস্থ চংলো হায়না থৌরে। মচীন মনাও অহুমগী অতোনবা কোঞ্জিন তিংথোকপদি গুরু শিদববু হেনবা অমা লৈতে, নোংথৌ মখোঙদি লৈতে হায়রুনা গুরুগী ফানখোঙবু তরেৎলক কোয়রগা গুরু শিদববু খুরুমরুনা ফম্নে। গুরু শিদবনা হায়খি—"ইপারি অতোনবা নওনা ঐগী ইতিক অচৌববু করম খওবনো ইপা অরিবনে হায়রুনা মখিং পাখং য়োয়রেনবা (পাখওবা) কৌরে অতুগা গুরুনা মপারি অতোনবদা নোংথৌ শাই-রোং মরুগুম তাশিনখরে। ওহাক লৈরগা নোংথৌ মখোঙ কোয়খিবা অনী অহুস্থ থুংলরে। মাখোয়না অতোনবদি হান্না থুংওমলবো ই হায়খি। গুরুনা "ননাউদি হান্না থুংওমলে, লৈপাক মপুদি মহাক্নে" হান্নরুনা লোইখি। গুরু শিদবনা হায়খি পারি মালেম লৈশেম্বা (অশীবা) নওবু থোইবা লাই অতৈ লৈতে, ননাও অতোনবা অসিনা নপন (নপা) ঐগী ইতিক খওঙ্গমলবগী পাখওবা কৌরে, মহাকনা সনা ফম্বাল ফম্নসন্থ অতুগা পারি নওস্থ তাইবংপান পুম্নমক্কা থৌনি শাজং-নসন্থ (মী ময়াম্না ঈরাৎ পূজা তৌরুনা খুরুম্নসন্থ) ইপারি য়ায়মবা নহাক্তি অতিয়া কৌনা চীংঙ, ঐগা তেথোক তেশিন্নৈভনে (অমতা ওইনা লৈমিন্নগনি) হায়খি।

অসুম্না লাই নোংশাবা অসি গুরু শিদবগা মশা অমতা ওইনা তেথোক তেশিম্নে হায়না নোংখোঙ কোয়বগী য়ারীদগী খওলে।

লাইরিক অসিদা ইরিবা তেংথারোন্দগীস্থ নোংশাবা হায়বসি অচম্বা লাই নত্তে হায়বা তাকই। মাতুদি :—

" × × × চীংঙ, মালেম তাইবং পানবা পুম্নমক্কী কোরৌ মনোংথৌবু ওইরিবা নওকী খোইয়ম নতিক শৈওনপা চীংঙ, অমম্পপু মপালাক খোইয়ম উত্তপপু মতম য়েংনা খচিক্কা তেংথারক্কে। × × × × × × মালেম তাইবংপানপগী মপুংঙ, × ×

চীংঙু নঙেঙাস্তকী খিচিক্তনা তাইবং থরায় পুন্নমকপু থরায় তেঙথম ওইরিপা চীংঙু সগা হকচাংলেনকা তাইপং নিংথৌ অপানবা তুপী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেন পাখংপা, তুপী অহিং মীওইপা নোংথিন খোইমোম লাইওইপাকা খোইয়ম লাইশক অংওা ওইনা সগা পুন-তালীক্লুম তাচিন্নপা চাংঙু কোল্লয় নমিংথোংপু চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইচাখোম্পা, শীংলেন লৈচা হেকপা উরেন উথা ন্রিংথৌ উথা লাংমৈরেম্পা নঙকী নশনৌ য়োয়পু খোইমোম লাই-রেম্মা থোংনাং লোইচাখোম্বী শীলেন লৈচা হেকপী খোইয়ম নপি-ঙাকী চীংঙু নঙান অরাপনা হুমিৎ থা থরানপিচাক খোচোম্নুপী পুন্নমক্কা ঙাল্লিপা লাইয়িংথৌ নঙকী কোল্লোয় নমিং থাংপু চীংঙু নোংশাপা-ও তৌনা কৌএ হায়তপরা ?

খোইয়ুম লাই পুন্নমক্কী থরায মমিলেনপু ওইবিপা হে খাইয়ুম লাইয়িংথৌ— × × × × ×
× × × × × ×

লাহৈ কুমচা খুতিংকী লোইতাম থাহন নাং খুতিংতা চীংঙু লাইরূপ পুন্নমকনা য়োয়না থৌথন্নয়ে। অরাং কৌরু অশুপ্পনা নমখাঙ ওই, থংচীং কোয়বেন নিংথৌনা নমঙা ওই, রাংস্থলৈমা খোংচোম ফাপীচা রাংবরেন্না থুনেৎ ওই, থাংরাই মার নিংথৌনা সনা তাঙবন ওই, নোংপোক মালং হুমওইবনা নোংপোক চাকমিশেনপু ওই. চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না সনা থকথন ওই, তৌল্লি নিংথৌ শিদবনা সনা পল্লাংথোক ওই, যোইমযাই সনা খোম্মতোন্না শেকপিন ওই, লোই-তাম থাচা পাখংপানা অরংতি ওই, মালেম লৈরোন তরেৎমকনা তুল্লাই ওই, য়েংযপু নোংমোইন্নু অঙোপীনা তরা লুকমায় ওই, মেল্লম মথেন শেম্না য়োয়পু শীচাখোম্পীনা লাইরিক মাঙতা থানা য়োয়নায়ে। হুমিৎ চয়োন তরেৎমক্তা খোইমোম ছাঁরৈমা তরেৎমানা চৈরৈ ফিশেৎ লান, হয়িং পেংলোই হুম, কাঙহৈ মিতম থন সনা কাকোক যোযনা থন্নয়ে। খাম্পী মৈত্রেং, লাইচা ঈরিকলাই, মাল্লং নোংশীৎ শিতাপা অহুম্মনা চীংঙু মাঙ্কী পনকোই ওই, থপিল্লুম

চুমথাঙ নোংথাঙ অহুম্মানা খোইয়ম নঙকী নাউয়োম ওইনা খোইয়ম লাইশীং রাত্তানা য়োয়না থৌখম্নপা লাইয়িংথৌ × × ×

লাইরিক অসি পারগা খঙবদি নোংশাবা হায়বা লাই অসি যুগ যুগতা মানা ওন্নিং ওন্নিংবা ওল্লি অতুগা লাই অসি চীং অমসুং তমগী মীনা মহাকপু সুনা লাংচরবদা য়ানবা হুঙাই য়াইফৈ থুদম ওইনা লাই অসি মান্তকী খম্বগীদা লৈবা মত্তমদা। "মান্তক খমপাস্‌ু চাউহৌ শাংহৌরে।" মোইরাংগী খোরা ইয়াইনা মান্তক চীংদা চৎ-লুবদা মান্তক খম্বগীদা লৈরম্বা লাই নোংশাবা অসিগী মতিক মগুন অতু উরুবদগী মহাকনা অহিং নোংয়ায়গী মতমদা তুমিন্না হুহুনা পুরক্ল-বদা মহাকসু হুংঙাইরে মহাকতা নত্তনা মানা লৈবা লম অতুসু হুংঙাই মরাং কায়না রাত্তপাদনা হুংঙাইনা পানখি। অতুদগী লাই অসি রাংঙুদা অমুক লৈবদা রাংসু হুংঙাই স্নাইফনা পানখি।

"রাংসু চাপুতাপাতি খুনপূক মরাঙ হৌ, য়িমশেন মনিন নাই, হুংঙাই মরাং কায়না পানফরে।"

মাতুদগী চোথেদা লৈবদা চোথেসু হুংঙাইনা পানখি।

"খোইয়ম নরনকু চীঙু নথোংগান্না চোথে মনিন নাইনা পাল্লবদা"

ইরাং পুরিকলাই লম্নি লান্থবগী মশু নিপা মোইরাং শাথিনা লাই অসিবু অহিং অথেঙবদা মৈবুন থানবগুম থেংনরুবদগী মতিক মগুণ খঙলহুনা মমুমদা পুরকতুনা লৈরবদা মোইরাং শাথিসু হুংঙাইখি মোইরাংসু চাওখৎখি—

"য়োইময়াই অঙানববু পাউথেমলম
লোইরেন সনাপুংদা রাইথুংলবদা শাখি মরানয়িমত্তা
খোইয়ম লাইয়িংথৌ নঙপু কেকে পুরেন অহোঙপা
মকাইফমদা মাইপরেন পুন্নমকনা পাথং য়োমলোইহৌ
মোইরাং স্নোমতাংশাংনা কোরৌ লনশানা রাংপন

পাও ফানরপতা শাথি পায়মা লিন্তাং শাংপত্তি
মরান শীংচা কোনথিনলে।"

লাই নোংশাবা অসি মোইরাং শাথিগীদা লৈত্নুনা মোইরাংনা থুংঙাই মরাং কায়না পানবা অত্থু উরত্নুনা মুংয়াং ঙাইরাংবগা য়ুম্নাম তোনবগা অনীনা মোইরাংদা ঙা ওনবা লাকপদা অহিং লেক্লুনা লৈবদা মোইরাং শাথিগী লপলেন কাদা থম্মিবা লাই অত্থু চরৈ য়ুথন হাইগৎলুবদা লাই অসিগী মগুণ খঙলত্নুনা লাই অসি পুরক্লুনা লাকলগা মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বদা লাই অসিগী মত্তিক মগুণ খঙহল্লবদা নিংথৌ খাগেম্বনা শংলাই মথোল মঙা শাত্নুনা লাংথি।

# শাকোক লাইরমলেন লাইপুম তোন্নোবা

শাকোক লাইরমলেন হায়বা লাইরিক অসি পাউবৌ পাউতাক অমদি প্রমাণ পান্থৈনা মরু ওইনা য়াওই। মাসি ওঝাগা পরু-রানশিংগা রারী রাত্তাই শানজুনা ঙ'ঙনবা, সেবকশিং অজুনা খঙ-নিঙবা রাশিং অজু গুরুদা হংলগা গুরু অহ্নুনা মখোয়বু খঙনবা তাকপা ওইনা তৌই। মীওইবগী থরায়না হকচাংগা করমনা খাই-নগদবা হায়বনচিংবা শিরমদাইগী রাস্থ ওঝানা সেবোক্তা তাকপদা য়াওরি।

লাইরিক অসি করম্বা কুমদা ইখিবনো হাযবদি ঐথোয়না ফংলিবা লাইরিক অসিদদি থেংনদে। থোদোক অজুদি করম্বা মতমগীনো হায়বজুদি মখাদা ইবিবা অসিদগী খঙনি।

রাকচীং থাগী পূর্ণিমা থাঙজা হুমিৎতা লোইজিং শরোংযাগী নিংথৌ কোনথু নাহাবু মাগী সেবক ককপা, তাংবা, লাইতোঙ, ঈকুরা অমস্থং হোঙনেম সুরাংনিংথৌ পুন্সিবা মখোয মঙানা হৈরুক পানা তাঙ্গা শেমজুনা কৎলগা মখোয়না ভাব তাদবা মরম অতৈ অতৈ হংবদা মখোযগী গুরু কোনথু পোংলেনহনবনা খুমখিবনি।

"থায়না লহান নোং লীরা তাউবী চীং, নোংরা তাউবা চীংগী মিংথী লাইফমলেন, অঙোবা পুরৈবোম্বা খুংয়োন চীংদা ককপা, তাংপা, লাইতোঙ, ঈকুরা, হোঙনেম সুরাং নিংথৌ মখোয় মঙামানা হৈরাঙ অশং থন, তাউচীং অমুন য়েং, কা তংখায় লৌ, পানা তপ্পাই শেমনা লাইশঙ মুংঙাইবদা চৈরৈ ফিকোই থন্না লোইতাম রাকচীং থাকী য়াওরা থানিন নোং কোরৌ হুমিৎ শেংথোইপা থাঙশা হুমিত্তা লোইচীং স'রোনয়াকী

---

য়াবা থানিন নোং—পূর্ণিমা হুমিৎ।

কোরৌ হুমিৎ শেংথোইবা—অকবা হুমিৎ (auspicious day)

নিংথৌ কোনখু নাহাপু ঈরাৎ থৌনিচরপকা য়াথং পাউহংচ-খিয়ে। হে লাই কুক অথোইপা, শম্বোঙ মঙাংচা-ও। নতাইরেম ইথোয়পু পারি মুংঙোন ম্রাতুনা খোঙকৈ চীরোন চনকুমলে। ভাঁলোয় লুমচান রাতুনা রাকয়ৈ হীরম তনকুমলে। লনপাম ঈথৌলা পনা শী ঙুৎ নাচুম যৈকুমলে। লাইরেন মৈ তিংঙু থমচিংকোম্নসু চীংপন পন্থিং লোমললমলে। চীংচেং নারন পাংকনপস্থুং লোইচীং চীংঙোন য়াংখিরে। য়াইপী থোঙঙাক লৈমস্থুং খোইমোম লাইশক মাঙনা তাচা ঈকাই লৈরোরে। মরম অদু রাকীপু থাপী লেংনাউ মোম্পীনা তম্পা মপী হাঙনা শেল্লোয় চীংতা কাখিরে। থারা লাইযিংথোস্থুং তোংলেম মিৎ-য়েং পানখিরে। পোইরৈ পে ৎশক ওন্না লাইনীং ঈফাই চল্লে; থরায় চোইতানরঙেনে। কুক থৌচান্তকী শাকোক লাইরম-লেনকা লাইপুম তোন্নৌরাকা অনীমাপ্ন র'বম পন্তোম লোমনা য়াথং মতাং শীন্না লীপিনম্মো হাযনা য়াথুং পাউহংচপপু কোনখু পো লেন হুনপনা পাউথুমলকএ।”

মথক্তা ইবিবা অসিদগী থৌথোক অসি করম্না মতমগীনো হায়না লেপ্পা যাই। পকন্না মঙা অসিনা মখোযগী ওঝাদা হংলিবা মতম অসি চীংজেন নারন পাগনবনা মপাগী মতেং পাংনবা চীংপন পনথিংবা য়াওরমলগা লোইচিং লান্দুনা মযাং লৈবাক্তা চৎখিবা অদুগী মতুগী থৌথোকনি হায়বা তাকলি। চীজেন নাবন পাংগনবনু পোকপা মপা চেংলৈগী নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রাম্বগী নুপী যাওরৈবা চহবু মৈতৈ নিংথৌ নাউথম্বনা (খৃ ৪১১—৪৮) মুন্দুনা লৌখি

---

লোইচীং—মণিপুরগী নোংচুপ্পা লৈবা চীংজাউ।

লনপাম ঈথৌলাংপনা—শেনগী মিকাবনা।

চীংচেন নারন পাংগনবা—চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বনা পেম্থু লৈমরেন পান্নদুনা পোকপনি, চাউরাক্লা খৃষ্টগী শতাব্দী মঙা তরুক শুবদা লৈরম্বনি, মৈতৈ নিংথৌ নাউকংবগা (খৃঃ ৩২৮—৫১৮) থৌমু নাউমুনি।

হায়না চেংলৈরোন্দা য়াওবনিনা থাগুয়ি খোংজ্রোম্বা অসি মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বগা মতম অমত্তদা লৈমিন্নবা মীনি হায়বদি খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দীদা লৈরম্বনি। অদুগা চীংজেন নারন পাংগনবা অসি থাগুয়ি খোংজ্রোম্বনা য়াওরৈবা চহুগী মতুংদা লৌবা পেম্নু লৈমরেন্না পোক-পনি; অদুগা মহাকনা মণিপুর থাদোক্নুনা লোইজিং লান্দুনা চৎখিবসু মহাকনা পোকপদগী পংকুই কুইদনা চৎখিবনি হায়বসি চেংলৈরোন্দা য়াওরি। অদুনদি মানা লোইজিং লানখিবসি খৃষ্টগী মঙাশুবা শতাব্দী-দনি। অদুগা লাইরিক অসিদা পল্লিবা পরুরা মঙা অসিগী মতুংদা য়াওরিবা হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা অসিদি মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা খৃঃ ৬৬৩ দা ফম্বাল কাদ্রিঙৈদা পৈখিদ্রে হায়বসি নাউ-থিংখোং ফম্বাল কাবা পারগা খঙই। অদুনদি লাইরিক অসিদা পল্লিবা গুরুগা পরুরা মঙাগা ঙাওনরিবা মতম অসি চাউরাকনা খৃষ্টগী শতাব্দী তরুক্কী অদুরাইদা ওইগনি হায়না লৌবা য়ারে।

লাইরিক অসিদা পল্লিবা মতম অসি চাউরাকনা খৃষ্টগী তরুক শুবা শতাব্দগী ওইরবসু লাইবিক অসিদি করম্বা চহীদা ইখিবগে হায়বদি শেংনা খঙদে। অদুগা মাসি কনানা ইবনো হায়বসু অয়িবা মীগী মমিং তা দাগুবদি খঙদে। অদুম্নদি ওইরগা লাইরিক অসি ইরিবা নিপা অসিদি থুমন য়েক 'ওইবা মী অমনি হায়বসিদি— লাইরিক অসিগী মমৈরাইদা য়াওরিবা মথাদা ইরিবসিনা তশেং তশেংনা তাকলি। মাদুদি—

> "শাকোক লাইরমলেন লাইপুম তোন্নৌরা থীরেন লাইরোন অরুপা অসিবু পোইরৈ ইপা রা রাংঙম ইপু রাপু কাউরকনি হায়পকী তয়ম নোংয়ায় (থুমন মচা) মীম'তো'ন্না লৌশিং পোমিৎ অরনপা তরা চকেমতোনকুম্পা ঐনা থপা লীকলেং ভৎনপা লীকলাং সোয়না কেনপপু উকায় শোমকুমথাং লোন-কুমনা য়াথং থোইয়া শম, চৈতপ ময়েক শেংতা রাহায় কারন চন মীৎত্তারেং শোয়পা মিৎয়েংকুম পাংশোই নীকপা লমচৎনা শৈওং নাতৈ চাত্তনা লেংলমচপনে।"

লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দাদি মৈতৈরোন অরিবনা মপুং ওইনা তৌই অতগা অয়াম্বনা পাওতাক্লি। মাদুদি—

"তাইবঙ মীপোক অসিদি পঙনা পাল্লি হায়বগী তাইবঙপান-ও কৌএ। য়োইময়াই তাউদনবনা হুমিৎ লমহৌরকপা খুদিংদা তাইবঙ পুন্সি ইরাল্লেগা লোয়নরকপবু হুমিৎ খুজেং পায়না থৌ-খানভমদবগী যোইময়াইনা ময়িম নোংচুপলমদা তাখিবা খুদিংপু তাইবঙ পুন্সি ইরাল্লেগা লোয়নখিএ। গুরু সনা ময়াথংনা রাকয়ৈ হিবু ওইনা লান্নৈভেনে; গুরু নাইবা থীনগুনো। ×
× × × × ×
তাইবঙ মাল্লংপান অসি দি কৈথেন লূকমায় পান্তমনে। লনওন পোৎয়োন হৈবগা য়াওরা লনয়াম তোংজবা কৈথেন পোৎয়োন হৈত্রগা য়াওরা লনয়াম মাঙ্গুম্বনে। × ×
× × × × ×
ঐনে মযাই কাবদি রাংলৈ য়ুবু হেল্লে থকফরোই। য়াথং থোইযা শননৈদে। নমু পোং ওইবা পুম্নমকপু থরায় সমতুনে হায়না নীভৈভনে।"

## খৃষ্টগী শতাব্দী ১৬ অমসুং ১৭ শুবগী

খৃষ্টগী শতাব্দী তরাতবক্কী লোইরমদাইদগী তরাতরেৎ শুবা শতাব্দীগী তংখায় অহুরাইদা মণিপুরদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানখি। নিংথেম খাগেম্বা অসি মৈদিঙু শেনবী মুংয়াম্বনা * মৈতৈ লৈমা নোংবান্নোন কাইনৌ চাংবোম্বী পাম্নহুনা খৃষ্টাব্দ ১৫৭৬ দা পোকই। ইংশোক ১৫৯৭ তা মপাবুং নোংগারবদা মজা ইবুংঙো খাগেম্বনা সনা ফম্বাল কাখি। নিংথৌরোন লম্বুবদগী খঙবদি নিংথৌ অসিগী মিং খাগেম্বা কৌত্রিবৈদা সনা হিংহোনহনবা পোইরৈ নিংথৌহনবা কৌরম্মী। খাগীগী অথৌবা চৌফা হোংদৈ ফায় হায়হুনা খাগেম্বা (খাগী ঙম্বা) কৌখি।

নিংথৌবেন অসি শা লান্দা হৈশিংবা থৌনা ফবতা নত্তনা লৈবাক অসিগী অয়াম্বা হীবমদা চাওখৎনবা হোৎনখি। লৈবাক্কী চাওখৎনবা হীরম অয়াম্বদা মহাবাজ অসিনা সনা মিৎয়েং চঙশিল্লম-দবা লৈতে হায়ববসু হায়মনবা থোকলোই।

হীরম অতৈ অতৈদা চাওখৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী সাহিত্য চাওখৎনবা যামনা কন্না হোৎনখি। সনা হাকতক অসিদা মৈতৈ লাইরিক য়ামনা থোকহন্দুনা প্রজাশিংবু লাইরিক লাইশু হৈননবা হোৎনখি হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবনচিংবা লাইরিক কয়ামুক্তগী খঙবা ঙমই।

শম্না হায়রবদা নিংথৌরেন অসিনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা মন্না হুনখিবা সাহিত্য লৈরাং চারা কয়াগী মশা মরেং হৌজিক ফাওবা শন্দোকলি হায়বসি লৈবাক অসিগী সাহিত্য অমসুং ইতিহাস নৈনবা মী খুদিংমকনা খঙনরি।

---

মুংয়াম্বা—মৈতৈ নিংথৌ চলাম্বনা মৈতৈ লৈমা নোংবান্নোন লম্ফেল ঙম্বী পাম্নহুনা ইংশোক ১৫৪৭ তা মৈদিংঙ মুংয়াম্বা পোকই। মুংয়াম্বা কৌত্রিবৈদা অহানবদা মমিং থাংবাই নিংথৌ কিয়াম্বা কৌরম্মী। ব্রহ্মদেশতা লান্দা-হুনা মুংথোং মুংয়াং ঙমই হায়হুনা মমিং মুংয়াম্বা কৌখি।

সনা হাক্তক অসিদা চৎনরম্বা শেঞ্জেংনা শাবা শেল ময়েক অহু ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা উরিবা শেল মথাই অসিদগী য়াম্না হেন্না চাউই। খাগেম্বগী মতমদা চৎনরম্বা শেল অহু কোইরপ কোয় অমসুং মাতুদা মৈতৈ ময়েকী "ম" ই হায়বসি মেজর মকলোকনা ইবা ইংশোক ১৮৫৯ দা ফোঙখিবা "একাউন্ট অব দি ভেলি অব মণিপুর" দা য়াওরিবা ফোটো অহুনা তাকই।

অপোইমচা, কোনোক থেংগ্রা, শলাম সনা, য়ুমনাম তোম্বা, খাইদেম তোম্বা, লাঙ্গোন লুখোইনচিংবা মাযচৌ (পণ্ডিত) কয়া সনা হাক্তক অসিদা লৈবম্মী অমসুং পণ্ডিতশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা হীরমদা নৈনবা লাইরিক কয়া থোকহনখি। পণ্ডিতশিং অসিনা ইবা লাইবিক অযাম্বদা মহারাজ অসিগী সনা মিংলেন য়াওবনা নমই।

১। "শীংখন লাংখন" হায়না কৌবা লানফমগী শিদয়াই নাদয়াইগী মরমদা ইবা লাইরিক অহু লুরাং নোংচুম শঙদা নিংথেম খাগেম্বদা অপোইমচা, কোনোক থেংগ্রা, শলাম সনা, য়ুমনাম তোম্বা, খাইদেম তোম্বা পণ্ডিত মণ্ডা অসিনা তম্বিখিবনি।

২। "কাইববোন" হাযনা কৌবা লৈবাক অসিগী তুংদা ওইরকদবগী মরমদা ইবা লাইরিক অহু সনা হাক্তক অসিদা লাঙ্গোন লুখোইনচিংবা পণ্ডিতশিংনা ইবম্বনি হাযবসি লাইরিক অহু পারগা খঙই।

"হে লাইরিংথৌ খাগেম্বা-ও নপোক অহুমলক শুবগী হাক্তক্তা মৈতৈগী পারি পুরী থৈবিকপু মাঙখরগদবনে। চাকচা ফিশেৎ অমা তৈরগদবনে × × × ×

× × × × ×

উমংলাই মাপনমক থিররোইএ। ভাউবরোন খাকপরোম অসি থৈবিক্কী ঈরাৎসু হুনদোকলগদবনে। × × ×

× × × × ×

মৈতৈগীসু থুবম মাঙলগদনে। মপা মচা খঙনরোই মচীন মনাউ চান্নরোই। নোংচুপ লমগী বামোন্না রায়েন তৌহনা পানগনি

খঙেম্বা। × × × ×
× × × × ×
অহুগী তুংদা × × × তুলাই ময়াম্বা পাইরম্মদবনে খঙও। মানা অমরক হঙ্গিল্লকলবদি হে খাগেম্বা নপোক অমরক ফাওরে। নঙনা বামোনগী লাই তীন ভাম্বোক্তনা তুবী নয়োন চোংনা ফাওরগা লাইরেন ফম্বাংমৈদা তোংনা মৈতৈ লমচৎ অরিবা হঙ্গিল্লগদবনে। নোংচুপ লমদগী শাগে অরিবনা তীম্বোও লাই-থোঙ খঙনা থিরগদবনে নোংদম নোংখাইবিরগদবনে। মৈতৈ লমচৎ অরিবা অমরক হঙ্গিল্লগদবনে। × × ×
লাইরিক অসিদা হায়রম্বদি মাইবী খাগী, লাঙ্গোন লুখোই, লৈশাং খোমা, রাহেংবম খারবা থৌগ্রাউজম, শোইবম লাইথংবম লাই-মনাই শাগে মাখোয় মঙামকনা লোয়ননা লাইয়িংথৌ খাগেম্বদা হায়রম্বা রানে। কাইবরোন কৌবা লাইরিক অসিনে। × ×
× × × × ×
ইঙেন থরান থা অনীমক্তা শাগে শলাই তরেৎমা মাগী মাগী খুবমদা হঙ্গিনবা হৌরগদবনে। অসিগী পান্দমদি লাংওনগী নিং-থৌনা ওইববা যুগতদি লোই পুম্নমক হাও ময়াং পুম্নমকসুং ঙম্মা চাউরগদবনে। অসিগী মতুংদা নিংথৌ অহুম য়ান্নগনি। ×
× × × × ×
তোর্ব্বুংদা মী লখা অমা তাগনি। কোয়াংফাইদা মী লীশীং অমা। লৌ অমদা মী অনীনা চিকনা চিকনা চারগনি। হে মীওইবশিংও নঙগী লৌরী য়ুমফম চেৎনা তৌজো-ও। ×
× × × × ×
× × × × ×
সোরারেম্মা পোংগন লীরী লীকং ভিংথৎতনা ফত্তবগী মথৈ ঙম্মা হাৎকনি, অফবদি হিংগনি খঙও। মীগী ময়ুম মৈ থাবা শল হুবা নাই হুবা অসি থৈবিক ওমনা শিগদবনে। হৌরগদবদি ফাইরেন থা নিনি পানবদগী হৌনা কাম্লেন থাগী থানিলদা লোইপদবনে।

× × × × ×

অরাং হাওনা ঙাওরবদি ওকনা ঈরাংলো। ময়াংনা ঙাওরবদি হামেঙনা লাংলো। × × × ×

সাইশোন্দি × × × ×

অতু লাংসবদি অরাং নোংচূপ নোংপোক খুহুম চল্লগদবনে। রায়েন চুমলগদবনে লৈবাক সুংঙাইরগদবনে।

---

# কোনোক থেংগ্রা

লৈবাক অসিদা লৈবম্বা ফাওখিবা পাঞ্জিশিংগী মস্থুংদা কোনোক থেংগ্রাগী মিং মণিপুরগী মীপুম খুদিংনা তাদবা যাওদে। মহাক অসি খৃষ্টগী তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা লৈবম্বনি। মৈদি ঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা লৈবম্বা পণ্ডিতশিংগী মিং মশীং থাবদা থেংগ্রা অসিস্থু অমনি। পাঞ্জিদা মমিং চৎপদা নত্তনা অফাওবা মাযচৌ (পণ্ডিত) অমনি। নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা ইখিবা লাইরিক অয়াম্বদা কোনোক থেংগ্রাগী মিং থেংনৈ। মহাক অসি তুংদা অসি অসি থোরক্কনি হায়বা ওম্বা পণ্ডিত অমনি।

লাইযিথৌ খাগেম্বগী কংলা শাবগী পুফম যেংবদা কোনোক থেংগ্রানা মহাক্না পীবা পুংফম অত্থু কাযদনা কংলাগী উ হৌরবদি (যত্রা হুল্লবদি) কংলা পুংজে মতোন্দা সনাগী থম্বাল শাংকনি হায়খি। অত্থুদগী কংলা শাগদবা হুমিং তমলহুনা লাংবন থা তরাহুমদোইনি পানবা নিংথৌকাবা হুমিং অযুক্কী য়ুথক মতু পুং অহুম তাবদা কংলাগী উ হৌখি। উ অতু য়ামনা চাউমন্দুনা থাংগৎপদা থেংগ্রানা হায়খিবা মতম শোযরে অমসুং সনাগী থম্বালসু শাত্তরে। সনাগী থম্বাল শাত্তরবদা মহাক্না ওইদনা হাযবগীদমক থেংগ্রাবু হাৎননবা মথা মায়ৈগেদা পুথখ্রে। কোনোক থংগ্রানা কংলাগী উ হৌ হায়না পীবা পুংফম অত্থু চপ চানা পংতন অমনা লফু অমা য়ুংবদা সনাগী থম্বাল অমা শাংলে হাযত্নুা নোংঙাল্লিগা নিংথেম খাগেম্বদা কৎলরে। খাগেম্বনা থনখি—

ঐগী উনা চাইবগী পুফম শোযবা তারে পণ্ডিত থেংগ্রানা হায়বা শোয়দ্রে অত্থুনা গুরুদি শোযনা শিবা য়াদে; হি অমা পুত্থুনা তাঙ্লো হাযত্নুা তাল্লক্পদা পণ্ডিতনা ঐবু তানবা মী লাক্লে হায়রিঙৈদা মীগী খোঙ্গুন তারে। পণ্ডিত থেংগ্রাবু ঈশিংদা লাক্নুা

হাৎকদবগী মখাগুদা নুং থাংহ্নুনা ঈশিং ময়াদা লৈরিবৈদা মী ময়াম্না কৌরহ্নুনা গুরুনা শিত্রবদি ওাইরমখো পণ্ডিতপু থাদখিগনো নিংথৌগী য়াথং লাকপনে হায়রবদা গুরুনা হায় ; ঐবু থাদরো মাথোয়না থাম-লগনে হায়রিবৈদা মীয়াম থু লরে। কোনোক থেংগ্রানা ঐবু থা্ম্ন-বসিবু করিগীনো হায়না হংবদা লাক্লিবা মীয়াম অহ্নুনা গুরুবু থাম্বদি পাওন অমনা কংলা হৌবা মতমদা লফু অমা থাববু নোংওাল্লগা সনাগী থম্বাল অমা শাৎলে হায়না নিথৌদা কৎলরে। নিংথৌগী সনা য়াথং পণ্ডিততি শিবা য়্যাদে তাল্লুরো হায়না লাকপনে হায়না তমলবদা কোনোক থেংগ্রানা ঐদি হায়গ্রবদি হোংলরোই হায়রম্লগা ঈশিংদা চোংথখি। গুরু থেংগ্রাবু পুবা হিস্থ মী ময়ামনা পুরকপা হিস্থ পুং মরি শুনা ফাবে অহ্নুগা গুরুদি মখাগুদা থাংবা নুং অহ্নুবু থাংনা ঈশিংদগী কাথৎলক্লগা—নিংথৌদা হায়রু ঐনা নখোয়বু থাম্বদি ননাই পাওন থেন শোযহন্দবগা নিংথৌগা লৈমিন্নাহৌ ঐদি পাশাদা চৎলগে নখোযদি হনগ্রো হাযবমরগা ঈশিংদা নুংংশিহ্নুনা মাঙখ।

---

# চরাইরোংবা

মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মনাউ মবুংঙো তোনশেন ঙম্বনা ঙাঙবম চন্থ ঙাইখোংঙম্বী পান্নহুনা খৃষ্টাব্দ ১৬৭৩ ইঙা থা মঙানি পানবা থাঙজা। মুমিৎতা তুবী চরাইরোংবা পোকই। পাইখোম্বা মহারাজনা সনাগী কৈরাক কাগ্রবদা ( নোংগাগ্রবদা ) মজা ইবুংঙো চরাইরোংবনা ইংশোক ১৬৯৭ লমদা থা তরানি পানবা য়ুমশকৈশা। মুমিৎতা মশাগী চহী ২৫ শুবা মতমদা ফম্বাল কাখি।

সনা হাক্কক অসিদা লৈবাক ঙাকপদা রায়েন চুম্নবা হায়হুনা ইংশোক ১৬৯৮ পোইন্থ থাদা লৈবাকী রায়েন থৌদা খৈবিকপু নুংদা লাইরিক ইহুনা লাই কাসাগী ফুরা মমাঙদা য়ুংহুনা লৈবাক মীয়াম খঙহনখি। *

তুবী চরাইরোংবনা পানবা মতম অসিদা লৈবাক অসিদা য়ুম মথোন শাহুনা মথক্তা শেন্না ( শেঙ্গেংনা ) কুপ্পা য়ুম শাখি।

মহারাজ অসি মৈতৈগী লাই পাম্থোইবী, সনামহীনচিংবস্থ মূর্ত্তি শাহুনা লাংখি অহুগা হিন্দু ধর্ম্মদস্থ মাম্ন ওনশিন্দুনা কালিকা, বিষ্ণু রাধা কৃষ্ণনচিংবস্থ লাংখি। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা লাংলম্বা রাধা কৃষ্ণ হৌজিক ফাওবা লৈরি।

মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবা হায়বসি লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংবা শা। লান্দা থৌনা ফবতা নত্তনা মশাক লাইরিক লেংবা নিংথৌ অমনি হায়বসি এখোয়না কৈরোন কোংবা লাইরিক অসি পারগা খঙবা ঙমই। লম অসিদা ফংবা, হৌবা অমদি অতোপ্পা লমদগী পুরক্কুনা

* চনম্বা শারাগী কুম শক ১৬১৯ "লমদা থাদি য়ুমশকৈশনা হল্লে। তরানি ইরাইদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা চহি ২৫ দা ফম্বাল কাইএ।"

চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ৫০

* "৪ নি ইরাইদা রায়েন থৌদা খিবিকপু নুংদা লাইরিক ইরমহুনা লাই কাসাগী ফুরা মমাঙদা য়ুংলম্মে।"

চৈঃ কুঃ লাঃ ৫০

লৈবাক অসিদা থাত্নুা শাংপা লৈ অয়াম্বগী মরমদা ইবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি চরাইরোংবা মহারাজনা লেংলম্বনি হায়না লাইরিক অসিদা অস্মুন্না ইরি :—

"খোইয়ম লাইমিংথোবু শেগুনবা তুবা চরাইরোংবনা শেনবী তেখাউ লৈগী খোল্লান লোইথাফবা নিংথৌরেল্লা লেংলমশেনে।"

মরক মরক্তা কারিগুম্বা মতাংদা সংস্কৃতনাচংবা রাহৈ য়াওরবস্নু লাইরিক অসিদা ইরিব। লোন্দাদি মৈতৈরোন অরিবনি। লৈশিং অহুগী মওং মতৌ মনা, মপান করম তৌই, কবম্বা মতমদগী লৈ অহুগী মমিং লৈবাক অসিদা কৌনখিংগে হায়বনচিংবা ই।

"ময়ুম হৈরেমনা তেংথানা খুঞ্জাল্লা মিকোনবদি মেলৈবুদি লৈস্না-ও তৌনা কৌএ। পামেল উতোনথক্তা লৈস্না লোংজুম্ববু খুঞ্জাল লৈমা থম্বা ফাবা লিনস্নুরোন লাকহিমোম্বা চথৈ লাকথৌ পানববু তুংথাংনবী থেরে লেংবা মচন খুঞ্জাল লৈমা থমলং তাউবীনা হে ইন্দু নিংথৌ মোম্বা নাহা পামেল পমাশং হৈবা-ও তল্লা বা রাই কোন্না পামেল পমশিং কারো-ও। শীংলেন অসিবু মথল্লা চু থাউ, লৈরাং মথল্লা মল্লাক চান্বনা হাল্লগনে। পামেল উতেনথক্তা শীংলেন অসিবু লৈ হেকলৌ-ও হুমনা থোনেকপবু মচু থেম্ব। নহাসা পামেল উকাববু তল্লা অগুনবা পামেল অরেধনিগিনা তল্লা তোন লোমগুমদে। পামেল খাংরাইগী হলরাইরকলে। থেরে লোংব মচল লিনস্নুরোন লাকহিমোম্বানা শীংলেন অসিবু মথল্লা মচু থউ লেংা মথোক লোয়বনা হাল্লগনে। বনবা তুগুম্ববু তকলোমে মা নাজেং খাউকোক চৈশৌননা কোরৌ থোইনা য়ে রা বন পানা য়েংনা শোনমোইখিয়ে। হৈরেম চা নুরাশিং-ও নথোয় চিনদিগুনে, খুঞ্জান পাখংশিং-ও নথোয় থেংন-বিগুনো। হৈবেধ চা পাখনা চিল্লবাদি নাখং মানবা শনজি কক, তাজা নন। লেনগে হাযনা থোঙিংগে। খুঞ্জান নুরানা থেংলবস্নু মোমস্নু তাজা মশম ককনা থোখামগে হ'য়না থোথাম লৈবু কোরৌ স্নুমিৎমদি মচু নাহা চেঙাচা তেজহৈবা রাংগোনচা খুৎচুম্ববু থৌ-

নেকখিয়ে। রায়রা তেনবুম্মগা শীংলেন লৈরাংমগা শিন্ননা লৈ হেক-খিয়ে। অতু নোংগীবু চেংঙাচা খুৎচুম্বা রাংগোনচা তেলহৈবনা পামেন উতোনথক্কী কাপথ-লৈনে। থেরে লোংবা মচন লিনসুয়োন লাকহি-খোম্বী মরৈখং লৈস্ন লোবজুম্বা-ও তৌনা কৌএ।

মেলৈ লৈস্না লোঙজুম্বা মৈদিংঙু লোইনাই থৌরাম্বাবা লাইরেন অয়াংবা শরি চোংবনা মশানৌ মেংশনাহা মুংয়াং চাউববু থারাম মপুং-য়ায়দা নোংমনরাগী লৈকাই পুজরুক চেঙবু মনাউতোনগুম্ববু লনাশিং নোংদা লাইরেন থিংলো নীংনা তেরকপদা মদাইরেম তাইদন অমে নিংঙোনসুচানা থৌথামখিএ। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ, ঐবু লোইবা ইবুংঙো তা-ও। লাংগোই শামায় ওন্না লেপ্লিখি-ও। পামেন অঙনবা তল্লা অরেম্বদা পানবা লৈবু লৈএ। শীংলেন লৈ হেকখিগে হায়না থৌথামখিয়ে। তাইদন অমে নিংঙোনসুচানা তল্লা খাংরাইনা পামেন পমশিংনরবগী শমু খূৎনা ফংনা লৈ হেকলবদা তাইদন অমে নিংঙোনসু চানা তাংজা মরু লুকনা রাহমখিএ। হে লাইরেন মৈদিংঙু তা-ও। লৈরাং অসিবু শমু খুৎনা শূনা কুমগে কূনঙমদে। মালেম লৈদা ফেস্তরসে হায়বসুং শীংলেন লৈরক বেল্লগনে লৈরাং লৈরোং শামলহৈনে। শমু খাঙদা য়েপনা কূমগে হায়রবসু হুমাং লৈরিক কারহৈনে। শীং-লেন কোক্কা খেৎনা লৈথরকে হায়রবসু শীংলেন নংগী চিন্ননম্নে, লৈরাং নংগী খেৎনখাকনে হায়রঙেনে। মৈদিংঙু ইবুংঙো তা-ও শারেন শাসুং নত্তে, তরা চাকসুং নত্তে। য়ারেন খোংজিতোম্বা চীকনা শীংলেন লৈথজরক্কে; তরা চাখাকনে, শারেন নতংখাকনে হায়-বিগুনে। হায়না তাংজা মরু লুকনা পুরুনজরললবগা য়ারেন খোংজি-তোম্বা চীকনা শীংলেন লৈথরবদা মদাইরেম তাইদন অমে নিংঙোনসু চানা শীংলেন খুত্তা শূনা মৈদিংঙুগী ফৈরা মতম্পাক্তা রাইথুংলবদা লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই থৌরাম্বাবনা মেলৈ লৈস্না লোঙজুম্বা লৈবু শীংলেন কোক্তা খেৎনা মরান ওন্দেরকএ।"

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস

---

## অনীশুবা পন্দুপ

**খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮দগী ১৯ শুবা ফাওবগী**

### সনামহী লাইকন

লাইরিক অসি খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীগীনি। লাইরিক অসি মৈতৈরোন আরবনা মপূ ওইনা ই অতুগা মরক মবক্তা সংস্কৃত রাহৈ খরা খরা থেংলি। মাসি পানগা ঐখোযনা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদা মৈতৈনা করি করি ধর্ম্ম চৎলম্বা, গরিবনিরাজ মহারাজনা কবম তৌনা ব'মান্দি ধর্ম্ম লৌখিবা, মতম অতুদা লৈবাক অসিদা রামচন্দ্রনা অথোইবা লাই ওইনা নীংখিবগে হায়বচু থগুবা গুম্মি। মরু ওইনদি মৈতৈগী লাই মযাম থুগাইবদা সনামহীসু যাওরুবদগী অমুক হন্না সনামহীগী মূর্ত্তি লিংখৎতুনা বামোন্না সনামহী পূজা তৌতুনা লাৎপা হৌখিবগী মবমদা ইবনি। খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা মতমগী মৈতৈগী ধর্ম্ম, লৈবাক অসিগী মীনা চৎলম্বা, মাথোয়না মাথোয়গী লাইবু থাজরম্বা, মপান্দগী ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা মীশিংনা করমনা হান্নগী লমচৎ শাজৎ মুথৎনবা তৌখিবা হায়বচু থঙ্গে হায়রবদি লাইরিক অসি পায়গা য়ামনা নিংথিনা থগুবা ওমগনি।

মৈদিংঙু ভুবী চরাইরোংবনা পাম্বা মতম্দা ( খৃঃ ১৬৯৭—১৭০৯ ) লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চাওখৎহল্লবা হোৎনগে তৌরকপদা খোইয়ম নোংদমখোন্না মহারাজ অসি খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ ইঙেন থাগী তরেৎনি পানবা নোংমাইজিং ফুমিংতা নোংগাখি। মজা ইবুংঙো গরিবনিরাজনা পাল্লবদা মহারাজ অসি বামোন গঙ্গাধর কৌবদা সাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌখি। খৃঃ ১৭১৬ ( শকাব্দ ১৬৩৮ ) দা শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ টিলাদা লৈরম্বা শান্তদাসনা ভগবান দাস অমসুং নারায়ন দাসকা লোয়ননা ঙাপ্রুম চী জেনলোমদা লাক্লুনা মণিপুরদা খোরকখি। মহাকনা পামহৈবা ( গরিবনিরাজ ) মহারাজবু বামোনত ধর্ম্ম চৎহনখি। মহাকনা মৈতৈগী শাগৈ শলাই মযাম অসি গোত্র মথংশিংনা যেনখি। মাদুদি :—

| মৈতৈগী য়েক শলাইগী মিং | | গোত্র |
|---|---|---|
| নিংথৌজা | — | শান্দিল্য |
| লুৱাং | — | কাশ্যপ |
| খুমন | — | মধুগল্য |
| অঙোম | — | কৌষিকী |
| মোইরাং অবিবা | — | অত্রেয় |
| শরাং লৈশাংথেম | — | ভরদ্বাজ |

নিংথৌ অসিনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলবদা মাগী গুরু শান্তদাসনা হায়বা অত্থুমখৈ অফবা ওইনা থনপ্রে। মথক্তা হায়প্রবা শান্তদাসনা পাম্বা মতুংইন্না মৈতৈ মযেকনা ইবা অফংবা লাইরিকমখৈ কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থাপ্রে। মৈতৈ লাইরিক মৈ থাবদা নত্তনা মৈতৈগী উমংলাই পুমনমক খোমগৎতুনা মহাবলী উমংগী হৈবোং মখোঙদা ফুমজিন্দুনা মাঙহল্লে। উমংলাই মযাম মাঙহনবদা অপোং ইংখোন্দা

অপোং ইংখোন—কোল্লং অমনবা কংলাগী নোংপোক্তা চেল্লিবা ইন্দাল তুরেনগী বাংমদা লৈবা মফম।

সাৎলম্বা মবুধো সনামহীগী মূর্ত্তিসু খৃষ্টাব্দ ১৭২৬ ইঙেন ২০ (কুন্নি) পানবা নিংথৌকাবা মুমিৎতা থুগাইববদা সনা মহীনা য়ামনা শাউরে। "চীংঙু ঐবু তাংশক্কে ( উশিং থৌওইদে ), খোইম্নম ঐবু মীথাদে, লৈরক শাথৌগে, খোংবান লায়ামগে, খোযবা লীবৌগে" হায়না সনা মহীনা লাউথবকপদা নিংথৌগী মজ্জা ইবুংঙো শিব স্বহা লাই-লাইওম্বগা নিংথৌগী মনাউ ইম্ম্যা শেননী পাইখু লাম্ববীগা *
অনীবু লায়পু শলাই খঙদনা নাহল্লবদা মোইরাং ললহাম্ববু অনা লাইওং যেউ হাযহুনা মহাক্না অনাবগী খোযজি মিহুন যেবদা চীংঙু ফাল্লো খোম্বগী খদর্মনি, নবুধো সনামহানা শাউহুনা নাহল্লিবনি হায়-কুবদগী নিংথৌনা শাউরহুনা মোইবাং ললহাম্ববু কোম্নুংদা চঙবা য়াদে, নওনা হায়জিল্লবনি হায়হুনা য়ামনা থীনা চৈখি। মতুংদা মৈতৈ লৈমা শেনবী পাইখু লাম্ববীগা মমা মচা য়ামনা কন্না লাইওং খঙ-দনা নারহুনা অতৈ মাইবশিংনা লাইযেংবা ঙমদ্রবদা মোইরাং লল-হাম্বনা অমুকসু সনা-হীনা শাউহুনা তৌর্বনি হাযখি। সনামহীগী মতীক মগুণ অসি মোইবাং ললহামবদা নত্তুনা নিংথৌগী স্বামজি শান্তদাসনসু হায়রবদা খৃষ্টাব্দ ১৭২৯ ইঙেন নিনি পানবা শগোল-শেন মুমিত্তা সনামহীগী লাইফম যারসি, সনামহীগী মূর্ত্তি অমুক লিংখৎলসি হাযহুনা নোংয়াথ চারাকপমচা ঙাথি অহৈবগা কেক্র শিনহৈবগা মাখোয় অনীবু লাইয়িথৌ লাইবেম্মগী মূর্ত্তি শাউ হাযহুনা মাখোয অনীনা খোইরু মিতম যেক তরেৎ কোনফু শুংনা ( খৃঃ ১৭৩৩ ) লোইদাম থবান থাগী নিম্মাং তনেংনি পানবা থাওজা মুমিৎতা লাই-যিংথৌ লাইবেম্মা শাখি।

লাই শাবা লোইরবদা শান্তদাসবু জীবন্যাস তৌরো হায়হুনা রামান্দি তারোক মন্ত্র পীহুনা খোইযুম মতৈ মনাউবু জীবন্যাস তৌখি।

---

* শকাব্দ ১৬৪৭ লাংবন ১০ নি নিংথৌবাদা মৈতৈ লৈমা বায়েনবম চম্রু পাইখু লাম্ববী কম্বাল কায়—

—চৈ: কু: ৭৪

ফাল্লো খোম্বা—লাই সনামহী।

সনামহী লাইকন কৌবা লাইরিক অসি মমাঙৈঙদা লাইয়িংথৌ থা-গেম্বগী সনা হাক্তক্তা সনামহীগী মূর্ত্তি শাতুনা অপোং ই'খোন্দা লাৎলম্বা অহু মশূ ইবুংঙো গবিবনির'জ মহারাজ সনা হাক্তক্তা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখাইদা সনামহীগী মূর্ত্তি থুগাইরগা অমুক হন্না মূর্ত্তি লিংখৎতুনা শারগা তোলোং য়ুম-কমদা * ফুরা লাইযুম শাতুনা সনামহী অমুক হন্না লাৎথিবগী মরমদা ইবা লাইরিকনি।

লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দাদি মরক মরক্তা সংস্কৃত মাহৈ থরা থরা য়াওইদি হায়বনু মৈত্তেরোন অরিবনা মপূং ওইনা ই।

"পোইরৈ পূন্নমক্তি হরাউ মথোই তোংনা চৈরৈ মকা ফাং মাল্লৌ মীমাঙ তাক, মোইবুং থিনগামনা, রাংলেন পূ'খৎতৈ, তরেৎ শেন-ফাং য়ৈ, পাশি লমইন খোং জগে'য় খূথেক লৌ, ঈশৈ তেরান শক, থূবাক তবুং খু, লোয়না ঙমদম হৌ, খোইযম অনীমকপু দোলাই থক্তা থাংগৎলে। × × × × × × × × × ×

লাইরেন মৈদি'ঙুনা খোইযম মরনকুগী থাত্রন মথূৎপাক্তগী রাজ-বলহোব লুরাংবনচিংনা শানী লানমী শগোল শামু রথ দোলাই খূৎশু খূৎলাই হীওই য়াই ওইরিবা পূন্নমকপু মন্ন খোইয়ম লাই-য়িংথৌ ফাৎলৌ লাইমা খোম্বা মালেম লৈশেম্বা কোরৌ নোংশেম্বা

* "শাইখোম লুরাংগী কুম শক ১৬৫৫ থবান থাদা লাইয়িংথৌ কালৌথোম্বা (সনামহী) মাঙলবনু অমবক লিংহৌএ"।

* তোলোং য়ুমকম হায়বসি ইম্ফালদা লৈবা হৌজিক্কী ফার্স্ট বাটালিয়ন মণিপুর রাইফলসগী ইংখোন্দা লৈরিবা মমাঙৈঙগী চেকনা শাবা সনামহীগী ফুরা লাইশঙ অমনবা মতোন ভুমথৎপা অমা লৈরিবা অসিন।

মাল্লৌ—ফি। পাশি—বাণী। তেরান—ঈশৈ। থাত্রন—ওন্না। লুরাংবা—শামু। লাইয়িংথৌ ফাৎলৌ লাইমা খোম্বা—লাই সনামহী। চৈরোম্নবা—

চীংঙ্, অশীবা সনা খূয়ারেন্দা হৈরাঙ পূংবুরেম থেনমায় লাং শী লেন লৈয়োম চৈরোয়ননা কচ্চরবনে অস্নুম হায়না পুকমজরবগা লাইরেল মৈদিংঙুনা গুরু স্বামজি অথোইববু ভাজা লুদা থোংনা রামান্দি ধর্ম্ম অচেৎপা রাম নাম শিদববু তাংজা লৈতোন থন্না শোন মম্ন খোইয়ম লাইযিংথৌ ফাৎলো লাইমা থোম্বা চীংঙ্, সনা মহী য়োয়রেনববু উনবী পবৈ চেৎনা নীংজমনগী লাইরেন মৈদিংঙু বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা পোইরৈ তংস্থোঙ মযুং কুই রাংঙম লেমথোং মকৈ পাকনা লৈবংক তেৎনৌ চিদাই নাই-দনা মুংহাই য়াইবী মরাং কাযনা মরম রাহোঙবা চেঙজা কোং-খিনবা চাপোক কাদংশিন নাউহ্ থোঙফাং লেং লৈবাক মমান্নবদা পোইরৈ মীমংঙ হেন তাংজা লমঙ্গাই ঙাম্না পুন্নুং থাম্বী মৈরা মুত্তববু তানফংজেয়ে।"

খৃষ্টগী তরানীপান শুবা শতাব্দীদা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মবু নিংথৌনা কদায ফাওবা চাঙথৎনবা হোৎনরম্বা, হান্না লাৎলম্বা লাই-শিংবু থৌশাথিদবা অমস্তুং কদংয় ফাওবা মাঙনবা তৌখিবগে হায়বহ্ সনামহী লাইকন কৌবা লাইরিক অসি পারগা খঙবা ওম্মি। রামান্দি ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদা গবিবনিরাজ মহারাজ অসি সাক্ষ্য ধর্ম্ম চৎলম্বগী রা লাইরিক অসিদা ইার।—

"ভুবী চরাইরোংবা সনা মহাকথক্তা (খৃ: ১৬৯৭—১৭ ৯) হিন্দু লমচৎ হাপ ক্ষেত্রি লীচৎ লেপকে নী লম্নবু খোইয়ুম নোংদম মভুং ইম্না নোগা খিরে হায়দবরা? শিফু থায়াঙ মতানপোম ভিন-খরে। লীকলাই মপারি থোংনাং ময়ম্বা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা সাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌনা পোইরৈ সনা লৈবাক

---

লৌম্ননা। পূকমজববগা - খুরুমজবগা। শংজা লু — কোক। উনবী পরৈ চেৎনা—পুকনী অনী লোঙদনা।

শকাব্দ ১৬৩৯ মেবা থা থাচিন্দা গুরু গোপালদাসদা নিংথেমনচিংনা লাইমিং লোএ—

চৈঃ কুঃ ৬৪

ওাক্লবদা ময়ু ঃখোইয়ম লাইয়্নিংথৌনা ইনোংয়ায় অসিদি লাইনীং মহৈ পাল্লরোই হায়বগী শ্রীহট্ট মপুংয়ায়দগী শান্তদাস বৈরাগ্য অখোইববু কৌখোকলুইএ। ভগবান দাস নারায়ন দাস অনীমক্তা ওাইরোয়নবা পোইরৈ পুংদা রাইথুংলরে।"

সাক্ষ্য ধর্ম্ম চৎলম্বদগী গরিবনিরাজ মহারাজনা রামান্দি লৌরগা রাম মন্ত্রনা অতৈ লাই মীংলরে'ই হায়না লৈবাক মীরাম মমাওদা রাশকখি। খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দীদা মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলম্বগী খুদম হৌজিক ফাওবা রাংবৈ লৈকাইদা নিংথেম পুপ্রী ময়াদা লৈরিবা রামজি প্রভুগী আপ্রা অসিগা মহাবলী হনুমান ঠাকুর লাংলিবসিগনা লেপ্তবা য়াদ্রবা খুদম ওইনা লৈরি।

"লাইরেন মৈদিংঙুনা পাইরৌরেম অকোং হাওবম চা-ও পোইরৈ পূমনা মাওলে; রাংওম পূমনা ভিন্না রাশক্লসে হায়খিয়ে। পোইরৈ পূমনা ভিন্লে। লাইরেন মৈদিংঙুনা খুৎপাক লোংনা য়া, চক্রকন্দরি কৌবনা বেদ মন্ত্র শোন আহুতি থী হৈরিবৈদা লাইরেন মৌদিংঙুদি য়াওরা খেংজেল রাংনা এনে এনে নোংথিন চাইবী মপারি শ্রীপীতাম্বর সিংহ তুবী চরাইরোংবা মপাব হীরাচিংবা থাওগুম্বদি এনে। খোইয়ম অয়াম্বদি নীংলবোই চাঙুরাম নামুংববু মিৎয়েং খুফম হোংদনা নীংজরগে হায়না রাশকখিয়ে।"

---

**খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দীগী—**

## অঙোম গোপী

অঙোম গোপী হায়বসি খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা মণিপুরগী অফাওবা লাইরিক ইবা নিপা অমনি। মহাক অসি গরিবনিৱাজ মহারাজগী রাজ সভাদা লৈবা অফাওবা পণ্ডিত অমসুং কবি অমনি। মহাক অসি মৈতৈ লাইরিক হৈবতা নত্তনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গালা লোন নিংথিনা হৈরম্মী। মহারাজ গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮) মহাকনা কৃত্তিবাসগী রামায়ণ অমসুং ষষ্ঠীবর সেনগী মচানিপা গঙ্গদাস সেনগী মহাভারতকী শরুক য়ামনা মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লুন' ইখি। মহাকনা ইরম্বা লাইরিকশিং অদু উরগা মতম অদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী থাক অমসুং মতম অদুদা লোন অমদগী মৈতৈলোন্দা ফজনা মরীক চুম্না হন্দোকপা ওম্বা মত্তিক চাবা মী লৈরে হাযবসি খঙবা ঙম্মি।

---

কৃত্তিবাস—খৃষ্টগী তরামঙা শুবা শতাব্দীগী অহৌবাইদা লৈবম্বা বাঙ্গালা লৈবাক্কী অফাওবা কবি অমনি। মহাক অসি গঙ্গ তুরেনগী তোর্বান্দা ফুলিয়া হায়না কৌবা খুল অদুদা লৈরম্মী। মপাগী মিং বনমালী, মমাগী মিং মালিণী (মাণিকী, মানকি, মেনকা) কৌই। মহাকনা বাঙ্গালা লোন্দা রাম কথা কাব্য অমদি শ্রীরামগী পাঞ্চালী ইখ। কৃত্তিবাসকী রামায়ণ অসি বাল্মীকিনা ইবম্বা রামায়ণ অদুগী অনুবাদ নত্তে। কৃত্তিবাস রামায়ণ অসি লম অতৈ অতৈগী মীনা মাগী মাগী লোন্দা হন্দোক্লখি। মণিপুরদসু খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদা কৃত্তিবাসকী রামায়ন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লে। কৃত্তিবাস হায়বসি শ্রীপঞ্চমী নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা পোকই অদুগা মহাক করম্বা চহীদা পোকপগে হায়বা তশেংবা থঙনদে।

### কৃত্তিবাসকী মরী মথোঙ :—

মতম অমদা বেদানুজ হায়না কৌবা নিংথৌ অমা পালম্মী। মহারাজ বেদানুজগী পাত্র মন্ত্রী নারসিংহ ওঝা হায়না কৌবা অমা লৈরম্মী। মানা

## মৈতৈরোন্দা হন্দোকলম্বা

**কৃত্তিবাসী রামায়ণগী মত্তাং অমা—**

রঘুবংস শাগৈ পুন্নমকী
লাইপক খেল্লাই খোঙদা
শীংলেন চন্দনলৈবু ওইনরিবা
চীংঙু লীকলাং সুমেক
দশরথ নিংথৌ মপারি
দাশরথি অহেনবা

× × × ×

চীংঙু রঘু রাম নামুংবা
সনা নখোঙ খাদা
রামবাম শোন্না পুরুমগে।

লঙ্কা কাণ্ড

---

মরৈবাক খাদোকতুনা লাক্লপা গঙ্গা খোঙবান্দা লৈবা ফুলিয়া হায়বা কোবা খুল অড়ুদা লৈখি। ফুলিয়া হায়বা লম অসিগী মথা অমসুং নোংচুপ থংবদা গঙ্গা তুবেল চেল্লি। নারসিংহ ওঝা হায়রিবসি কৃত্তিবাসকী মবুধোনি।




* মুরারিগী বনমালীনচিংবা মচা নিপা তরেৎ পোকখি। বনমালীনা গাঙ্গুলি নিংথৌন মালিনীগা অতোপ্পা নূপী অমগা নূপী অনী থিরম্মী। মালিনীনা কৃত্তিবাস বলভদ্র চতুর্ভুজনচিংবা মচ নিপা তরুক পোকখি। মালিনী নত্তবা নূপী অমত্তুনা মচা নূপী অমত্তমক পোকখি।

# পরীক্ষিত

গরিবনিরাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ( খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮ ) পরীক্ষিত পুরাণ হায়বা লাইরিক অসি শ্রীঅঙোম গোপীনা ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী পরীক্ষিত হায়বা লাইরিক অতুদগী মৈতৈরে ন্দা হন্দোক্না ইথোকপনি। লাইরিক অসি ইবদি শকাব্দ ১৬৪৭ ( খৃঃ ১৭২৫ ) ফাইরেন থাগী তরানীথোইনি পানবা শগোলশেন মুমিৎতা ইবনি হায়না লাইরিক অতুগী অহানবা লামায়দা ই। লাইরিক অসি গরিবনিরাজ মহারাজগী মতমদা ইবনি হায়বসিস্তু পল্লি লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না গরিবনিরাজ মহারাজগী মিং অমা গোপাল সিংহ কৌই হায়বসিমস্তু খঙিও। লাইরিক অসিগী মতেক খরা মথাদা উৎলি—

"য়োয়বু লাইরিক লৈমা সরস্বতী অচুম্বী সনা মখোঙ খাদা পুক্রমজবা রাগী থৌজান লনকু মও ইন্না মণিপুর পোইরৈ মৈতৈরোন্দা শোঞ্জহনা পরীক্ষিত পুরাণ খোইয়ম লাইগী রাবু গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা ভাষা......ওইনা শেমলম্বু লাইরেন মৈদিংঙু মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ জয় শ্রীগরিবনিরাজ লাইয়িংথৌ শ্রীশ্রীযুৎ

---

য়োয়বু—মকোক ওইবী লাইবেম্মা অথোইবী ( য়োয়বু হায়বগা নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা ফমথোন কাবী লৈমরেন, অপাম্বী অহন, অপাম্বী নাহা, লৈমথুবী অহন, লৈমখুবী নাহাবুস্তু খঙনৈ, অদুবু মকম অসিদদি লাইরেম্মবুনি )।

পুক্রমজবা—থুক্রমজবা। লনকু—থৌজান। খোইয়ম—লাই।

গঙ্গাদাস সেন—খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরক্তা মহাভারত ইখি। মহাক অসি ষষ্ঠীবর সেনগী মচানিপানি। মপা ষষ্ঠীবর সেনগা মহাক্না মনসা মঙ্গলস্তু ইখি। গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী শরুক কয়া মণিপুরদা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দী অমসুং তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক ফাওবদা মণিপুরগী লাইরিক ইবা মী কয়ানা মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লখি।

গোপালসিংহ ময়ম্বা বৈষ্ণব চরিত্র লিংজেন চেনবা, কৃষ্ণভক্তি পূকনীং পীবা নিংথৌরেম্মা পোইরৈ মৈতৈলোন্দা শৈগোল্লকলে। শক কুমশী রাচুম্বা মুনি ঊর্দ্ধ ঋতু চন্দ্র লেপলিবা লোইদাম ফাই-রেন থা মাকমৈ তরানীথোইনি পানবা কোরৌ নুমিৎ শগোলশেন্দা ইরৌশৈনে। মুর্খ শ্রীগোপী তুংন্নুং লংলা পূনগুম্বনা মুকমৈ নারিন শোল্লৌএ।”

লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দাদি মৈতৈরোল অরিবগী সাহিত্যগী লোন্দাদা মরক মরক্তা সংস্কৃত রাহৈ খরা খরা থেংনা ই। লোন্দাদি য়ামনা ফজে, মাসি শৈরেং ওইনা তৌই। লোন্দা পুদাদি মখাগী অসিনি ঃ—

“কোরৌ নুমিৎ অমদা
থায়না লহান নোং
হয়িঙৈদা পাঙু নিংথৌ
থায়াঙ কোন্দাই লোনবনা

---

লাইরেন মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। পোইবৈ—মৈতৈ।

লাইয়িংথৌ - মৈতৈ নিংথৌ, নিংথেম ( নিংথেম্বু মহারাজ কৌথিবদি শক ১৬৪৬ কী লমদা ২২ নি লৈপাকপোকপা নুমিত্তগী কৌবা হৌথি—(চৈঃ কুঃ) অদুগী মমাঙদদি লাইয়িংথৌ কৌনৈ )।

শৈগোল্লকলে—হন্দোকলকলে। শক শকাব্দা।

কুমশীং রাচুম্বা—চহী, কুমজা। লোইদাম—থা। মাকমৈ—থাবান, তিথি। কোরৌ—নুমিৎ। ইরৌশৈনে—ইহোবা ঈশৈনে, ইবা হৌথিবা শৈরেংনে।

মুর্খ ( সং )—অপঙবা, লৌশিং মপূং ফাদ্রবা।
শ্রীগোপী—অঙোম গোপী।

তুংন্নুং—লং। তুংন্নুং লংলা পুনগুম্বনা- লং পুনশিনখিবগুম্বা ( লংলা লংজিন থিফম থঙদবা, করিমু থঙজা হৈজদবা )।

মুকমৈ নারিন শোল্লৌএ—লাইরিক ইহৌএ।

য়াওরো শাত্তানবা তুকুম্বব
রাজা পরীক্ষিত নিংথৌরেল্লচিংনা
সেনা লান্মী পুন্নহুপ
নমু য়োমলোই হৌ,
পুন্নুং লানপোং শেং
শঙদিং লাল্লে থেমনা
থোয়মা নারক চং
য়াওরো শায়াম হাং
লাবা ঈশোক লোন
খাম্বী মৈ নোংথোং
মৈরি পল ওইননা
শাক্কম চিথেক মরিমতা
য়াওরো শারিং য়ান,
শারেন কোম্হোঙ লোম্না
খাম্বী মৈশা তানবব
নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা
য়াওরো শা মূরা
মমোম শায়াম পাই
শঙাই পীরেন শানা
য়াওরো পন ঙমথিবব
নিংথৌ মিৎয়েং শানথৈরবগী দমক
পরীক্ষিত নিংথৌ পাংগনবদি
লৈরী থম্মোয় তিং
লকা তেনমৈ লাকনা
তেম্থাখিবদি লহান ময়ু
পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী

---

পীরেন—শরী। পরীক্ষিত—অর্জ্জনগী মপান্নরি অভিমন্যুগী মচা অমা।